অজেংনা ফোঙজবা)

# রুপবান

সম্পাদন তৌবা—

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

মমল—লুপা ২.০০

# ৱাহৌদোক

মণিপুরদা ৱারীলীবা ওঝাশিংনা মহাভারতকী ৱারী লীবদা রুপবানগী ৱারী লীবা থেংনৈ। ৱারী পরিংদি শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডুংকী অর্জ্জুনদা লীখি হায়না নৈমিষ' বনদা মুনি সভাগী মংমদা নারদনা লীখিবনি। মৈতৈ ময়েকতা অরিবা লোন্দা ইবা "রুপবান" লাইরিক অমা থেংনবদগী মৈতৈ ময়েক্কগী বাঙ্গলা ময়েকনা মৈতৈরোন্দা শিন্দোকতুনা ময়াম্‌মনা পাবদা খুদোং চানবা ফোঙজবনি। মরক অসিদা রুপবানগী ৱারী অসি করি করি লাইরিক্তা য়াওবগে হায়না খিজবদা নীলানন্দদাসনা ইবা "ভক্ত চরিত" কৌবা অদুদা ৱারী অসিমক য়াওরে। মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্বিবসি নীলানন্দ দাসকী লাইরিক্কগী হন্দোকপনি হায়বা থেংনদে। করিগুম্বা হন্দোক্লবস্তু ৱারী পরিং মান্নরবস্তু চপ চাবা অনুবাদ নত্তে। ভক্ত রুপবানবু পোকপা চম্পক নগরগী নিংথৌ অদুগী মিং মৈতৈ ময়েক্তা ইবা লাইরিকসিদা চন্দ্রধ্বজা কৌই হায়না ই অদুগা নীলানন্দদাসকী ভক্তচরিত কৌবা লাইরিক্তা নিংথৌ অসিগী মিং চন্দ্রধ্বজ কৌই হায়না ই। ফোঙগিবা লাইরিক অসিদা ইরিবা মিং অসি মৈতৈ ময়েক্তা ফংবা অদুনি। লাইরিক অসি কনানা করম্বা চহীদা ইরম্লনো হায়বা ঐনা ফংলিবা খুদি লাইরিক অসিদা য়াওবা থেংনদে অদুগা কালেন তঙ্কনি পানবা

শগোনশেন মুমিংত' ইবা হৌখি হায়বদি লাইরিক অসিগী অহানবা লামায়দা অস্তমনা ইরি "অসিগুম্বা কৃষ্ণগী গুণ মতীক অরুবা ভক্ত রারী লমদাংশাং মুংঙাইবা অসিবু লেংজনীংবগী লোইতাম কালেন থা ভক্রকনি পানবা বৃহস্পতিবার শগোলশেল মুমিংতা হৌএ।

লাইরিক অসি ফোঙবদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিনা শেনগী মতেং পীখিখি। মাহুগী দময়ক ষ্টেট কলা একাডেমীগী থোরিটিবু থাগচ্ছরি।

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ
উরিপোক ইম্ফাল।

তাং ১০। ১২। ৯৩ ইং
হিয়াঙ্গৈ ১২ নি পানবা ঈরাই

# রুপবান

শ্রী হরি হৈ হায়াহে। শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুবু খুরুমচাএ। নাউব্রা লৌশিং পূম্নমাপু তাকপিলিবা, শিব ভগবানবুসুঙ খুরুমচাএ। লিল্লা পূমনামাপু পোক্নাক্ষম ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমচাএ। তৌরিবা থবক পূম্নামাপু য়ৈথায়রিবা, অতুবু মাঙহল্লিবা গনেশবু খুরুমচাএ। অসিগী মতুংদা বিদ্যা পূমনামাকী মবেম্মা ওইরিবী সরস্বতীবু খুরুমচাএ। শ্রীগুরুগী খূয়াবু খুরুমচাএ। শ্রুতা-ভক্ত পূমনামাপু ... ননাইনা ভক্তি তৌজরমএ। অসিগুম্বা কৃষ্ণগী গুণ মতীক অরু ... ভক্ত ব্রারা লমদাংশাং মুংঙাইবা অসীবু লেংজনীংবগী লে.ইতাম ক... ন থা তক্ককনি পানবা বৃহস্পতি শগোনসেন মুমিত্তা হৌএ। ব... অসিবু তারবগা শ্রীকৃষ্ণগী অচেংপা ভক্তসুঙ মখণ্ডনাএ। পন্থৌ পল্লেম মমা মপা অনীমাকি অরুবা ভক্তিসুঙ পোক্নাএ। নতাইলেমনা অহানবদা লাইরিকী গুণ অরুবা শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব মতীক অথোইববু খুরুমজরমএ॥

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভু—গৌরচন্দ্র প্রভু। শিব—মহাদেব। বিদ্যা—মহৈ। শ্রুতা—তারিবা মী। লোইদাম—থা। নতাইলেমনা—ননাইনা।

হৌজিক্তি বৈষ্ণব গুণ অচৌবা, ভক্ত রারী লমদাংশাং মুংঙাইবাবু হৈয়া লাউনা শৈখিচাকে। হে সভা খোইয়ম লাইবু নীংবাশিংও। উনবী খোয়খৈ তানা না তাবিও। কোরৌ নোংমা মুমিংমাতা নৈমিষালৈনা কৌবা পোনর্কী মনুংদা ব্যাস দুর্ব্বাসা অসিনাচিংবা মুনি সভা পুন্নমানা তপস্যা লাইনীংববু ধ্যান পুকনাং লোইনা * ফমফমলিঙৈদা চীংগু, ব্রহ্মা শিদবা মপারি, নারদা মুনি অথোইবা, ব্রহ্মা চীনসনা চীনপান্ থোঙগী * নাউনৌ হাথাফবা মুনিরেন্না মাল্লেম বিভুং তৈ, * পান্‌বা কৈউন ইন, পামেন উকুশেং, য়োংকী চৈশু পাল্লোইনা, য়ুবী খুজাই খুত্তা শ্, ঝুলি খাউচাউ য়ান্, * য়েল্লুম খোকসাং ওয়না খান্, তেংনৌ য়োংকী থুরুম তোং, শমলাং জটা চেপ্‌লপ্ পুন * নমসা চন্দন লমঙানবনা নারদা লাইপক খেল্লাই থোঙতা, লোইতাম থাগী মচেং শানা থিন, বীনা যন্ত্র মুঙাইববু বীনা থাদা পম্, স্বর খোঞ্জেন নোংনৌবনা হরি কৃষ্ণ কোল্লোয় মিংলেন শোন্, রাধা মিংলেন কান্না * য়াংলৌ লম্বী ঙান্না চংলকপদা মুনি সভা পুন্নমানা নারদা * চেংলৌ মিংথিংলবগী, মুনি পুমনা হৌনা নারদা সনা মখোঙ খাদা বাহমজখিএ। হে মুনি লাইওইবা, নারদা মনিলেন অথোইবা-ও মুনি সনা নখোঙখাবু উজবা অসিদা মুনি

---

উনবা-পুনাং। পোনর্কী-বনগী, উমংগী। * ফমফমলিঙৈদা-ফমদুনা লৈরিঙৈদা। * নাউনৌহাথাফবা—পোকলকপা। * পান্‌বা—কৈ কৈউন—কৈ মউন। * য়েল্লুম খোকসাং—য়েমপাক মখোক অশাংবা। তেংনৌ—য়োং * নমসা—চন্দন। * য়াংলৌ—লম্বী। * চেংলৌ মিংথিংলবগী—মশক উরবগী। * বাংলেন—পুং।

ইখোয় পুন্নমাপু য়াইফথোইরে। মহাপাপ পুন্নমাপু কোকচরে।
তৌইগুম মুনি সভালক্কা * য়াংলেন দগু পুংচা মখায়মরমদবু মুনি সনা নংখোঙ লেঙসিনবিরমও হায়না শমু হুকচাং কোন্‌খুজেং পাল্লোই সম্‌ মুনি মখোঙ পায়না পুশিল্লকলবগা। মুনি সভা লক্কা কুশ ফম্‌লাং চাপু তৈনা থানা * ফমফম হুল্লবগা মুনি পুমনা হৌনা ঘোট * লাইজা ঈমায় * চৌন্‌, * তাউজিং নানৌ থেং, পোংলোই মশীংস্থ চোপ * লোইমোম ফৌময়োন, তাউজীং চুবান্‌ য়াও, * পুন্নং লফু য়ুং, চেঙ্‌ থোয়দিং য়াও, তিংথৌ লৈয়োন শং, ধুপ মৈথু চাউনা কা, বর্ত্তী থাউমৈ চীক্‌না থান্‌, শাংলেন তুলসী লৈনুংসিগা মুনি পুজা ঈরাং লোইরবগা মুনি পুমনা হুপ্‌না নারদা মখোঙথাদা খুকলু লৈপাক তানা, মথুং জুর তৌনা য়াহমজখিএ। হে নারদা মুনি অথোইবা থোইয়ম্‌ লাইপোক সংসঙ্‌বা-ও। সংসার তাইবংপানবা অসিগী বলবন্ত পাঙ্গনবা হ'য়বস্থ কদায়না অকনবা কৌবনো? ভক্তি মতৌ করম্বনা শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোঙথাবু 'তানকংবনো? মুনি সনা নয়াথংদগী না তাজনীংএ হায়না পাউ হংজরবদা নারদা মুনিরেন্না মুনি সভা পুন্নমাকী কোল্লোয় মপাউ তানা * উনবা পুকনীং হরাউথোই, খোয়রুম মোনমোন্‌ নোকনা পাউখুমলকএ। হে মুনি সভা লেংনা তিনবাসিংও * কোল্লোয় নখোয়গী নয়াথংবু তাবদা মহা পাপ

---

* ফমকমহুল্লবগা—ফমহুল্লগা। * লাইজা ঈমায়চোন—ঈশিং থল্লা হৈত্তুনা। * তাউজীং নানৌথেং—হৈনৌ মনা থেং। * চোপ—যব * লোইমোম—ফৌ। * পুন্নং—লফু। * তানকংবা —ফংবা। * উনবী পুকনীং। * কোল্লোয়—য়াথং।

অচৌববু কোকঙৈনে। নিংথম কাঙমৈ তিক্লুম্ববু উনবী পুকনীং ঙাইনে। তৌইগুমম্লুঙ মুনি সভা নঙখোয়না হংলিবা ৱারম অসী-দো নারদা ঐস্লুঙ খঙবা ঙমদে। থায়না পুর্ব্বে মমাঙ ঙৈদা তা খিবা ৱারম অমতাদী লৈএ। মুংঙোন ৱারী অতুমক্তি শ্রীজগবন্ধু শ্রীকৃষ্ণ লাইনিংথৌনা মনাই বৈষ্ণব অর্জ্জুনদা লীখিবা ৱারীনে। অতুগুম্বা মহা অমৃত ওইবা ৱারীবু নারদা ঐনা মুনি সভা নঙখোয়গী নফমদা লীরগে। উনবা পুকনীং তপনা তা-ও।

কোরৌ নোংমগী মুমিংমাদা হস্তিনা পুংময়োন্দা কুন্তী দেবী মরানয়ায়দা শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা মনাই বৈষ্ণব থাঙমদবগী রূপা থৌজানবিগে হায়বগীবু হরি মমা মখোঙ লেঙবিরকপদা মনাই অর্জ্জুনমা কৃষ্ণ মমা মখোঙখাবু পূজা পোৎলোই মশীংমু লৈ চন্দন ম্যাও, শীঙেন চুনাবানা পূজা ঈরাৎ লোইরবগা মনাই বৈষ্ণব অর্জ্জুনমা কৃষ্ণ মমা খুয়ারেন থম্বান লৈঙাঙ মানবা অনীমাপু চিংনা য়েং, মথুৎ জুর তৌ, ভক্তি কাওনী চিগা লুকনা পাউহংজখিএ। হে কৃষ্ণ ইবুংঙো তাবি-ও। সংসার ওাইবং পানবগী তাইবঙ, অকনবা কৌবম্লুঙ কদায়বু অকনবা কৌবনো? নমু অসোনবা হায়বম্লুঙ কদায়বু অশোনবা কৌবনো? ভক্তি মুক্তি কৌবম্লুঙ করম্ববু ভক্তি মুক্তি কৌবনো? পল্লেম পন্থৌ অনীমাকী ভক্তি সেরা কৌবম্লুঙ করম্ববু কৌবনো? মনাই অর্জ্জুন মহা পাপীলেন ঐনা শ্রীমুখ চীন মমা থম্বাল লৈ ওন্থ কতৌ না তাজনীংএ হায়না পাউ হংজরবদা শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িথৌমা পাউখুমলকএ। হে প্রাণভাই ইতাউ অর্জ্জুন-ও। কোল্লোয় নপাউ হংবা অসীবু কৃষ্ণ ঐবু উনবী

পুকনীং হৰাউ থোইএ। তাইবঙ উচ্চালোন পুন্নমাবু অর্জ্জুন বৈষ্ণব নঙাংভা দা ভক্ত লমচং অরেপ্পবু হায়রকে। উনবী পুকনীং তপনা না তা-এ। তইবঙ, অকনবা কৌবদি কোল্লোয় হাং অরেপ্পা, উনবী পুকনীং হোংদবা, সত্তা অচুম্ববু হেন্না অকনবা অমা লৈতে। নমু আসোন কৌবসুঙ সত্য মহাকনে। ভক্তি মুক্তি কৌবসুঙ সত্তা মাঙোন্দগী মপোকএ। সত্য বাচুম অরেপ্পা মতীক খঙনববু ব্রাহমনকে হায়না মনাই লোকলৌ সানা কোন্ সীনৌ কুরাংসাং, টীন স্না থৱান মায়য়োক্লনা ব্রাহমনকএ। হে প্রাণভাই ইতাও অর্জ্জুন-ও। লহান পুর্ব্বে মমাংঙদা ক্ষিবনগর কৌবা লৈপাক অমা লৈরম্মে। লৈবাক অতুগী কোরৌ মনোংথৌদি চন্দ্রথাজা-ও তৌনা কৌএ। * চন্দ্রথাজা কৌবা নিংথৌদো * পাঙ্গন মপা তামএ। থোইয়ম লাইগী থোওজিন্দা উনবী পুকনীং মমায় ওনশিন্ থোইএ। * ক্ষমা * দয়া ঙাকপিহৈএ। নিংথৌ * তাল্লোয় মরুম্বী পাটেশ্বরী মহারাণীগী কোল্লোয় মমিংথোংদি রুপধাত্রি-ও তৌনা কৌএ। রুপধাত্রি মাহাক্তি মহাসতীলেম্মে। চেংলৌ শাকোয়থোংবু লক্ষ্মী চেংলৌ শক্তানৈএ। পায়মা উনগোয় খ্রবু মালাতী উনবা পুকমান্নেএ। সতী উনবী অচেংপ দ * থংলেন মপুরেইববু ব্রত তরা চাহেনবগুম নীংজথোইএ। লৈপাক প্রজা

---

* কোরৌ মনোংথৌ—মমিংথৌ। * পাঙ্গন মপা তামএ-মপাঙ্গন কনবদা মাগা পাবিনবা মপা লৈতে। * ক্ষমা—ঙাকপিহৈবা। * দয়া—থৌজানহৈবা * তল্লোয় মরুম্বী—মতু, (মমাউ ইথেল্পা)। * থংলেন—মরা মপুরোইবা। * চরৈ, আম্নিন তামদা—ইন্নবা ফি

পূন্নমাপু তরা মচা ৱাংতা, * চরৈ অয়িন তামদা, য়েক্লতিংখং লৈতা, লোকলৌ পাউনাইদা, তিংখং ৱাশৌ লৈতনা পানফয়ে হায়দবরা ? অসুম পানফরবদা নিংথৌ মহারাণী অনীমাত্তো * মপারি অমত্তা সাংনদে, মমোম অমত্তা ফুয়নদবগী মতাইলেম * গণন্তা খেনহৈববু পাউ কৌরবগা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা নিংথৌ সনাময়াথংবু পোনবী কোকিল থোন্তাননা পাওমেল্লকএ। হে * ইদাইরেম গণন্তা খেনহৈবা নিংথৌ ঐনা ইচা থারা পান্দববু ৱারম মতৌ করম্বনো য়েংও হায়না পাওমেনখোনগী মদাইরেম গণন্তা খেনহৈবনা লোইতাম থাখন্ মুমিং চয়োনথি, * কোল্লোয় মিংহুনয়েং অক্ত মপুং লাকনা ৱাকংখিএ। চন্দ্র থাজা কোরৌ ইনাংথৌ-ও। নিংথৌ মহারাণী অনীমাপু নপারি সাংও, নমোম ফুইও হায়বদি লৈএ। তৌইগীদি নিংথৌ মহারাণী অনীমাকি অন্তরে মমুংথংবা নক্ষত্র থৱানপিচাঙ্গা দশা লৈখিবনা নিংথৌ নচা থারা পান্দবনে। * চীংঙু নোংদমখোনবু য়েংসে। থোইয়ম শিব মহাদেববু নীংও হায়না ৱাকংলবগী চন্দ্রথাজা নিংথৌগা রূপধাত্রি মহারাণীগা অনীমাতি উন্বী পরৈচেংনা পূজা পোংলোই মশীংসুনা চীংঙু শিব মহাদেবগী সনা মখোঙখাবু নীংজথোইরে হায়দবরা ? নিংথৌ মহারাণী অনীমানা চীংঙু * কোরৌলনশাববু মুমিং শীংপুম য়াম লোইদাম থাঞ্জিরা লাংহৈ কমশীং য়ামনা

---

ৱাত্তনা। * মপারি অমত্তা ফুয়নদবগী—মচা নিপা। মুপা অমত্তা পোক্তবগী * গণন্তা খেনহৈববু—পাজি থেনহৈববু। * মদাইরেম —মনাই। * কোল্লোয়—মিং। * চীংঙু নোংদমখোল—লাইনা তম্বা।

নীংজরবদা চাঁংঙ৲ শিদবা শিব মহাদেব বলাকি ( বরগী ) মপু ওইবা লাইরিংথৌনা উনবী পূকনীং পেনবিথোইরবগী নিংথৌ মপারিব৲ পীরগে হায়বগী যোগী লম্বোইবব৲ শানা ম:লাত্তী লৈরাং পরেং নীংথিবব৲ * শমু খূত্তা পায়না নিংথৌ * খোমলেন মঙলানচান্দা পাওমেনথিএ। হে চন্দ্রখাজা নিংথৌরেন-ও। খোইয়ম ঐব৲ কোরৌলনস:মনগী মপারি উত্তম অথোইবব৲ * শাৎনরঙেনে। নপারিগী * চরিত্র মরমচৎতি বৈষ্ণব লিংজেন চেল্লগদনে। অঙাই তাইবঙ পানবনা ফংঙমদবা খুবমবু মানা ফংলগদনে। হৌমদবা লমচৎসুঙ নচানা হৌনরগদনে। নপারি * নাউরা অথুবা অতুনা পল্লেম মমা * পিবুকন্থুংগী * তাইবঙ সানফোঙলবদা * দুঃখ দশা অরাববু লৈএ। খোইয়ম কোরৌ লনশাববু পূকনীং লাইরেকনো। চাঁওঙ৲ * ইরনকু খোইয়ম ইথৌজানবু কংজহৌরো হায়না মালাত্তী লৈরাং পরেং নীংথিববু নিংথৌউক্তা হুবান। *বর লনকুলম: বগা চীংঙ৲ শিদবদি * অন্তরধ্যান মাল্লং কেঙ্কি ওই থংগোন নোংলৈ ওইনা খোইয়ম থিংলৌ নীংনা তেনা হনরাইখিরে -হ' ।দবরা ? চন্দ্র থা নিথৌসুঙ চেংলো

---

* কোরৌ লনশাবা—লাইনীংবা। * শমু—খ:ূৎ, হকচাং।
* খোমলেন মঙলানচান্দা—মঙদা। * শাৎনরঙেনে-পোকলগনি।
* চরিত্র—লমচৎ। * নাউরা অথুবা — পিকলিবা অঙাং।
* পিবুকন্থুংগী—৫ ঙ 'দগী। * তাইবঙ সানফোঙলবদা—তাইবং ফাওরবদা, পোকলবদা * দুখ—অরাবা। * ইরনকু—ইথৌজান, ঐগী থৌজান। * বর লনকুরমলবগ:-বর পীরমলগা। * অন্তরধ্যান —মাওথোকখিবা, উখিদবা। * হনরাই:খিরে—হনশ্লে, চৎখ্রে।

মমিং পাওনা খোমলেন মীকপ, খোকৃলবদা চীংঙ্ মরনকু খোইয়ম মথৌজান * খোমলেন মঙলানচান্দা তাকপিরববু * মশানৌ রূপধাতৃ মহারানীদা শমু মমায় নোংচুপ ওন্না মঙ, লীখিএ। হে ইশানৌ রূপধাতৃ মহারানী-ও অসি কোন্নৌ ইন্নুংমাগী খোমলেন মঙস্না মঙপুনশি মঙলেন য়াইফা মঙবু * মঙখৈনায়ে হায়না লনকুম খোইয়ম মথৌচান মঙপু মশানৌদা রায়ম পরেংশিং মঙ লীরবদা নিংথৌ মহারাণী অনীমাতি উনবী পূকনীং হয়াউ খোইনা * মপাম্নি শাংনববু সাধু বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ পূম্নমাক্তা ধন লনয়ামপী * সনা থেনমাইলাং লুপা পুঙপুলেমনা দান ধর্ম্ম তৌনা * য়াঙ্গোইরবদা কোন্নৌ নোংদোনথকা খোইয়ম সভা লেংনা তিনবা চীংঙ্ লাইরূপ পূম্নমানা চীংঙ্ উনবী লৈনিংশিংনা থম্নখিএ। ত্রেথাঙ্গা নিংথৌ রূপধাতৃ মহারাণী অনীমা অসিবু মপাম্নি শাংনবা মমোম ফুয়না ফন্দু পূমনা লৈতে। * তৌইঙ্গুম চীংঙ্ শিব মরনকুদি ফংখিরে। নিংথৌ দশা অচৌবদি * শীঙেঙন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে। দশা মতুং ইন্না মপাম্নি শাংফরোই, মমোম ফুয়ফরোইএ হায়রবদু অঙাই তাইবং পানবনা চীংঙ্ শিব মরনকুদা শীঙেঙন অরেম্বনে লৈরাং অতিংঙানে. হায়না

---

* খোমলেন মঙলানচান্দা—মমঙদা। মশানৌ—(মশাও) ইবেম্মা, মতু। * মঙখৈনায়ে—মঙফাওনৈএ। * মপাম্নি শাংনববু মচানিপা পোকনববু। * সনা থেনমাই লাং লুপা পুংপুলেমনা—সনা লুপা য়ামনা। * য়াঙ্গোইরবদা—লৈরবদা। * তৌইঙ্গুম—তৌইঙ্গুমক্নুং। * মরনকুদি—মথৌজান্দি। * শীঙেঙন অরেম্বা * লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে—মরেম্বা ওইরে।

* ঙাইনোকনখিংডনে। চীঙঙ্ * কোল্লোয় ময়াথংদি মক্কুরোইএ। নিংথৌ দশা অরুবদি অন্তরে মুংগী দশা লৈএ হায়বা মথক্তা * ইমুং সোয়য়ায়মদাস্তু শমু মমায় নোংচুপ. ওল্লা খোমলেন মঙ লীএ। তৌজ কর্ম্ম মহৈ পুন্নমাপু মাঙভেনে। তৌইগুম মপারি * নাউনৌরবগী পল্লেম মমা লৈফরোইএ হায়না চীঙঙ্ কোল্লোয় খাচুম্‌নখিয়ে হায়দবরা? চিঙঙ্ শিব মকনকুলী চেথাজা নিংথৌ মশানৌ রুপধাতৃ মহারাণীদি চীঙঙ্ লনকুমাগী মথৈবু খোয়চি খাদা মিহুনতম্‌. নাকলু ফিয়ান খোই, হৈরাঙ মচা য়ান, নৎরা তাউজীং তুকুম্ববু মক্ক পন্না গর্ভ ন টপু তমংল হায়দবরা? কোরৌ মশীং য়ামনা লোইদাম থাবুম তরা সুরকলবগী মাল্লং অচিক থেম, * মাল্লেম চীংলৈপাক ওইনম্বনা তরা চাওইনা চেংলৌ শকপানথোংবু হয়িং পেংলোইথীনা চেংলৌ শকওইনা অবা লৈখতানা নাউনৌববু চকমোম তেমথাওংলান, মাপন্ খাম্বী তৌতোং চঙখোনলা * লোইদাম মশীং গুরবগী নিংথৌ মহারাণী অনীমানা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্নমাতা ধন লনয়াম পী. লুপা পংপুনেম সনা থেন-মাইলাংনা দান ধর্ম্ম তৌনা ঙাইখমলবদা কোরৌ মুমিং শীংবুম চহমজি গুরবদা মপারি পুরুষ উত্তম অথোইববু নাউনৌরে। মপারিবু নাউনৌবগী অয়া হকলাংবনা অনা ঙাইফা নীক হৈয়ু মমুংসং মুংনাং কাওবা মনালেক, তৌরাং ককচাওন্, লুতুং খোইপাকশা

---

* ঙাইনোকবা—নোক্রবা। * কোল্লোয়—য়াথং। * ইমুংশোয়-য়মদা—অহিং নোংয়ায়দা—অহিং নোংয়ায়দা। * নাউনৌরবগা—পোকলগা। * মালেম চাংলৈপাক ওইনম্বা—চের্ব্বাক। * লোইদাম—থা।

সেতৌ তৌঙাম হোই হোই লিনরাই শল্লম ইন্‌গুম লাকপা লৈপাক মাইবা অহৈবা, নিংথৌ মাইবা অশিংবনা লরাই কোয়-রেনথক্তা লাইজা খিকফেন চাই, মাল্লং অচিকথেম্, হুমাই মায়রেং হৌ, হীদাক ময়ান শেম, মন্ত্র লাইশোন কন্ খোইমোম লাইমিং শোন্না অনা লায়কল্লববু কনঙমদনা অনা লাইথোই চিল্লকলবগী লোয়না চান্নাবু থানারা পোং তুংইনব' তংনরা হরি মিংলেন শোন্না স্বর নিংসা থমলে। চাঁউড় পন্দনখিরে। কোরৌ নোংকখিরে। লৈহুং য়োংগী থীং, লুখুম ফানাউ থীন্ কাসা পাউগা তাকলবগী নিংথৌ কোল্লোয় শঙ্গায়রেন্দি নমু মীয়াম তিনবগী মীকপ খোনমান্নবনা কবো খাংসোয় ঈন্নাউখোন খিঙেন লাইজা ঈনমখায়গুম মীকপরে। চন্দ্র থাজা নিংথৌচু ও মশানৌ রূপধাতৃ মহারানীবু ঙকথী লূমলাংকোন খজাই লেংলোই চুপ, শমলাং তোনগা নান্ শীন্নৌ কুরাংশীং চানসনা থম্বাল মংন্নোক চূপনা মীকপখিএ। হে ইশানৌ চেংলৌশক্কোয় হেনবী পুকমুং লিন্না ভানবী পায়মা খোয়চঙবী তিল্লাং খোয়তাবী রূপধাতৃ মহারানী-ও শানৌ ইবিঙঙানা খোইমোম কোরৌ লনশাবদি ইপারিবু কংইগীসুও শীঙেঙন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙানে। হে ইশানৌ রূপধাতৃ মহারাণী চেংলৌ শক্কোয়হেনবী-ও। থমুং

---

লরাই কোয়রেনথক্তা—লৌরাই লেন্দ্দা। লাইজা খিকফেন চাইবা—ঈশিং খিকপা মায়রেং—হুমাই। অনা লাইথোই চিল্ল-কলবগী—অনাবা হেক্তিল্লকলবগী চাঁউড় পন্দনখিরে—শিরে। কোরৌ নোংগাখিরে—শিখে। কোল্লোয়—শজাই। চেংলৌ শক্কোয়হেনবী—শক কজবী।

লৈপাক্কী চেরেকও সাবানাকোনখওকী হনরইরকও। নাউরা পারিগী চেংলৌ মশক য়েং কৈরা তন্দা থোংনা অমৃতা খোমলাং লইজা মায়োকন্নখো। নপারি চেংলৌ য়েংনা মোমনু কোল্লোয় নয়াথং চুজা চৎনলেম্ নপাউখোন নিংথিবনু চাংনুং তান্না খোনকুনপী নিংনাংয়াংসারীক খোঙানবীনা নপারি শঙ্বায় য়েংনা পাংথেল্লখেৎও। মোমনু নপাউতনা নিংথৌ ঐগী উনবা পূরক্লীং পে চৌরগে হায়না হরি মিংলেন শোন্না মীকপলিংঙৈদ নিংথৌ মতাইরেম পাত্র অঙম্বশিংনা নিংথৌ মথোঙথাদা রাকৎখিএ। হে চন্দ্রথাজা কোরৌ ইনোংথৌও। চাংলেন নোংনাউথী গুহবু চৈৎপিও। নপারি নাউরা তপিসপু খোমলাং ইনৌহমহনবী-ও। নোংথৌ বারৌ অয়েংবা নোংতম রাকইনে। খোইয়ম বিধি রায়েন্দী খোয়মা লমচোইফরোইএ হায়না রাকৎলবদা চন্দ্র থাজা নিংথৌনা পাংথেল্লবএ। হে পাত্র লৈপাক কোইবশিংও কোল্লোয় নখোয়গী নয়াথংবু রারম অওকপা, য়াথং অচুম্বানে হায়না নাউরা অপিশাপু নাউরা খোয়রী লেল্লে। পল্লেম পীথাওর্শনপী অমৃত লাইজা খোমনোবনা কৈরা তান্দা থোংনা ইনৌহম্লে। রূপধাতৃ মহারাণীগী শংলৌ মথৌরাঙ য়েল্লাং মঙমদমল্লুঙ লাইজা গঙ্গা মপান্দা চান্দুবা রাংনা খন্ কুণ্ড মৈফম শেম শীঙবী ঙমচাউ পৈ. শীঙখন

---

খোইমোম কোরৌ লনশাবদি—লাইনিংবদি। শীঙেঙন অরেম্বা লৈরাং অভিংঙানে-কাম্নদবা অরেম্বনে। খল্লুং লৈপাক্কী-অশিবগী লৈপাক্কগী, যম লৈপাক্কগী। নিংনাংয়াংসারীক—হরিনোংনাং। পাত্র—মন্ত্রি। কোরৌ ইনোংথৌ—মহারাজ ইবুংঙো। চৈরৎপিও—তোকপিরো।

মশীংগুনা শানশেমলে। মহারাণী শমু মহকসাংবু লাইজা ঈনা শেং, চরৈ ফিনৌথোন ন্দন মশীংস্থনা খিন, নমসা চন্দন লমণ্ডন নাই, চোয়নৌ সনা লৈগুইনা লুপা ফিগুইনা, শীংগুল লৈখেং, কৈরেন কৈচাউ মথোন তৈনা শা, ফীরান মশীং স্থনা থেং চোঙলেন য়িনচম খান হুমাই মায়লেঙ হৌ, য়াংলেন পুংকাংয়ৈ, তরেং শেনখীং মনিল নাই, মোইবুং খিংকামনা, পেরে শানৈ থোং, বাশী খুংখং পেনা মুংনৌ খোংনা লাইজা গঙ্গা মপানগী কুণ্ড শীঙগী ঙামচাউ থকতা খিংলৌ চাঙবা য়াহিপ তম্ লাইরেন শাংবা য়াংানরবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা লাইজ পুন্নাং লেংদা থোং, থাঙলেন খুক্তা শূনা খাম্বী মৈকেয় তরেংলক কোয়, হুতষী হৈ থোইনা লময়ায় কাইখিল্লে। থানকম কোককপ তম মৈখু নোংতাকা কাসা পাউগাতাকনা সংস্কার যজ্ঞ মণ্ডমথোবু লোইরবদা জাতকর্ম্ম হৌনববু ব্রাহ্মণ লেংনা তিন্না বেদ লাইরিক থী, থান্না নোংজা হাঙদা পিণ্ড মশীংস্থনা মোংবা য়ুমশেংনা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম মণ্ডমথৌবু লোইরবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা পাগুমেল্লকএ। হে ইদাইরেম গণন্তা খেনহৈবা-গু নিংথৌ নাউব্রা অপিসাকী জন্ম নপোক য়েংনা কোয়োয় মমিং থোনবি-গু হায়না পাওমেনথোনগী মদাইরেম গণন্তা খেনহৈবানা বেদ লাইরিক ফাক কোর্ব্বাক মাঙদা থা,' লোইদাম থাজা খন্, মুমিং চয়োন থী, খেল্লেন মতম য়েং, অক্ষ মপুং লাকনা নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা য়াকংখিএ। হে চন্দ্র থাজা কোরৌ ইনোংথৌগু! নিংথৌ নপারি নাউবা অপিসা অসিদো চ ভঙ মশুংমানকুমএ। নাউব্রা মরমচংস্থঙ, বৈষ্ণব চরিত্র লমচেংনঙৈনে। বেদ শাস্ত্র নিতি পুম্নমাপু লাইরিক সাথোন

মলিন উননা ভক্তি ঙক্নোই থোংপু-চুনাঙৈনে। তেজবীর্য্য মশা- মঙান চাউবদি থাংচি উপীতালা মৈবুমএ। তাইবঙ সংসার পুম্নমানা পুজা ইরাংনঙৈনে। পায়ম। মাগী উনকোয়মুংসুং সমুদ্র লাইজা ইরেন পুংঙৈনে। অরাং থাবা উপ্রেন হীকুম ঈঙথোইলঙৈনে। নাউরা কোন্নোয় মমি থোং, অঙাং নাউরা মখোয়লেন্তি পল্লেম কোল্লোয় মিংছন ইন্না রুপবানও কৌববু চুনেএ হায়না রাকংলবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা উনবী পুকনীং হরাউরবগা দুঃখ অমাবা অনীমাপু ঙাইরোয়ননা মপারিগী কোল্লোয় মমিংথোংবু সনা চৈকাইন, লুপা য়াইগা চন্ রাংলেন তোমান্ পুং য়েনা রুপবান কোল্লোয় মিংছুনখিএ হায়দবরা ? রাজা নিংথৌ মপারি রুপবান নাউরা অপিসাপু পল্লেম পীথাঙ সীন্না ফৈরা তান্দা পম, খোমলাং তাচৌন ঈনোইহমনা নাউয়োকপাবু লোইদাম থাবুম অহুম সুরবগী লেমলৈ ঙতোং সেং, রানচেং সৌলাইমেন্ তাইবঙ তরা চামম্নোন্ং তরা চউম তলে। নিংথৌ মদাইরেম অঙবা প্রজা লৈপাক পুম্নমানা নিংথৌ পাহাঙ মুংচেং ওই পাথং শঙবায় সোনতম্পা লৌকুমনা নুরা ও ইখোং সিনহুমুক্কমবর মতোম মপা। হাঙলবগী উনবী পুকনীং, অরা ওনা নিংথৌ সনা মখোঙথাদা রাকংখিএ। হে চন্দ্রথাজা সেরো ইনোংথৌও নিংথৌ পাহাঙ, মুংচেং ওই মাল্লেম লৈবাক ঙাকহেদে। খোইয়ম লাইনা য়াজদে।

---

লাইজা ইরেন পুং—সমুদ্র। ঙাইরোয়ননা—তোয়ননা। রাংলেন তোমান—পুং। কোল্লোয় মিংছন খয়ে—মমিং থোনখিয়ে পল্লেম পীথাঙসীন্না—মমা শরু। ফৈরা তান্দা পম—মতম্বাক্তা পমদুনা। লেমলৈ—ঙা। পাহাঙমুংচেং ওই—পাখুং ওইবা।

চীংউ নোদমখোনগীনে। অরা লাইমন তৌফদে। সনা ফম্বান পাংসোয় নীকফদে। রুপধাতৃ মহারাণীগী শমু মহুং শিনববু হোয় থিবিও হায়না ব্রাকৎপবু নাতারবগী চন্দ্র থাজা নিংথৌনা পাও মেল্লকএ। হে পাত্র অঙমশিংও। নিংথৌ ঐবু ইশানৌ থাইনা রা মুংশি মৈবু মৃত্তরিএ। হৌজিক অমা থিরুবনসুঙ ইশানৌ রুপধাতৃ চেংলৌ শংকোয়থোংসুঙ মাল্লোইএ। উনকোয়নুংসুঙ লৌপিরোইএ। উনগী পূকনীং নৌহৌনবনে হায়না *ব্রাকল্লববু মদাইরেম পাত্র *লৈপাক কোইবা পূম্নমানা হন্না হন্না ব্রাকংখিএ। হে চন্দ্র থাজা কোরৌ ইনোংথৌও হায়বিগুনে৷ *লোইবী চীংলেন পল্ল ল বু অমরক কাবা অমুক কৃম্বা হৌনৈএ। নিংথৌ রাজনিতি অরুববু নিংথৌ সনা উনগোয়নুংদা মরৈএ। দু: খ অরাবা ঙাকসুঙ নীংফদে। *আনন্দ মুঙাইবা ঙাকসুঙ য়েংফদে। নিংথৌ সনা উন-গোয়নুংবু খনবি ও হায়না পাউ ঈনশিল্লকলবগী চন্দ্রথাজা নিংথৌনা পাওমেল্লকএ। হে পাত্র লৈপাক কোইবা ফমদৌ ইঙাইরোয় নিংথৌ ইহিসাংশিংও। প্রজা লৈপাক নঙখোয়না তফবা কম্ন য়েংনা তৌরো হায়না নিংথৌ সনায়াথং পীরবগী পাত্রমিত্র লেংনা তিন্ প্রজা লৈপাক পূমনা হুপনা পিতেশ্বরী * মমোমলোন রুপথৈন কৌবীবু হোয় থিরবদা মুমিং চয়োন অফবা থেল্লেন মতম নীংথিবদা লুহোঙ পোংলোই য়াম মনহা মশীং স্নুন্না মরান

*ব্রাকল্লববু—রা হায়বা য়াত্রববু। লৈপাক কোইবা—লৈপাক পুবা অঙম্বা। লোইবী চীংলেন পল্লংলাবু—চীং অরোংববু। আনন্দ—মুঙাইবা। মমোমলোন—মচা নুপী।

লুহোং খোংদোং লোইরবগা চন্দ্রথাজা নিংথৌগা মণানৌ রূপথৈনা মহারাণীগা অনীমাতি নিংথৌ সনায়োং কোম্নুংদা *শঙ্গায় কোল্লোয় নুংলাংচান্দা ইনফুয়লীগুম সোয়নাদা হংগেন লীগুব সাচং নাইদনা নুংঙাই মরাং কায়না নুমিং খেনকা য়াইকুম *পানমন্নরে হায়দবরা ? নাউব্রা মপারি রূপবানমুঙ লেমলৈ ঙাতোংসেং ব্রানচেং সোলাইমেন চরৈ নাহোং শা *মান্নৌ থুপকিনা শমু নমদা পোনা নাউয়োকপবু চষ্টা কুমপুম অহুম শুরবগী *চূড়াকরণ কোকনা ন'হুং নারেং তমলে। কুমচা সাগুন য়ামনা লাংহৈ চহা মঙা শুরবদা লুগুন গায়ত্রি মুনা দী, *দীক্ষা ক্রম মথৌবু লে, ইবিরে হায়দবরা ? নাউব্রা চেংলৌ শক্কোই থোংবু *হেনথোইএ। * পুন্নুং লেপ্পান থোংবু, নীংথিএ। *লোইদাম অনিনবা থাগুম পূংয়ান মনায় চোম্না ফয়ে। নাউব্রা মমান্নবালকী শিংথোইএ। মপাং লকী হৈথোইএ। চন্দ্রথাজা নিংথৌ মপারিগী চেংলৌ মশক য়েংনা উনবী পুকনীং পেন্নৈএ। পন্থৌ মপা পোকমাবনা পারি নাউব্রা অসিবু অচাউ লেপফারে শাংবা লমঙমলকলে। মপা পোকমাবনা পারি নাউব্রা অসিবু অচাউ লেপফারে শাংবা লমঙমলকলে। মপা গুরু নাইহনগে বিদ্যা লাইরিক তমহনগে হায়না নিংথৌ মইরবাক লেপ্পকনগর কৌবাদগী বিদ্যা থোইনা হৈবা সুশর্ম্ম কৌবা ব্রাহ্মণদা শমু

---

শঙ্গায় কোল্লোয় নুংনাংচান্দা-সনা শঙ্গায় নুঙাইবদা। পানমন্নরে —লৈমিন্নরে। ঙান চং—ঙা। চরৈ—ফি। মান্নৌ—ফি। চূড়াকরণ কোকনা—শম কোক্কুনা। দীক্ষা—লাইমিংলোবা হেনথোইএ—ময়ামদগী হেল্লে। পুন্নুং—মরেপ। লোইদাম—থা।

খুৎশিন্নরে। সুশর্ম্মা কৌবা ব্রাহ্মণগী মপারি হরিশর্ম্ম কৌবা ব্রাহ্মণ মচা অহুগা *পাথৌ মরুপ ওইনা বিষ্ঠা লাইরিক তম্মন্নবু লাংহৈ চহী মঙাস্থনা তম্মন্নরবদা * নোংমা কোরৌ মুমিৎতা ব্রাহ্মণ ম। হরি শর্ম্ম কৌগা নিংথৌ মচা রূপবান লাইরিক অর্থ রাগী নিংঙাইশাংদানরকএ। নিংথৌ মচা রূপবাননা হে হরি শর্ম্ম ব্রাহ্মণ মচা নঙনা হায়বা চুমদে ঐনা হায়বা চুমএ হায়না পাও-মেনবু হরি শর্ম্ম কৌবনা * য়াথং অথা থোকনা রাহৈমলকএ। হে নিংথৌ মচা রূপবান-ও, নঙ হায়না পাওমেনবদি রাজা ঋষি লমচৎ নত্তে। ব্রাহ্মণ ইগুন ঙাক্তে। পল্লেম নমা পোক্তবীনা ন.উয়োকপনা ওইরবোইরে হায়না পাওমেনবু না তারবগী নিংথৌ মচা রূপবানদি উনবী পূকনাং ঙকনা নীংখনখিএ। নিংথৌ মচা রূপবাননা পাউহংখিএ। হে ব্রাহ্মণ মচা হরি শর্ম্ম কৌবা-ও হৌজিক ব্রাহ্মণ নহাকনা পল্লেম পোক্তবনা নাউয়োকপা হায়ববু পল্লেম ঐবু পোকপদি শঙ্গায় কোল্লোয় মুংলালচান্দা পাটেশ্বরী লৈপাক মবেম্মা ওইরিএ হায়না পাওমেনবু হরি শর্ম্ম ব্রাহ্মণ মচানা পাউথুমলকএ। হে রাজা নিংথৌ মচা রূপবান-ও। পল্লেম

---

পাথৌ—মরুপ। *লাংহৈ—চহী, কুম। নোংমা কোরৌ মুমিৎতা—নোংমগী মুমিৎতা। নিংঙাই শাংদানরকএ-নিংঙাই তৌনরকএ মরৈ য়েৎনরকএ। য়াথং মথা থোকনা—অথীবা রাহৈনা। রাহৈম-লকএ—রা হায়রকএ। ব্রাহ্মণ-বামোন। পল্লেম নমা পোক্তবীনা পোক্তবী নমানা। নাউয়েকপনা—য়োকপনা। নীংখনখিএ—মপুকনীংদা খনখি। পাটেশ্বরী—মহারাণী, লৈপাকী মনেম্মা।

রূপবান



নমা পোক্তবনে হায়না পাওমেল্লবদা নিংথৌ মচা রূপবাননা কোল্লোয় নীংথিবা য়াথং অমেণ্ডবনা পাওমেল্লকএ। হে ব্রাহ্মণ মচা হরি শর্ম্ম কৌবা-ও কোল্লোয় ঐগী অথীবা য়াথং ঐগী অখাববু মুংঙোন রারৌগুনো হায়না পায়না কোম্নরমলবগা মরান য়াঙনা হলরাইরকলে। পন্থৌ মপা পোকমাবা চন্দ্রধ্বাজা নিংথৌদা মানবী খুদপনা শমলাং ফাথনা মুকস্থ লৈতোন কোন য়াথং হীকহায়ননা পাউহংজখিএ। হে ইপন নিংথৌরেন-ও। তাবিও। নাউরা নপারি ঐবু পোকপী ইমাবু মায়গৈ লমদমকৈদা চংথিরবনো হায়না পাউহংববু পন্থৌ মপা চন্দ্রধ্বাজা নিংথৌনা পাউখুমখিএ। হে পারি নাউরা অথুবা-ও। পল্লেম নমা মহারাণী শঙ্গাই মুংলাংচান্দা লৈবী অসিনে। নাউরা নঙ পোকপী হায়না পাউমেনববু হোয় য়াদানা পাউখুমলকএ। হে পন্থৌ নিংথৌরেন-ও। পল্লেম মহারাণী অসিদি নাউরা ঐবু পোকপী নত্তে হায়না ব্রাহ্মণ মচা হরি শর্ম্ম কৌবনা-পল্লেম পাওথংনরকএ। পন্থৌ কোল্লোয় অরেপ্পা য়াথং অশেংববু পাউতাকপিও হায়না মীংকোয় লাইজা ঈফমতাউ প্রেম চাইজি ঈরায়ননা পাউহংজরকলবগী চন্দ্রধ্বাজা নিংথৌদী পাখং লিরেন তংথায় পোকুম্ববু উনবী পূকনীং পোপহৌরকলবগী মপারি চেংলৌ

---

কোল্লোয় নীংথিবা—ফজবা রাহৈ। মুংঙোন রারৌগুনো—পুক্লীংদা রারৌকিনু। মরান—ময়ূম। য়াঙনা—থুনা। হলরাইরকলে—হল্লকলে। পন্থৌ মপা পোকমাবা—মপা অপোকপা। লমদম কৈদা—মায়গৈ কদোমদা।

চিংনা য়েং প্রেম লাইজা ঈথক হৌনা পাওমেল্লকএ। হে পারি ইথুংগো পল্লেম নঙবু পোকপদী পারি নঙবু নাউনৌরবগা অকেম চকসোম লাংগা ওইখিরে। পারি কোরৌ নোংলাউথী মোংবা থুচুপ হৌগুমনা মীকপলগুনো। পন্থৌ নপা নিংথৌ ঐবু লৈএ হায়না মপারিবু ফৈরাতান্দা পম শমলাং তোনগা নান্ শিন্নৌ কুরাংশীং চীনম্না থম্বাল মায়োক চুপনা শমু মখুৎ অনীমাপু তাউজা কোক্তা নম্না মশানৌ রুপধাতৃ মহারাণীবু উনবী লৈনিংশিংলকলবগী প্রেমধারা ঈচেন্নন তেংথারকএ। হে ইশানৌ মহারাণী রুপধাতৃ কৌবী-ও নপারি নাউরা অথুবনা কাওরেন মপী মাঙবা শন্না সন্নাউ মপী থিরকপাতুকুম্ববু পল্লেম মমা থিরকলে। নিংথৌ ঐবু শানৌ শমু নখোঙ্গুনবু তাকউমদরে। হে শানৌ ইবেম্মা থম্মং নরৈপাক্কী ওন্দেরকও সারা নকোন থঙগী হনবাইরক-ও। নাউরা নপারিনা কোরৌ নোংলাউথীগুম মীকপলিবা অসিবু ফৈরা তান্দাথোং খজাই

মিংকোয় লাইজা ঈকম তাউ—মমিংতা মপি ঈরা চেন্দুনা, পি তরং তরং চেন্দুনা। প্রেম চাইজি ঈরোয়নন।-মমিত্তা পি শন্থনা। মপারি চেংলৌ চিংনা য়েং—মচাগী মশক মুন্না (চিংনা) য়েংদুনা। নাউনৌরবগা-পোকলগা। মীকপলগুনো-কপলগনু। ফৈরা তান্দা পম—মতম্বাক্তা পমদুনা। শমলাং তোনগা নান-মশম নানবিদুনা। উনবী লৈনিংশিংলকলবগী—মপুকনাংদা নাংশিলকলবগী। নপারি নাউরা অথুবনা—নচানিপা পিকলিবসিনা। কাওরেন—গন। থম্মং নরৈপাক্কী - অশিবগী লৈপাক্কগী, যম লৈপাক্কগী। ওন্দেরকও —হন্নকপ। হনবাইরকও—হন্নকও।

লেংলোই চুপ শম্মলাং তোনগা নান, শিন্নৌ কুরাংশীৎ, চীন স্না খম্বাল মায়োকা চুপনা নাউরা চেংলৌ শকোয় য়েংনা অমত্ত লাইজা নীংথিববু থীকলেন মায়োক্না হে পারি চেংলৌ শকহেনবা-ও পল্লেম নমা ঐবু লৈএ চীংলেন নোংলাউথী-গুম্ববু চৈরৎও হায়না নাউথেমলরো। মোমন্থু চীনলেম নীংথিবা নখোন নোংনৌবা তানা নিংথৌ ঐবু উনবী পুকনীং পেল্লগে হায়না মপারিবু ঙকথীলুমলাংকোন মতৌ কন্থু লৈতনা মীকপখিএ হায়দবরা? নাউরা পল্লেম পীথাঙশীনব রুপথৈনা মমানা মপারিবু নিংথৌ ফৈরাথক্কী ঙকথীলুমলাং কোন্না ফৈরা তান্দা পম, খজাই লেংলোই চুপ, শম্মাং তোনগা নান, চীনস্না খম্বাল মায়োক চুপ, মীৎকোয় লাইজা ঈফম তাউ প্রেম লাইজা থারুপ হৌনা নাউথেমখিএ। হে পারি ইবুংঙো পারি নঙবু পল্লেম পোক্কবীনা নাউয়োকএ। হায়ববু তাইবঙ খণ্ডফাঙবা নন্থু উফাওবা কনানা হায়বানো? পল্লেম পোকমাবা ইপানি নঙবু শাংমাবা নপন ঐবু লৈএ হায়না পারি শিংকাশীং লীলেন নঙগা নান্না পাওমেনখিএ। পল্লেম নমা নমা ... ... তুংঙে ...

---

চেংলৌ শকহেনবা—শক কজবা। চীংলেন নোংলাউথীগুম্ববু—নোংখোংবগুম (কম্বু)। চৈরৎও—তোকও। মোমন্থু—নুজা। ঙকথী লুমলাংকোন—মঙকশমদা চেজেংনা কোন্দুনা। কন্থু—করম্বু। মাকপখিএ—কপখিএ। পল্লেম পীথাঙশীনবা—মমাগী মছুৎশিনবী। নিংথৌ ফৈরাথক্কী—নিংথেমগী মতম্ব রুগী। ফৈরাতান্দা পম—মতম্বাক্তা পমদুনা। প্রেম লাইজা থারুপ হৌনা—মমিত্তা মপি ঈরা চেম্বনা। পল্লেম পোকমাবী-নমা অপোকপী। নঙবু শাংমাবী—নঙবু পোকপী নমা। নপন—নমা।

মতৌ য়েংনা নমু মীয়াম তিনবা পূম্নমক্তি চন্দ্রথাজা নিংথৌগী কোল্লোয় শঙ্গাই মনিন নাইনা মীকপ্পরে হায়দবরা ? নাউব্রা রুপবান্না পল্লেম পন্থৌ মমা মপা অনীমাতা খূকলু্লৈপাকতা, মখূৎ জুর তৌ নাউব্রা শমলাং ফাথনা মূকমু লৈতোন কোন্ য়াথং হীকহায়না ভক্তি কাউবী চিগা লুকনা পাউহংজখিএ। হে পল্লেম পন্থৌ অনীমা-ও। নাউব্রা ঐবু পোকপী ইম্মাবু মায়কৈ লমঙম কৈদা চংখিবনো তাকপিও হায়না পাউহংলবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা মপারিবু লোকলৌ সানা কোন্না পাওমেনখিএ। হে পারি ইবুংঙো পল্লেম নমা পোকমাবীদি শুকমু থনবা রাঙনকপ্পু কাম্নচোংনা লাংয়াথনবা রাঙেম্বা মকাইফমদা তাইবঙ চীংদি চীংনাউতাবু কৈনা লান্না খম্নুংচীংদি চীংপীখম্নু ঙমলোন্নখিরে। যমরাজ্ঞ রায়েনবা মরৈপাকপু ইন্দানখিরে। হে পারি ইবুংঙো পল্লেম কোল্লোয় মতিনমেন মুংওন কোঙ্গোই মরালেপ্পু হন্না হন্না পাওমেল্লগুনো। নপন ঐবু প্রান থরায় ইমিরেনবু ঙমদরে। থরায় নিনমাঙনগুমলে হায়না পাওমেনববু হোয় য়াদানা পাওমেল্লকএ। হে ইপন নিংথৌবেনও। নপারি ঐবু মুংঙোনতঙতু ঙমলরোই। পল্লেম পন্থৌ অনীমাকি অজ্ঞা বিদায় পীবিও। ইপন হৈনা মতুং ইন্না পল্লেম মাব মখোউথুনবু লৌঙকপে হায়না পাওমেল্লবদা মপন

---

মীকপ্পরে—কপ্পরে, কপ্পলাউনরে। খূকলু লৈপাকতা মখূৎজুর তৌ—খুদংদক কুল্লগা মখূৎ লোম্নতুনা। শুকমু থনবা—পোকপা। কাম্নচোংনা—লাম্বোক্তুনা। লাংয়াথনবা—অশিবা। মকাইফমদা—মফমদা। খম্নুং—অশিবগী লৈপাক। ইন্দানখিরে—য়োননবা চংখ্রে। অজ্ঞা—য়াথং।

চন্দ্রথাজা নিংথৌনমুগুও পল্লেম পীথাওশীনবী রূপথৈরা কৌবীমুগুও উনবী পূকনীং ওকনা পাউথুমলকএ। হে পারি ইবুংঙো রূপবান চেংলৌ শক্কোয় হেনবা-ও নাউরা কোল্লোয় নয়াথংবু পারি করি ৱানো? আওাই তাইবও মাল্লংপানদী তাইবও অমর পীদবগী তাইবও পোকমু পোকএ শিমুও শিএ। অমন থমলৈ কুম, অকেম চকমোম লাঙ্গা ওইনা থানফম কোককক্ তম্ লময়াই কাইখিন তমনা চকমোম থাম্বী মৈপূকনুংদা শমু মহাকসাংবু তুমনখিরবনে। প্রাণ থৱায় অমতনা যমরাজা ৱায়েনবা মরৈপাকপু ইন্দানখিবনে। অমন থমলৈ কুমখিরবা মীগা অওাই তাইবওপানবগী খোমলেন মঙলানচানবু নত্তনদি অওাই তাইবওপানগা চেংলৌ শক উন্নৌও হায়না তমদরে। কোরৌ কদৌ নোংমুও পল্লেম নমা উররোইএ। তাইবও, শিখিরবা পারি থিবা খওএ হায়ববু থমলাংপা ৱারীদা হায়রমদে। ইরেংপু ৱারীদা লেংলমদরে। কোরৌ কদৌ নোংমুও পল্লেম নমা খওপুরোইএ। পারি করি ৱানো তওাইও। নপন নিংথৌ ঐগী ফৈরা তাজীনথক্তুম মুংডাই মরাংকায়না য়াঙ্গোইরা-ও

---

পল্লেম পীথাওশীনবী—ইমাশক্লবী। চেংলৌ শক্কোয় হেনবা-ও—শক ফজবা ইবুংঙো। তাইবও মাল্লংপান—তাইবংপন, সংসার। অমর-শিবা নাইদবা, শিদবা। অমন থমলৈ কুম—শিবা। অকেম চকমোম লাঙ্গা ওইনা—শিত্নুনা। চকমোম—মৈ। থাম্বী—মৈ। খোমলেন মঙলানচান—মঙ। থমলাং—ইপা। ইরেং—ইপু। থমলাংপা ৱারী ইরেংপু ৱারীদা—ইপা ইপুগী ৱারীদা। তওাইও—ওাইখো। নপন—মপা। ফৈরা তাজীন থক্তাতুম—ফৈবাক্তুম।

হায়না কৈরা তান্দা পম্ লোকলৌ শানা কোন্না থৌখাম্ববু হোয় য়াদানা পাওমেল্লকএ। হে পম্হৌ নিংথৌরেনও নাবা নালি ঐবু পম্হৌগী চেংলৌ শকোইথোংদি মখওলে। পল্লেমগী চেংলৌ শকপানথোংদি খওদনা নপারি ঐবু তাইবঙ মুংশাপান্দা য়াংগোইঙম-লরোইএ। পম্হৌ ইপা নিংথৌনা নপারি ঐবু পল্লেম খোঙ্গুন থিরুরো হায়না বর লনকুবিত্রবদি নাউবা নপারি ঐবু থাঙলেন খূৎনা ফং ইতোম নাউবা থবায় হাৎনা নোংমল্লগে হায়না পাঙ-মেল্লবদা মপন চন্দ্রথাজা নিংথৌনা মপারিগী উনবী পূকনীং অরেপ্পা কোল্লোয় য়াথং অশেংববু না তারবগী উনবা পূকনীংঙক লৌশিং মতা থিঙমদনা মদাইরেম গণন্তা খেনহৈববু পাউকৌরবগা নিংথৌ সনা ময়াথংবু পোনবী কোকিল খোন্দাননা পাওমেল্লকএ। হে ইদাইরেম গণন্তা খেনহৈবা-ও নিংথৌ নাউবা ইপারি রুপবানগী গ্রহ দশা পুন্নমাপু মনুং মপান ফাওনা য়েংও হায়রবদা মদাইরেম খেনহৈবনা নাউবা রুপবানগী মুমিৎ মপোক থি, লোইদাম থাজা খন, চহৈ মশীং লাক গ্রহ মায়োন য়েংনা রাৎকখিএ। হে

---

থৌখাম্বা - তৌগম্নু হায়নাখাম্বা। পম্হৌ-ইপা। চেংলৌ শাকোই থোংদি—শকপান্থোংদি। তাইবং মুংশাপান্দা—সংসারদা, তাইবংপান্দা। য়াংগোই ঙমলরোইএ—লৈবা ঙমলরোইএ—লনকুবিত্রবদি—বর পীবিত্রবদি। থাঙলেন—থাঙ। নোংমল্লগে—শিল্লগে। গণন্তা খেনহৈবা—পাঞ্জি কল চাংয়েংবাহৈবা। পাউকৌরবগা—কৌরগা। পোনবী—উচেক। লোইদাম থাজা—থা। চহৈ—চহী।

চন্দ্রথাজা কোরৌ ইনোংথৌও নিংথৌ নপারি নাউরা রুপবান অসিবু লাংহে চহী তরা শুবা অসিদা বিদেশ লৈপাক লান্না বন উরক চংও হায়বা কোল্লোয় মিংচৎ অথোইবা অমৃত লাইজা ঈবু তানফংবগুম্ববু পস্তৌ পা খঙও পল্লেম পী ফংও, তাল্লোয়তু খঙজৌও হায়ববু লৈএ। অসি থোক্রুবদি দুঃখ দশা অরুম্ববু লৈএ হায়না রাকংলবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা অনৌবা পাউহংখিএ। হে ইদাইরেম গনন্তা থেনহৈবা-ও। নিংথৌ ইপারি নাউরা রুপবান অসিবু দেশ লৈপাক কোয়, বন মারক চৎনা নোংমল্লো হায়ববু লৈবরা? অমরক থিংলৌ নীঙনা তেনা হনরাইরক্তনা পস্তৌ চেংলৌ শক উনৌও হায়ববু লৈবরা হায়না পাউহংববু মদাইরেম পাম্জি থেনহৈবনা রাকংখিএ। হে চন্দ্র থাজা কোরৌ ইনোংথৌও নিংথৌ নপারি যুবরাজ রুপবান অসীবু বন নারক চৎনা মাঙও হায়ববু লৈতেএ। অমরক থিংলৌ নীংনা তেনা হলরাইরক্তনা পস্তৌ পল্লেম শক উনা মুংঙাই মরাং কায়না পুস্তি চেঙজেন কুই তোল্লোই মহৈ চানা পাল্লো হায়ববু লৈএ হায়না রাকংলবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা নহান পূর্ব্বে মমাঙৈগী চাংঙু শিব ময়াথংগীসুঙ লৈএ। পারি নাউনা অসীবু উনবা থৌখাম ঙমলরোইএ

---

কোরৌ ইনোংথৌও—মহারাজ ইবুংঙো। বিদেশ—মীরৈপাক। পাল্লেমপী ফংও—মমা অপোকপী ফংও। তাল্লোয় তু—মতু। দুঃখ—অরাবা। রাকংলবদা—হলংলবদা। নোংমল্লো—শিও। অমরক থিংলৌ নীংনা তেনা হলরাইরক্তনা-অমুক হল্লা হল্লক্তুনা। মুংঙাই মরাং কায়না—য়ামনা মুংঙাই য়াইফনা। পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা, অতুঙৈদা। শিব—মহাদেব। উনবী থৌখাম ঙমলরোইএ—মাগী মপুক্লিংদা নীংলিবা অসি থাম্বা য়াররোই

খোইয়ম বিথি রায়েন খোন্দী খোয়মা লমচাই ফদনা চীঙও, নোংদমখোনব, ইন্নস্নো হায়না নীংখল্লবগী কংলা য়াইপুং থীল্লা প্রজা লৈপাক পুন্না তিন, পাত্র মন্ত্রী স্নুনা কম নাউরা বিদ্বা লাইরিক তম্বিবা স্নুশর্ম্ম ব্রাহ্মণস্নুও মপারি হরি শর্ম্ম কৌবস্নুও বৈষ্ণব পুন্নতিন্নবদা নাউবা রূপবান্না মপন পন্থৌ নিংথৌ চেপ্রথাজাগী শমু খোঙবী লৈথৈ পায়না দশুবৎ মাল্লেম লৈদা পকনা অজ্ঞা বিদায় নিরবগী চেপ্রথাজা নিংথৌনা মপারিবু স্না তাক্কা লনয়াম গী, লুপা পুংবুরেমনা পারি ঙাইরোয়নখিও। পন্থৌ নপা নিংথৌ ঐগী বর ঈরনকুদগী পল্লেম চেংলৌ শক উনা রূপাংতু মহারাণীগী শমু মখোঙ্গনবু য়োন্দনা তানফংও হায়না শমু থৃংনা নাম্মা বর লনকুরবদা নাউবা রূপবান্না পাওমেঙ্গরকএ। হে ইপন নিংথৌরেনও। বিদেশ লৈপাক কোয়রবদা থন লনয়াম পুন্নবদি ডাকু লিংজেন ফত্তবনা থন মীরন পাম্বগী প্রাণ থরায় মাঙবনে। বিদ্বা মহৈ হৈববু হেন্না থন লনয়াম হায়বা অমা লৈতে। সত্য রাচুম অরেপ্পবু হেন্না সঙ্গ লমলোই হায়বা অমা লৈতে। ভক্তি মুক্তি

---

খোইয়ম—লাই। চীঙও, নোংদমখোনবু—লাইনা তম্বু। কংলা য়াইপুং থীল্লা—কংলা য়াইবুং য়ৈনা। মপারি—মচানিপা। মপন—মপা। শমুখোঙবী লৈথৈ পায়বা—মখোঙ খোঙবী পায়তুনা। মাল্লেম লৈদা—লৈপাক্তা। অজ্ঞা—য়াথং। ঙাইরোয়নখিও—লোয়নখো। পল্লেম চেংলৌশকউনা—নমাগী মশক উতুনা। য়োন্দনা তানফংও—লেপ্পা ফংও, শোয়দনা ফংও। বিদেশ লৈপাক কোয়রবদা—মীরৈপাক কোয়বদা।

অনীমাসুঙ সত্য মাঙোন্দগী মপোকএ। গুণ মাঙোন্দগী মপোকএ। পন্থৌ পল্লেম অনীমাগী মতীক গুণ অরুবসুঙ বিদ্যা লাইরিক হৈবা সত্য রাচুম সূনা উনবী পুকনীং অরেপ্পা মাঙোন্দগী মথোকএ। ধন লনয়াম পুরোইএ। নাইরা চেথুপ অমগা কালি মূকতমফ, অমগা কলম ইখুৎসুগা পুজগে হাযনা ধন লন অয়াম্বু মপন শমু মখোঙ খাদা কৎলমএ হায় দবরা? নাউবা রুপবান্দি পল্লেম পীথাঙশীনবী রুপধৈন্যা মহারাণীদ দণ্ডবৎ মালেম লৈদা পক পল্লেম খোঙবীলৈখে পায় ভক্তি কাওবীচিগালূকনা অজ্ঞা বিদায় নিজববু পল্লেম রুপধৈন্যা মহারাণীনা মপারিবু ঙকযীলুমলাংকোন খজাই লেংলোই চূপনা শমলাং তোনগা নান্ শিন্নৌ কুরাংশীং চীন সনা থম্বাল মায়য়োক চূপনা পাওমেনখিএ। হে পারি ইবুংঙো চেংলৌশক্কোয় হেনবা-ও পারি চেংলৌ শক্কোই থোংবু কোরৌনিদি নোংজা হাঙদনা শ্রীবলাব নোংপোকচাকমিংসেন্না ছায়া মিরেন ফানবগুম পারি চেংলৌ শক্কোয় য়েংনা পেঞ্জরবনে। অসি কোরৌ হুমিংমাগী মখেবু পারি নঙনা চংখিবা লমদম মায়গৈ লমদম য়েংনা নোংথোই-রঙেনে। তৌইগুন চাঙডু শিদবনা লনকুসুসো। নপন ঐগী বর ইবনকুদগী পল্লেমপীথাঙশীনবী রুপধাত্ মহারাণীবু তাইবঙ ওন্দেরক

---

ধণ শেন, লন। লমলোই-মরুপ। সত্য রাচুম সূনা-অচুম্বা ঙাঙতুনা। মূকতমফ—মূকফ। পল্লেমপীথাঙশীনবী—মমা শকপী। কাওবী চিগা লূকনা। মরু লূকনা। ঙকথী লুমলাংকোন—মঙকশমদা কোন্দুনা। পারি চেংলৌ শক্কোই থোংবু—ইচাগী মায়থোংবু। কোরৌনিদি নোংজা হাঙদনা—নোংমতা লেপ্তনা। তৌইগুম—তৌইগুম্বসুং। লনকুসুনো—থৌজানবিসনু। ওন্দেরক—হন্নকপা।

মাল্লং হুলরাইরকপবু পারি লেপনা তানফংলক-ও। পল্লেমশীথ ও-শীনবী ইচেমগী স্নামখোঙথাদা য়োম্বনা সেবা খোথন ফংজববু ওইজগে। প্যারি পাকোন খুলোংগুনো। নাউরা শশী খুনান থোক্লুনো। মপন ঐগী পায়মা খোয়জঙবা তিল্লাং খোয়দা খোইবা নঙবু লোইদাম থাশীং য়ামগুনো, লাংহৈ কুমশীং ওনগুনো। প্যুল্লেম ইচেম ইবেম্মা রুপধাতু মহারাণীবু পুনা নরান য়াঙনা ওন্দ্রেমকও, পারি নচীং থুনা হনরাইরকও হায়না বর বিদায় লনকুবিরে হায়দবরা? নাউরা রুপবান্না বিচ্ছা উন্তা অথোইবা সুশর্ম্মা ব্রাহ্মণবু পুজা ঈরাংননা পুকমজরে। সুশর্ম্মা ব্রাহ্মন্না গঙ্গা লাইজা ঈরীক লাইবু রুপবান লরাই কোয়রেনথক্তা লাইজা খিকফেন চাইনা পল্লেম তানফংলকও হায়না বর লনকুবিরে। ব্রাহ্মণ মপারি হরি শর্ম্ম কৌববু শমু মায়য়োক্লনা পুনেমজববু হরি শর্ম্ম ব্রাহ্মণ মচানা নাউরা রুপবানবু চেংলৌ শকোয় চিংনা

---

হুলরাইরকপা—হল্লকপা। লেপনা তানফংলকও—শোয়দনা ফংঙকও। পায়মা খোয়জঙবা তিল্লাং খোয়দা খোইবা—থরাম্বনা তাবা। লোইদাম থাশীং—থা মশীং। লাংহৈ কুমশীং—চহী মশীং। নরান—নয়ুম। য়াঙনা-থুনা। ওন্দ্রেরকও-হল্লকও। হনরাইরকও—হল্লকও বর বিদায় লনকুবিরে—বর পীরগা বিদায় তৌবিরে। পুরুমজরে-খুরুমজরে। গঙ্গা লাইতা ঈরীকলাইবু-গঙ্গাজন বু, গঙ্গাগী ঈশিং। লরাই কোয়রেনথক্তা—লরাই লেম্ফুদা, মকোক্তা। লাইজা খিকফেন চাইনা-ঈশিং খিকশিন্নুনা। পল্লেম তানফংলকও-নমা ফংমকও। বর লনকুবিরে—বর পীবিরে। পুনেমজববু-খুরুমজববু। ব্রাহ্মণ মপারি—বামোন মচা। খুজেং হংজি পায়না

য়েংনা নাউরা খুজেং হংজি পায় মিংকোয় লাইজা ঈফমতাউ প্রেম থারুপ ঈচেন্নেনা পাওমেল্লকএ। হে রাজা নিংথৌরেনবী মপারি পাথৌ যুবরাজ রূপবান কৃষ্ণ ভক্তি তরেপ্পা-ও পল্লেম ইমা ইবেম্মা রূপধাতৃ মহারাণীবু য়োন্দনা তানফংববু হরি সনা মখোওখানা লনকুরম্নো হায়না আশীর্ব্বাদ য়াথং শীঙেন্‌ন লৈথোন্ননা পাওমেন্নরবগা নাউরা রূপবান্দি পাত্র মন্ত্রি তঙবদা পাওমেল্লকএ। হে পাত্র মন্ত্রি ইপুখোয় পঙ্গৌ ইপা নিংথৌবু পুয়োক লাংগোনবিরম্মো হায়না পায়না কোন্নরম্লবগা প্রজা লৈপাক পুন্নমাপু শূপনা পুরুমলমলবগা নাউরা রূপবানদো চেথুপ নাক্তা য়েপ, মূকফ, খুত্তা পায় কোলোম নাদা থেংনা মান নিংথৌ স্নামখোওখাগী যাত্রা খোঙশানগে হায়বগী খম্নুং যমরাজা রায়েনবা স্না মরৈবাক্তি হাওরৈ খানা পাংনা লৈএ হায়এ হায়না স্বর মায়ওন য়েং, হরি মিংলেন শোন, শমু মমায় মখা পাংনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ কূংনা শোন্না যাত্রা খোঙশাল্লকলে হায়দবরা।

নাউরা রূপবান্না শমু মমায় হন্না য়েংদনা যাত্রা খোঙশানখিববু প্রজা লৈপাক পুমনামানা চেংলৌ মিংথিংলা মিংয়েং তেনপান

---

—মখূদাং পায়ত্তুনা। মিংকোয় লাইজা ঈফম তাউ প্রেম থারুপননা—মমিত্তা মপি ঈরা চেন্দুনা। পাথৌ—মরূপ। য়োন্দনা—শোয়দনা। পুয়োক লাংগোনবিরম্মো—নিংথৌবু ওাক শেনবিরম্মো। পুরুমলমলবগা—খুরুম্নম্লগা। যাত্রা খোঙশানগে হায়বগী—যাত্রা তোগে হায়বগী। খম্নুং যমরাজা—অশিবগী লৈপাক্কী নিংথৌ। হাওরৈ—মায়গৈ। কূংনা শোন্না—য়ামনা তেংয়না শোন্দুনা। চেংলৌ মিংথিংলা—য়েংবা।

থোইরবগী মীকপ, খোনমান্নবনা কবো চাংশোয় ইরাউখোন,
থিংঙেন লাইজা ঈনম্‌খায়গুম মীকপনরোৌরে হায়দবরা ?

নাউরা রূপবানদি মায়গৈ লমদম য়েং পামেন উয়াম খায়, পুথ্রী ফৈনা তৃপ, তুরেন ফৈনা লাল, চৌংশা নাপোম শম্, উখাঙ পোংখাদা, উখায়ায়রেক্তা অহিং খোমলেন তূমগন্দা, মুংথিন অরা পোখাদা চংলক্‌পবু লোইদাম থাবুম অহুম গুরবদা মীরৈপাক মিথুন পানববু অমা তাক্লরে। নাউরা রূপবান্না তারুবা লৈপাক অতুগী মতৌদি মোংবা য়ুমলেন হাঙ, নমু মী লৈতা, মোংবা ইমুং মাঙ্গোন অনীমাপু তিঙ্গোই পুমথাঙলোল, তিংথৌ হাজং হৌনা নমু মী খোঙথুন্দি তাদরে। চরৈ য়াকু তৈ মোল্লাং ওপ্তাই-মাদি তারিয়ে। চোয়নৌ সনা কোলাংচান লুপা য়াইমকদি চাইনা লংনা তারিএ। মতৌ করম্বনো মোংবা য়ূম হোংলবস্তুঙ পোংলোই অসি খৈবিক পুনা তোংঙনে। নমু মীতমথীনা প্রাণ থবার হাংখিরবস্তুঙ শরালুমথাংথৌদি তাঙনে। মতৌ করম্বনো হায়না নাউরা রূপবাদি য়ুমলেন মতৌ য়েংনা উনবী পূকনীং গুকনা লৌশিং মতা থিঙমদনা নগর খুনয়ায় খায়না চংলকপদা নমু মী

---

থিংঙেন লাইজা—থিংঙেনগী ঈশিং। ঈনমখায়গুম—ঈশিং নমখায়গুম। মীকপ্নরোৌরে—কপ্নহৌরে। পামেন—উ। মোংবা—য়ূম। নমু—তাইবঙ মী। তিঙ্গোই—নাপী মখল অমা। চরৈয়াকু—ফমুংগী ফিরোন। মোল্লাং ওপ্তাই—মোন। চোয়নৌ—সনা। নমু মীতমথীনা—ফত্তবা মীনা। শরালুমথাংথৌ—লাইবক্কী শক্ল।

ওস্থ'ক সাধু জন অমবু লমওক্লরে। নাউৱা রূপবান্না নমু মীশক য়েংনা কোল্লোয় অমেওবা য়াথং নাংথিবনা পাউইংথিএ। হে পম্বৌ লৈবাং মতম মানবা-ও মাল্লেম লৈপাক অসিগী কোল্লোয় মমিং-থোংমুও করি কৌবনো? নিংথৌ লৈপাক মপুমুও করি কৌবনো? নমু মীদি লৈতে। চরৈ য়াকুতৈ মোল্লাং তপ্তাইমাদি তারিএ। চোয়নৌ সনা লংনা তা লুপা চোইনা চাইনা মোংবা য়ুমলেন হাউ-লিবা অসিমুও মতৌ করম্বনো হায়না পাউইংববু নমু অহল ওইবনা পাউথুমলকএ। হে নাউৱা সাংথিবা-ও লৈপাক অসিগী কোল্লোয় মমিংদি কাঞ্চন নগর-ও তৌনা কৌএ। নিংথৌ লৈপাক মপুগী কোল্লোয় মমিংথোংদি বীরসিংহ-ও তৌনা কৌএ। লৈপাক মবেম্মাদি ধর্মেশ্বরী-ও তৌনা কৌএ। নিংথৌ মহারাণী অনীমানা পোকচবা মচা নুপী যুবতী লৈশাবী অমমুও লৈএ। কোল্লোয় মমিংথোংদি হেমলতা-ও তৌনা কৌএ।

নাউৱা নওনা লাকপদা মোংবা য়ুমলেন হাওএ হায়বদা নিংথৌ মরৈবাক অসিদা ব্রহ্মরাক্ষস কৌবা হিংচাবা অমা লৈএ। কোরৌ নোংজা খুদিংগী নমু মীপুম অমমম হুন্না চারিএ। নিত্তি নোংবুম হাওদনা নমু মীপুম অমমম চারকপবু কোরৌ মশীং

লমওক্লরে—থেংনরে, ওক্লরে। কোল্লোয় মমিংথোং—মমিং। লৈপাকমপু—নিংথৌ। কোল্লোয়—মিং। যুবতী—লৈশাবী। কোরৌ নোংজা খুদিংগী—মুমিৎ খুদিংগী। নিত্তি নোংবুম হাওদনা—নোংমতা লে[illegible]রৌ মশীং—মুমিৎ মশীং।

য়াম্লকঙ্গবগী মোংবা য়ুমলেন হাঙলকলবনে হায়না পাউতাকপবু না তারবগী নাউরা রুপবান্দি উনবী পুকনীং ঙক্, নাউরা চীন সনা চীনবান থোঙদা বিষ্ণু বিষ্ণু শোন্না চৎলকপবু মোংবা য়ুমলেন মুংঙাইবা অমবু তানকংলুরে। মোংবা য়ুমলেন য়ান্ন অচুদা নমু মীপুম মঙা লৈএ। কোরৌ অচুগী মুমিং অচুদি বীরসিংহ নিংথৌ মদাইরেম ফৈদা নাইফা থোঙখৈলেনগী হাওসি শূপনা ঙমচিংবনা লীচৈ ভন্নান শূনা রাহমখিএ। নমু মীপুম মঙামা-ও। অসি কোরৌ ইমুংমাগী ব্রহ্মরাক্ষসকী বন্ধান মীহুনববু মোংবা য়ুমলেন মথোয় থোকলে হায়না থৌথারবদা মোংবা মরান য়ায় নমু মীপুম মঙামানা হায়জখিএ। হে ফৈদা নাইফা থোঙখৈরেনগী হঞ্জবা-ও। সনা নরেপ তম্ লুপানা থন ওলগে। মোংবা য়ুমথাঙ কান্না থৈবিও। হায়না পাওমেনববু ফৈদা নাইফা হঞ্জবনা পাওমেনখিএ। হে নমু মীপুম মঙামা-ও য়াম্না লনয়াম চানা মোংবা য়ুমথাঙ কাল্লে হায়ববু নিংথৌসনা নাকোং তারে। মোংবা য়ুমলেন চোংঙম্লরোইএ। নিংথৌ রাজদণ্ডি অচৌববু শোংকি হায়না পাউয়াদনা মরান ওন্দেখিরবগী নমু মীপুম মঙামাতো তোরৈবান পানতোন থক্লা ক্ষমনা পারি কনা চৎ, অতোন কনা লেমহৌগবনো হায়না পল্লেম চেংলৌ শকয়েংনা পন্থৌ কোল্লোয় পাওমেন্ননা মীকপ্নরিঙৈদা নাউরা

---

না তারবগী-তারবগী। তানফংলুরে-ফংলুরে। নিংথৌ মদাইরেম-নিংথৌ মনাই। রাহমখিএ—রা হায়খিএ। শোংকি—কি। য়াথং পাউ য়াদনা—হায়রিবা রাফম অদু য়াদানা। মরান ওন্দেখিরবগী—ময়ুমদা হনখ্রবগী। পারি—মচা নিপা। মীকপ্নরিঙৈদা—কপ্ন

রূপবানসুঙ লমদম মত্তা অতুদা য়োয়মযায় লাইরেন তাউদনবনা মতাংতেন, মুনিং থোঙলেন লুমখিরবগী উনবী নীঙখনখিএ। লহান নমু মী লৈতরিঙদি পামেন উখোঙখাদসুঙ খোয়মা নারোনমুংদসুঙ কৌবা য়ায়রেকএ চাংমুং নোংফাইএ। হৌজিক নমু মী লৈরবদি পামেন উখোঙ য়ায়রেকফরোইএ, খোয়মা নারোনমুংদা কৌবা লমদনফরোইএ। অহিং চাকি হুরানবা, শজিবু লৈখুন তৌবা, মীলন পাবোং লোনবনে হায়না ফারিঙনে। নমু মীবু লৈরবদি মোংবা য়ুমলেন চঙনা কৌবা য়ায়রেকে চাংমুং নোংফাইগে হায়না নমু মীপুম মঙা লৈবা মোংবা মরানয়ায়দা চঙনা পাওমেনখিএ। হে পল্লেম পম্পৌঙাইবশিংও নাউরা নপারি এবু মায়গে লমদম অতাম্বদগী লাকপবু মুমিং থোঙলেন খমখিরে। মোংবা নরানয়ায় অসিদা কৌবা য়ায়রেকচখিগে হায়না পাওমেনববু নাতারবগী হরাউ পূকনীং চঙনা পাওমেল্লকএ। হে পারি লৈরাংমতম মানবা ও চেংলৌ শকপানথোঙসুঙ হেনথোইএ। কোল্লোয় নয়াথংসু

---

লাউনরিঙৈদা। য়োয়মযায় লাইরেন তাউদনবা—মুমিং। থোঙলেন লুমখিরবগী-মুমিং ময়ুম চঙশ্রবগী। উনবা নীঙখনখিএ —মপুকনীংদা খনখি। খোয়মা নারোন মুংদশুঙ-নাপী মরক্তসুঙ। কৌবা য়ায়রেকএ চাংমুং নোংফাইএ-অহিং লেক্তুনা লৈথোকই। কৌবা লমদনফরোইএ—অহিং লেনফরোইএ। মোংবা য়ুমলেম চঙনা—য়ুম মমুংদা চঙহুনা। চাংমুং নোংফাইগে—অহিং লেক্কে। লমদম অতাম্বদগী—লম অরাপ্পদগী। মুমিং থোঙলেন খমখিরে —মুমিং তাখরে। মোংবা নরানয়ায় অসিদা—নয়ুম অসিদা।

মুংশিএ পারি লাউও হায়না তৌরাংফকচা পীনা নাউব্রা রুপবানবু ফমফমহল্লবদা নমু মীপুম মঙা লৈবা ব্রাহ্মণ ময়্‌মনাকনা নাউব্রা রুপবানবু সেবা য়োইথোন্নবা তরা চা পীজা হৈরাঙ অমুন য়েং তাউজাং অথুম খন্‌ ক্না তাউজাং হৈরানথোইনা য়োইচানবিরবগা অঙান তাংলৌ থেঙলকলবগী ব্রাহ্মণ ময়্‌মনাক্কো রাক্ষস বন্ধান চংকদববু খন্নরকলে। ব্রাহ্মণ অহল ওইবনা পাওমেনখিএ। হে পারি অহুম্মা-ও পল্লেম সেবা য়োইথোন্নবা পাল্লকও। নপন ঐনা চংকে হায়না পাওমেনববু ব্রাহ্মণী অহল মতম ওইরবীনা পাউ-খুমলকএ। হে ঠাকুর অহন মতম ওইরবা-ও পম্মৌ নপা নচা মরিমাতি খোইয়ম লাইবু নীঙনা য়াঙ্গোইও নশানৌ ঐনা চংক-নিএ হায়না পাওমেনববু ব্রাহ্মণ মপারি অহুম্মাসুঙ অহন্না অহন ঐ চংকে, নাহানা নাহা ঐ চংকে হায়না প্রেম খকমাতানা পাওমেন্নববু নাউব্রা রুপবান্না চেংলৌ মিংথিংলবগী মুংঙোন পাউহংলকএ। হে পম্মৌ পল্লেম ঙাইও। জাংমুঙ করিজাংনো মতৌকরিগুম্বগী প্রেমখকমা তানা মুংঙোন পাওমেন্নবনো হায়না পাউহংববু ব্রাহ্মা অহন ওইবনা পাউখুমলকএ। হে নাউব্রা

---

তৌরাংফকচা পীনা-তৌনা শাবা ফকলে নপীতুনা। ফমফম হল্লবদা—ফমহল্লবদা। সেবা য়োইথোন্নবা—সেবা লুনা তৌতুনা। তরা চা পীজা-চাক পীজতুনা। তাউজাং - হৈ। তাংলৌ থেঙলকবগী-মতম থেঙলকলবদা। বন্ধান চংকদববু-চাকছম চংকদববু। পাল্লকও-নুঙাইনা লৈরকও। খোইয়ম-লাই। য়াঙ্গোইও-লৈও, পাল্লো। নশানৌ-ননাউ। ব্রাহ্মণ মপারি-মাংমোন মচা। প্রেম খকমা তানা-

বিদেশা-ও করিম্নুং পাউহ'গুনো নাউবা ননীভত্না মোংবা ইরান-য়ায়দাতুম খোমলেন তুমগান-ও হায়না পাওমেনববু হোয় য়াদানা পাওমেল্লকএ। হে পম্থৌ অহন ওইরবা-ও নাউবা নপাম্বি লৈম্নুঙ হরাউ পুকনাং চউনা দেশ লৈপাক কোয়রকপবু নত্তে। নাউবা ইতিক নরুনা চিন্তা পোৎলুম পুনা লাকলিবনে, নুংঙোন অবাবা করম্বা অমবু লমওক্লরবনো তাজনাংএ হায়না পাউহংববু ব্রাহ্মণ অহন ওইবনা রুপবান চেংলৌ শক্কোয় য়েং কোল্লোয় মপাউ তানা নুংশি পুকনাং চউনা পাওমেল্লকএ। হে নাউবা নীংথিবা নঙবু দেশ কৈদা পোকপনো? পম্থৌ নপা কনানা য়েনবনো? পল্লেম কনানা পোকপনো? কোল্লোয় নমিং-থোংম্লুঙ করি কৌবনো? নপন ঐদি ব্রাহ্মণ জাৎতা পোকএ হায়না পাউহংববু নাউবা রুপবান্না মথূৎ জুর তৌ ভক্তি কাওবী চিগা লুকনা পাউথুমলকএ। হে কংকা ব্রাহ্মণ অথোইবা ব্রহ্মা।

মমিত্তা মপি তাত্তুনা। পাওমেম্নববু—পুকমেন পাওমেম্নববু। নাউবা—অঙাং ওইরিবা। চেংলৌ মিৎথিৎলবগী-উরবগী। মতৌ করিগুম্বগী—করি মরমগী। নুংঙোন পাওমেম্নবনো—পুকনাং নুংশিনা পুকমেন পাওমেম্নবনো। ব্রাহ্মণ অহন ওইবনা—বামোন হন্নুবনা। বিদেশা-ও—মীরৈপাক মচা-ও। মোংবা ইরানয়ায়দত্তুম—ইয়ূমাত্তুম। খোমলেন তুমগান-ও—তুমত্তুনা লৈয়ু। পম্থৌ—ইপা। চিন্তা পোৎলুম পুনা—চিন্তা পুত্তুনা। লমওক্লরবনো—থেংনরবনো? চেংলৌ শক্কোয় য়েং-মশক য়েংনা। দেশ কৈদা পোকপনো—করি লৈপাক্তা পোকপনো। মথূৎ জুর তৌ—মথৎ লোম্নত্তুনা। ভক্তি কাওবী চিগা লুকনা—

চীনবানখোংগী নাউনৌ হাযবা-ও। ননাই নাউরা ঐবু চম্পক নগর কৌবা লৈপাক্কা পোকএ। নাউগা ঐবু পোকপা ইপাদি চন্দ্রথাজা নিংথৌ-ও তৌনা কৌএ। ঐবু পোকপী ইমাদি রূপধাতৃ মহারাণী-ও তৌনা কৌএ। নাউরা কোল্লোয় ইমিংথোংদি রূপবান-ও তৌনা কৌএ। পল্লেম ঐবু পোকপী ইমাবু নাউরা ঐবু নাউনৌ-রবগা তন্না অমন খমলৈ কুমখিরে হ'য়এ। পল্লেম চেংল্লৌ খঙহৌদে। নাউরা ঐনা চাউবা লেপ ফারবদা বিদ্যা লাইরিক তম্বা সুশর্ম্মা কৌবা ব্রাহ্মণ অতুগী মপারি হরি শর্ম্মা কৌবা উত্তম ব্রাহ্মণ মচা অতুগা লাইরিক অর্থ রাগী নিংঙাই শাংদানরকপদা ব্রাহ্মণ মচা হরি শর্ম্ম কৌবনা হে রাজা নিংথৌ মচা রূপবান-ও নঙ হায়না রা হায়বদি পল্লেম পোক্কবনা নাউয়োকপনা ওইরবোইরে হায়না পল্লেম পাউথংনারকপা রাগী যম সনা মরৈবাক্তা পল্লেম ইমা পোকমাবীগী মার সনা মখোঙ্গুনবু লাঁরগে হায়না প্রেম খকনা তানা চৎলকপনে। মুংঙোন মতৌ অরাবা করম্বু লমওক্লরবনো না তাজনীংএ হায়না পাওমেনববু না তারবগী ব্রাহ্মণ অহন

---

মরুলুকনা ভক্তি তৌদুনা। নাউনৌ হায়বা—পোকলকপা। কোল্লোয় ইমিংথোংদি-ঐগী ইমিংদি। নাউনৌরবগা-পোকলগা। তন্না—য়াওনা, থুনা। অমম খমলৈ কুমখিরে—শিখরে। পল্লেম চেংলৌ খঙহৌদে—ইমা মশক খঙহৌদে (উহৌদে)। চাউবা লেপফারবদা—চাউরকলবদা। নিঙাই শাংদানরকপদা—মরৈ য়েৎনরকপদা। পল্লেম পোক্কবনা নাউয়োকপনা—নমাপোক্কবনা লাংগোনবনা। পল্লেম ইমা পোকমাবীগী-ঐবু পোকপী ইমাগী।

ওইরবনা হাইমলকএ। হে যুবরাজ রুপবানও বৈষ্ণব কোল্লোয় নপাউমেনমুও ওস্নোকপনে। ব্রাহ্মণ ঐগী মুংঙোন হায়ন ওস্নোকপমুও হাইমলককে। কাঞ্চণ নগর কৌবা লৈপাক অসিদা ব্রহ্মরাক্ষস কৌবা হিংচাবা অমা লৈএ। কোরৌ নোংজা খুদিংবু-নমু মীপুম অমমম হুন্না চারিএ। অদুগী বন্ধান মীপুম হুনববু অসি মুমিংমাদি মোংবা ইরানয়ায়দা থোকলবগী রাক্ষস বন্ধান চংনববু মুংঙান মীকপারিবনে হায়না পাওমেনববু নাতারবগী নাউরা রুপবান্না পাওমেল্লকএ। হে কঙ্ক ব্রাহ্মণ অথোইবা-ও নাউরা রুপবান ঐগী উনবা পুকনীং অপাম্বাবু ওইরে। রাক্ষস বন্ধান মীপুম হুনববু ব্রাহ্মণ নহুৎ শিন্না ননাই ঐনা চৎচগে হায়না পাওমেনববু ব্রাহ্মণ অহন ওইবনা হাইমখিএ। হে নাউরা রুপবান-ও চাউউ বিধি মথৌথাবু থোয়না লমচাইফরোইএ। থোইয়ন মথৌথাবু নাউরা নংবু থাদে ব্রাহ্মণ ঐবু থাবনে। নমু মীহুৎ শিনফরোইএ। বামোন লমচং নত্তে। মোংবা ইরানয়ায়দা চরৈ য়াকুতে মোল্লাং তপ্তাই থানা অহিং খোমলেন ভুমকল্লবগা কৌবা নোংগা

---

লমওক্করবনো—থেংনরবনো। হাইমলকএ—হা হায়রকএ। কোরৌ নোংজা খুদিংবু-নুমিং খুদিংগীবু। নমু মাপু। অমমম হুন্না—মাং অমমম পীদুনা। বন্ধান মীপুম হুনববু—মাগী চানবা মী হুনববু (পীনবু)। অসি কোরৌ নুমিংমাদি—ওসিগী নুমিং অসিমদি। মোংবা ইরানয়ায়দা—ঐগী ইয়ুমদা। মীকপারিবনে—কপ্প লাউনরিবনে। থোয়মা লমচাইফরোইএ—চেনবা য়ারোই। চরৈ য়াকুতে—ফমুংগী ফিরোন শীজিন্নদুনা। মোল্লাং তপ্তাই থানা

শোয়রবগা তরা চাওনচোনা পল্লেম খোউখুন লীবা লেংও, হায়না বাহম্বব্ হোয় য়াদানা পাওমেনককএ। হে ব্রাহ্মণ অথোইবা-গু হায়বিগুনো। তাইবউ নোংসাপান্না অমন থমলে কুমথরবা মীবু ফংনবা হৌনদবগী নাউবা শন্নু ইহকসাং অরেপ্পা অসিবু রাক্ষসনা চাবিরবগা প্রাণ থরায় ইমিরেন্না পল্লেম থুনা তানফংরুস্নুনো হায়না শ্রীকৃষ্ণ লাই য়থৌনা লনকুন্নিরকলবনে হায়না পায়মা পূকনাং শেংনা পাওমেল্লবদা ব্রাহ্মণ অহন ওইবনা মপারি অনী শীনা ফুরা লাইয়ুম নমু মান্দ লোথোকএ। ইঙ্গি লৈমায় তৈ শগৈকাংনান্না মনম উনবা পূকনী হূবা চন্দন মশীংস্নুনা চাই, শীংগুন লৈরাম হন, ধুপ মৈথু চাউনা কা, প্রদীপ থাউমে চীকনা থান্না শানশেমলবগা নাউবা রূপবানবু ফুবা লাইয়ুম মুংদা থিনজিন্রনলগা মবান ওন্দোখিরে। নাউবা রূপবান্দি ফুরা লাইয়ুম মুংদা হরি মিংলেন শোন্না ফমকমনিংঙলা রক্ষন হিংচাবদি কেরৌ খেংগা খোং রাংবন লাউগা লাউ মান্নেম

---

—মোন থাডত্তুনা। কোবা ডোংগা শোয়রবগা—নেং ডাল্লগা। তরা চাওন চানা—চাক ডস্তানা চাত্তুনা। বাহম্বব—হায়ববু। অমন থমলে কুমথরবা—শিগনা। রাক্ষসনা—হিংচাবনা। থরায় ইমিরেন্না—ঐগী পরায়না। তানফংনুস্নুনো—ফংনুসন্নু। লনকুন্নিরকলবনে—চানবিরকলবনে। মপারি অনী শীনা—মচানিপা অনা থাত্তুনা। নমু মান্দ—মোগী শরু। শীংগুন—লৈ। প্রদীপ—থাউমে। শানশেমলবগা-শেমলগা। মবান ওন্দোখিরে—ময়ুমনা হনখরে। লাইয়ুম মুংদা—লাইশঙ মনুংদা। কোরৌ খেংগা খেং রাংবন লাউগা লাউ—গতিয়াদা লাউ খোংত্তুনা।

লৈবু নীকন্না পাইরকপবু নাউরা রুপবান্না না তারবগী ফুরা খোঙচান পায়না মায়গৈ লম্নম কোয়না য়েংববু উদ্রবগী ফুরা লাইয়ুম মুং চঙনা মালা লীকচংথোই হরি মিংলেন শোন্না কমফমলঙেদা ব্রহ্মরাক্ষসনা ফুরা লাইয়ুম মুংদা থুংলবগা ফুরা মতৌ-য়েং নাউরা চেংলৌ শক্কোয় য়েংনা য়ারা তুকুপ চুংনা শোংকি পূকনীং চঙনা পাওমেল্লকএ। হে নাউরা নঙবু কনানো? নমু মীমচন্নু মান্দে। দেশ লৈপাক করম্বদা পোকপানো? পঙৌ নপা কনানা য়েনবনো? পল্লেম নমা কনানা পোকপানো? কোন্নোয় নমিংথোঙসুঙ করি কৌবনো? মতৌ করিগী ফুরা ঐগী বন্ধান শঙদা লৈরম্বনো হায়না পাউহংববু নাউরা রুপবান্না য়াথং ভক্তি তৌনা পাউখুমলকএ। হে মহাশয় বৈষ্ণব উনবী অচেৎপা নঙহুম কনানো? নাউরা ঐনা পোকপা দেশ ইরৈবাক্তি চম্পক নগরও তৌনা কোএ। ইপন ঐবু পোকপদি চন্দ্রধ্বজা নিংথৌ-ও তৌনা কোএ। পল্লেম ঐবু পোকপীদি রুপধাতৃ মহারাণী-ও তৌনা কোএ। নাউরা কোল্লোয় ইমিংথোংদি রুপবান-ও তৌনা কোএ। নাউরা

---

মালেম লৈ—লৈপাক। মালা লীকচংথোই-মালা চত্তুনা। কমফমলিঙেদা—কমত্তুনা লৈরিঙেদা। চেংলৌ শক্কোয় য়েংনা—মশক মতৌ য়েংত্তুনা। য়ারা তুকুপ চুংনা—মতু চুংত্তুনা। শোংকি পূকনীং চঙনা—মপুক্লীংদা অকবা পোক্তুনা। নমু মীমচন্নু—মীচম। য়েনবনো—পোকপনো। ফুরা—লাইয়ুম। বন্ধানশঙ—ঐগী চাকথা হুনকম য়ুম। য়াথং ভক্তি তৌনা—য়ামনা নোল্লুক্লনা। ইপান ঐবু পোকপাদ—ঐবু পোকপা ইপাদি। কোল্লোয় ইমিংথোংদি—ঐগী ইমিংদি। নাউনোরবগা-পোকলগা। পল্লেম

ঐবু নাউনৌরবগা পল্লেম অমন খমলৈ কুমখিরবগী ইপন্ হৈনা মতূং ইন্না পল্লেম মার মখোঙ্গুনবু লীরগে হায়না যম নিংথৌ রায়েনবা স্না মরৈবাকপু ইন্দাল্লকপবু অঙানবনা মতাং তেন মুমিং থোঙলেন লুমখিরবগী নমু মীপূম মঙালৈবা মরানয়ায় অসিদা কৌবা য়ায়রেক্কে চীংন্নুং নোংফাইগে হায়ববু তরা খূৎপুন ছুকলবগা ফ্রা লাইয়ূম অসিদা ইন্নুং কৌবা য়ায়রেকও হায়না থমলম্মে। হৈ মহাশয় নরান নঙগী য়ুমলেনয়ায়রা, ফ্রা নকাই-ফমলা? নাউরা ঐবু লৈরমলে নুংঙোন বারৌগুনো হায়না পাঙ-মেনববু ব্রহ্মরাক্ষসনা নীঙখনখিএ। চীঙঙ্ ঐগী কোরৌ বন্ধান মীবু নমু মীপূম মঙা লৈবা য়ুম অসিদা থোকলবগী দেশ লৈবাক কোয়বা নাউরা অসিবু কপোট লোনম তৌনা শমু মহুৎশিন্না থমলরবা ওইরে। তৌইগুমন্নুঙ চীঙঙ্ নোংদম্বনা রাক্ষস ঐগী মহাপাপ অচৌববু কোকচরস্নুনো শংলৌ থৌরাঙ পীরকলবরা। চীঙঙ্ মরনকুবু য়োন্দবা ওইরস্নুনো হায়না রাহমলকএ। হে নাউরা রূপবান-ও চীঙঙ্ ঐদি খোইয়ম লাইহিংচানে। কোল্লোয় ইমিংথোংদি ব্রহ্মরাক্ষস-ও তৌনা কৌএ। লহান পূর্ব্বে মমাঙঙৈগীবু

---

—ইমা। অমন খমলৈ কুমখিরবগী—শিখ্রবগী। ইপন হৈনা মতুং ইন্না-ইমাগী মতুং ইন্না। ইন্দাল্লকপবু—য়োননবা লাকপবু। অঙানবনা মতাং তেন মুমিৎ থোঙলেন লুমখিরবগী-মুমিৎ তাখ্র-বগী, মুমিৎ ময়ূম চঙখ্রবগী। চীংন্নুং নোংফাইগে-অহিং লেক্কে। তরা খূৎপুন ছুকলবগা-চাক চারগা। নাঙখনখিয়ে—মপূকনীংদা খনখি। কপোট—লোনম তৌবা। শমু মহুৎশিন্না-মীহুৎশিন্না। শংলৌ-থৌরাঙ। চীঙঙ্ মরনকুবু লাইগী থৌজানবু। য়োন্দবা—শোয়দবা। রাহমলকএ—রা হায়রকএ। পূর্ব্বে—মমাঙঙৈদা, অদুঙৈ। তুমনা—লোইনা।

কোল্লোয় নওংথোদা সুপনা পাউতমলক্কে। উমবী পূকনীং তপনা না তা-ও চীওও্‌ ব্রহ্মা শিদবনা হে রাক্ষস হিংচাবা-ও কাঞ্চন নগর কৌবা লৈপাক্কো তুমনা চাজরুরো হায়না লনক্‌ রাগী কোরৌ মুমিৎমাদা রাক্ষস ঐনা কাঞ্চন নগর মনিংথৌ বীরসিংহ কৌবদা পাউহংএ। হে নিংথৌ-ও ব্রহ্মা মরনকুগী নিংথৌ নরৈপাক অসিদ্‌ তুমনা চাবা তারে। কোরৌ মুমিৎমাদা তুমনা চাউ হায়বরা? নিতি বন্ধান হুন্না নমু মীপুম অমমন চাও হায়বরা নিংথৌ পূকনীং অপাম্বা থন্না পাউথুম-ও হায়না পাউহংববু নিংথৌ মতোম খনওমদবগী পাত্র মন্ত্রি পুম্নমাপু পাউ কৌখৎলবগা মন্ত্র রা তানবদা কোরৌ নোংপুম্নদা প্রজা লৈপাক পুমনমক শিবদি ফত্তে নিতি নোংজা খুদিংগী নমু মীপুম অমমম হুনগে হায়না কোরৌ নোংজা খুদিংগী নমু মীপুম হাকম কৎবা বন্ধান শওনে। নমু মীপুম মওা লৈবা য়মশিনা নাউবা নওবু খোইবুঙ মরৌ চাউ কপোট নমথাক তৌনা থমলমলবনে। তৌইগুম নমু মীহুংশিন্না নাউরা নওবু চাউ-ও হায়বরা নাউরা রূপবান নওবু চাগুনো হায়রবদি নমু মীপুম মওামা অসিদগী অমা ফত্তুনা চারগে হায়না পাওমেনববু ন তারবগী নাউরা রূপবান ভক্ত পূকনীং অচেৎপদি উনবী পূকনাং হরাউথোই

---

লনকু রাগী—থৌজানবিবগী, বর পীবগী। কোরৌ মুমিৎমাদা—নোংমগী মুমিত্তা পাউ হংএ—রা হংএ। মরনকুগী—মথৌজানগী। নিতি—মুমিৎ খুদিং। কোরৌ নোংপুম্নদা—নোংমদা। নোংজা খুদিংগী—মুমিৎ খুদিংগী। খোইবুঙ মরৌ চাউ—লোনম তৌত্তুনা। উনবী পুকনীং হরাউথোই—পুকনীং য়াম্না হরাউনা।

কোল্লোয় য়াথং খোকনা নোকনা পাওমেংকএ। হে মহাশয় ব্রহ্ম রাক্ষস কৌবা-ও। কোল্লোয় নয়াথং অসিবু নাউবা ঐগী উননী পূকনীং অপাম্ববু ওইরে। শ্রীকৃষ্ণ লাইনিংথৌগী সনা মখোও খানা লনকূরকলবনে। অমন খমলৈ কুমখিরবা মীবু তাইবঙ মাল্লংপাম্না উনবা হৌনদে। নাউরা শমু ইহকসাং অসিবু ব্রহ্মরাক্ষস নওনা চারবগা প্রাণ থম্মায় ইমিরেম্না পাল্লেম থুনা তানফংলম্নগনো হায়না নোংদমলবনে। থুনা চাবিরো হায়না রাক্ষস শমু মথুং পায়না চিংশিনববু রাক্ষস হিংচাবনা রাহমখিএ। হে নাউরা রূপবানও রাক্ষস ঐনা নমু মাশা চোববুনমু মীশক উবা পুম্নমাপু চাদে। বন্ধান মীপুম হুনববুঙ পওনা চাবা নত্তে। শ্লোক বার্তা মরিদংবু লৈএ। শ্লোক অর্থ ওমলবদি চাদে। অর্থ হায়বা ওমদবা মীবু চাবনে হায়না পাওমেনববু নাউরা রূপবান্না রাহমখিএ। হে মহাশয় রাক্ষস-ও নওগী শ্লোক অর্থ অরুবস্তুঙ নাউবা ঐনা হায়ওমলোইএ। শ্লোক অরুববু থীরুদবস্তুঙ নাউরা ঐবু থনা চাবিরো হায়না পাওমেনববু ব্রহ্ম রাক্ষসনা রাহমখিএ। নাউরা রূপবানও। নিয়ম ঐগী হৌনববু লৈরিয়ে। শমু নমদা হুনকরোইএ হায়না হোয় য়াদরবগী নাউরা রূপবান্না পাওমেনখিএ। হে মহাশয় ব্রহ্ম রাক্ষস

---

লনকুরকলবনে—থোজানবিরকলবনে। অমন খমলৈ কুমখিরবা—শিংবা। তাইবঙ মাল্লং পাম্না-তাইবঙ মাওইবনা। নোংদমলবনে—লাইনা তমলবনে। রাহমখিএ—রা হায়খিএ। হায়ওমলোইএ—হায়বা ওমলোইএ। শমু মায়য়োক্লবা—মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা। রাহমলক্কে-হায়রক্কে।

কৌনা-ৎ শ্লোক অর্থ এককবু থীও হায়না প'ওমেনববু না তারবগী ব্রহ্ম রাক্ষসনা রূপবানবু শমু মায়য়োকননা শ্লোক মতা অহানবা তাইবঙ সার ওইবা রারম অওকপবু রাহমলকে। তাইবঙ সংসার অসিদা মগ্ন কৌববু কদায়দগী পোকপনো? ধর্ম্ম মহাকস্তু কদাইদা লৈব্নো? ধর্ম্ম মহাকপু মতৌ করম্বনা চাওখৎপনো? ধর্ম্ম মহাকপু মতৌ করম্বনা খাঙবনো? নাউরা রূপবান-ও রারম অসিবু হায়ও হায়না পাউহংববু রূপবান্না পাউখুমলকএ। হে মহাশয় ব্রহ্মারাক্ষস-ও চুম্বদি চুমলোইএ। নাউরা ঐনা তাবা রাধু নঙোন্দা হায়গে তা-ও। তাইবঙ পুকনীং লেপলবা সত্য অচুম্বদগী ধর্ম্ম মাবু মপোকএ। য়ারা মীরন পামত্রবা কোল্লোয় য়াথং হোংদবা, উনবী পুকনীং অরেপ্পা মাঙোন্দা ধর্ম্মনা লৈএ। কর্ম্ম মতৌকবা, পন্থৌ পল্লেম অনীমাকী সেবাবু পুকনীং রাকাউদবা, খোইয়ম লাইগী খোঙজিন্দা পুকনীং মমায় ওনশিনবা, সাধু বৈষ্ণব পুন্নমাবু সেবা য়োয়থোন্নবা, মতৌ কর্ম্ম তুগুম্বনা ধর্ম্ম মাবু চাওখংনৈএ। অসাউবা খৈবিকনা ধর্ম্ম মাঙনৈএ। অসাউবদি মতম অনীনে। হরি লাইমিং সিদবব ভানফংনা সাউরবদি ধর্ম্ম চাউখংনৈএ। পাপ লমচংননা সাউরবদি ধর্ম্ম মাব মাঙনৈএ হায়না পাউখুম্বব না তারবগী ব্রহ্মরাক্ষস হিংচাবদি পায়মা উনগোয়নুংব নিংথম্ কাংমৈ ত্রিকুম উনবী পুকনীং হরাও থেইনা পাংহুংলকয়ে

---

সত্য—অচুম্বা। য়ারা—লন। মীরন—মীগী লন। কোল্লোয়—য়াথং। উনবী—পুকনীং। পন্থৌ পল্লেম—মপা মমা। খোইয়ম—লাই। ভানফংনা—ফংননবা। পায়মা উনগোয়মুংবু—মপুকনীং।

হে নাবা। রূপবান-ও সংসার তাইবং পানবা অসিদা অকনবা কৌবস্নুও কদায়নো? অসোনবা কৌবস্নুও কদায়নো? অরাংবা কৌবস্নুও কদায়নো? অনেস্বা কৌবস্নুও কদায়নো? অশাৱা কৌবস্নুও কদায়নো? অয়িংবা কৌবস্নুও কদায়নো? অক্লম্বা কৌবস্নুও কদায়নো? অয়াংবা কৌবস্নুও কদায়নো? অরুবা কৌবস্নুও কদায়নো? উচ্চারণ ময়েক কাওনা হায়রকও হায়না পাউহংলকদা। যুবরাজ রূপবান্না পাউখুমলকএ। হে ব্রহ্মরাক্ষসও অরাংবা কৌবদি ইপাগীগুণনা রাংএ। অক্লমবা কৌবদি ইমাগী গুণনা ক্লমএ। অশাবা কৌবদি রাজসভাগী গুণনা মশাএ। অরুবা কৌবদি শ্রীগুরু অথোইবা হরিনামবু তাকপিবা হরিনামগী গুণনা মক্লমএ। অকনবা কৌবদি খোইয়ম লাইগী গুণনা মকনএ। অশোনবা কৌবদি নমু মীরন তোনবা, য়াথং রাপৈ হায়ববু হেন্না অশোনবা অমা লৈতে। অনেস্বা কৌবদি নমু মীখা পোনববু হেন্না অনেস্বা অমা লৈতে। অয়িংবা কৌবদি কোল্লোয় য়াথং অতপ্পবু হেন্না অয়িংবা অমা লৈতে। অয়াংবা কৌবদি মিপাইববু হেন্না অয়াংবা অমা লৈতে হায়না পাউখুম্ববু রাক্ষস হিংচাবনা অমরক পাউহংলকএ। হে রূপবান-ও অয়াওবা কৌববু করম্ববু অয়াওবা কৌবনো? দুঃখ অরাবা কৌবস্নুও কদায়নো? আনন্দ মুঙাইবা কৌবস্নুও কদায়নো? নীংথিবা কৌবস্নুও কদায়নো? মোংবা মরানয়ায়দা লৈরিভেদি কনাগা মরূপ ওইগবনো? দেশ লৈপক কোয়রবগা কনাগা

---

নমু মীরন তোনবা—মীগী মশেন তোনবা। য়াথং রাপৈ হায়বা—চুমদবা ওইদবা রা হায়বা। দুঃখ—অরাবা। আনন্দ—মুংঙাইবা।

মরুপ ওইগবনো? অনা ঙাইফা নিকলবগা কনাগ মরুপ ওইগবনো? বিবাদ ব্রাথোকসবদি কনাগা মরুপ ওইগবনো? অন্তকালগী মতমদা কনাগা মরুপ ওইগবনো হায়না পাউহংবব্ নাউব্রা রূপবান্না পাউধুমখিএ। হে ব্রহ্ম রাক্ষসও অয়াঙবা কৌবদি পূকনীংব্ [illegible] । অরাবা কৌবদি চিন্তাব্ হেন্না অর'বা অমা লৈতে। মুংঙাইবা কৌবদি নমু মীরনস্তু তোন্দবা, য়ারা মরনস্তু মীনা তোন্দবা, তরা অহা ব্রাত্তবা, চরৈ অয়িন তামদবা, খেইয়ম লাইব্ নীংলিবদো মাগা পানা মুঙাইবা অমা লৈতে। তাইবঙ নীংথিবা কৌবদি আচোর লমচৎ খঙলবা, বাস্হার মতৌ ফরবব্ হেন্না নীংথিবা তমা লৈতে ব্রারম মতৌ অমাদি মোংবা মরান য়ায়দা লৈরবদি ধরণী য়ুমলৈমা তাল্লোয় মরুপ্নাগা মরুপ ওইগনি। দেশ লৈপাক কোয়রবাদি বিদ্যা মহৈগা সঙ্গ মরুপ ওইগনি। বিবাদ ব্রাথোকলবদি য়ারা লনগা সঙ্গ মরুপ ওইগনি। অনা ঙাইফা নিকলবদি ঔষধি হীদাক অয়াম্নগা সঙ্গ মরুপ ওইএ। অন্তকালব্ ওইরবদি গুরু মপাউভাক্কী ফংজবা ব্রারম সনা মৈখাঙবা হবি নাম ময়েক তক্কমাগা সঙ্গ মরুপ ওইগনি হায়না পাউখুমলবদা ব্রহ্মরাক্ষসনা পাউহংলকএ। হে রূপবান ও তাইবঙ পাপ কৌবনা করম্বনো? নমু পুণ্য কৌবনা মতৌ করম্বব্ পুন্য কৌবনো? ময়েক

---

মোংবা মরানয়ায়দা—ময়ুমদা। অনা ঙাইফানীকলবদা—নারবদা। অন্তকালগী মতমদা—শিরমদাইদা। য়ারা—শেন, লন। তরা অচা ব্রাত্তবা—চানবা ব্রাত্তবা। চরৈ অয়িন তামদবা ইম্নবা ফি ব্রাত্তবা। তাল্লোয় মরুপ্পী—মতু। ঔষধি—হীদাক।

করম্বনা তাইবঙ থরায় লান্নবনো হায়না পাউহংলবদা নাউরা রুপবান্না পাউখুমখিএ। হে ব্রহ্ম রাক্ষসও মহা পাপ কৌবদি ... মীরন পাম্বগী মীমুংশিবু য়েংবিদবা উনবী পুকনীং অৱাববু খণ্ডবিদবা নমু মীরন হুবা নমজা নমথেক্লবা. ধর্ম্ম নমলোন্নবা মতৌ অ স-গুম্ববু মহাপাপ কৌএ। পুন্য কৌবদি তাইবঙ পুকচেন উয়রবা, চাদববু পীজহৈবা, শেত্তবা ফিখাইহৈবা পীনহনয়েংদবা পাম্মু লন-লীক্তববু মহা পূণ্য কৌএ। হরি মিংলেন শিদবনা তাইবঙ থরায় লান্নগদনে হায়না খুমলবদা ব্রহ্মরাক্ষস হিংচাবনা পাওমেল্লকএ। হে রুপবান ভক্ত অচেৎপা-ও বৈষ্ণব লাইপোক সংসঙবা-ও রাক্ষস হিংচাবা ঐগী মহাপাপ অচৌববু কোকপিও। শমু নখোঙ-খাদা প্রাণ থরায় ইমিরেনবু থারগে হায়না মখূৎ জুর তৌনা রাহমজববু নাউরা রুপবান্না পাউখুমলকএ। হে মহাশয় ব্রহ্মরাক্ষসও হায়গুনো নাউরা পাপীরেন ঐনে। মহা পাপ অচৌববু কোক-ঙমলোইএ হায়না রাকনববু রাক্ষস হিংচাবনা রাহমখিএ। হে যুবরাজ রুপবান-ও রাক্ষস ঐবু হিংচাবা থারমক্তি নত্তে। মুনি লঙজরাগী শিরাপ মীচৈখোন্না রাক্ষস হিংচাবা ওইনা পোকলবনে। মুনি বর মরনকুম্মুও লৈরিয়ে। চহী কুমশীং য়ামনা মহাপাপপু পুনা লৈরবগা

---

মীমুংশি—মীবু মুংশিবা। ধর্ম্ম নমলোন্নবা—ধর্ম্মগী থবকপু তুংওইনবা। লনলীক্তবা-শেল লীক্তবা। মখূৎজুর তৌনা—মখূৎ অনা লোম্নদুনা। রাহমজববু—হায়জববু। নাউরা পাপীরেন ঐনে—শাপ য়ামনা চেম্লবা অঙাং ঐনে। রাকনববু—হায়বা য়াদববু। মুনি লঙজরাগী—মুনিদা অরানবা তৌরুবগী। শিরাপ—মীচৈ, পাপ। মরনকুম্মু—মথৌজানম্মু, বরম্মু। কুমশীং—চহী মশীং

রুপবান মহাবৈষ্ণব সনা মখোঙখাদা প্রাণ থরায় কংনা মহাপাপ অচৌববু কোকলকও হায়না বর লনকু বাসুঙ লৈএ। বৈষ্ণব সনা নখোঙখাদা য়াইবী থরায় কংলগে হায়না বাহম্বু রুপবান্না পাউথুমখিএ। হে ব্রহ্মরাক্ষস ও নাউরা ঐবু পল্লেম ইম্না থিবা লাকপনে. জীব থরায় হাৎকে লাক্কে হায়না বাকনবু ব্রহ্মরাক্ষসনা পাওখুমখিএ। হে মহা বৈষ্ণব অথেইবা নাউরা রুপবান-ও। তাইগঙ বারম অরুবা শ্লোক অর্থ অয়াম্বা অমসুঙ বাহমলকে তাও। তাইবঙ সংসার পূর্ণমক্তা মিংকী কুম্মৈ নুংঙাইবা কৌবসুঙ কদায়নো কামধেনু তম্মা খুদোপ য়াইওইবা অরাংঅপা নাইদবা কৌবাসুঙ বদায়বু কোবনো ? খমুং যম কৌবসুঙ কদায়নো ? বৈতরনী তুরেন লানঙমদবা হায়বসুঙ কদায়নো ? কর্ম্ম মতৌ করম্বনা গুণ মতীক মাঙনবনো ? কর্ম্ম মতৌ করম্বনা গুণ মতীক চাউখৎপনো ? অন্তরে নুংঙাইবা কৌবসুঙ করম্বু কৌবনো ? ভক্ত চীন সনা থম্বাল লৈদগী মহাপাপীরেন রাক্ষস ঐনা তাজনীংএ হায়না পাউহংলবদা নাউরা রুপবান্না পাউখুমখিএ। হে মহাশয় ব্রহ্মরাক্ষস-ও চেংলৌ মিংকী কুম্মৈ নুঙাইবা কৌবনি কাওরেন শনগোন থনবা, তয়ম নাইশীলোনবা, লুপা খেনমাই লাংবা সনা পুঙপুলেম্বু মিংকী কুম্মৈ নুঙাইবা কৌএ।

---

য়াইবী থরায়—প্রাণ। জীব—থরায় পানবা। তম্মা খুদোপ য়াইওইবা—থোকউ হায়বদা থোকপা য়াইওইবা খুদোপ। খমুং—যম, অশিবগী লৈফম। লানঙমদবা—লানবা ঙমদবা। অন্তরে—নুংদা। চেংলৌ—মিং। কাওরেন—শন। তয়ম—মনাই।

তাইবগু মুংগী মুগুাইবা কৌবদি ধ্যান পূকনীং চরেপ্রনা কৃষ্ণ ভজন অরুবা থম্মোই লাইমিং অরুববু হেন্না অন্তরে মুংগী মুংগুাইবা অমা লৈতে। কামধেনু ওক্ষা খূদোপ অরাং অপা নাইদবা কৌবদি বিদ্যা মহৈ হৈববু হেন্না কামদুহা ওক্ষা খূদোপ অমা লৈতে। যম নিংথৌ কৌবদি ক্রোধ অশাউবদবু যম কৌএ। বৈতরণী তুরেন লানগুমদবা কৌবদি পায়ম। উনগোয়মুংদদি মনাওবা তান চাবদি কংগুমদবা থবক অতুতবু বৈতরণী লানগুমদবা তুরেন কৌএ। হে ব্রহ্মরাক্ষস মহাশয় তা-ও। বিদ্যা মহৈ হৈবা মা অতুনা ঐদি শ্রদ্ধ হৈএ, ঐদি অত্থু খঙতে। কনবনা নাপন তৌরবদি মতোম গুণ নতীক মমাঙনৈএ। ঐদি করি হৈতে। ঐদি করি খঙদে। নতোম পূকনীং থাজরবা অতুনা শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোঙখানা লনকুমুনো হায়না চংলবা, লঙজা ঙাকপিহৈরবা, দয়া থৌজান হৈরবা, কর্ম্ম মতৌ অসিগুম্ববু মহাবৈষ্ণব কৌএ। মতোম মরমচংনা গুণ মতীক চাউথংলে হায়না পাউখুমলবদা ব্রহ্মরাক্ষসনা পাওমেল্ল-কএ। হে বৈষ্ণব রূপবানও। ভক্ত সনা নখোঙখাদা রাক্ষস মহা পাপীরেন ঐবু প্রাণ থরায় থারগে হায়না রূপবানগী খোঙবী

---

তয়ম লাইশীলোনবা—মীনাই মীশন য়ামনা লৈবা। লুপা থেন-মাইলাংবা সনা পুংবুরেম্বা—সনা লুপা মরাংকায়না লৈবা। ভজন —লাইনীং। লাইমিং—থম্মোয়। ক্রোধ—অশাউবা। পায়মা উমগোয়মুংদা — পুকনীংদা.। নতোম—মথন্দা। লনকুমুনো— থৌজানবিসন্থু। লঙজা—মরান। দয়া—থৌজান হৈবা। সনা নখোঙখাদা-মহাক্কী সনা খুয়াদা। প্রাণ থরায় থারগে—শিরগে।

লৈখৈ পায়না তুম্নংদা নরা রুপবান্না রাহমখিএ। হে মহাশয় রাক্ষসও তৌহৈদে হায়না হোয় য়াদ্রবদা ব্রহ্মরাক্ষসনা পাওমেল্লকএ। হে মহা বৈষ্ণব অথোইবা-ও নাউরা রুপবানও ভক্তি ঐবু থৌজান-বিত্রবদি মহাপাপী ঐগী শিরাপ মীচৈখোনবু বৈষ্ণব নখোঙথাদা কংলগে হায়না পাওমেল্লবদা নাউরা রুপবান্না রাহমখিএ। হে মহাশয় বৈষ্ণব লাউন্ত। রাক্ষস শমু নহকচাংদা লৈরিবা মহাপাপ অচৌববু নাউরা ঐদি কোকপা ঙমলোইএ। শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোঙ-খানা কোকপিববু গুইরম্লবো হায়না শমু খুংনা ফংনা নানবিরবদা ব্রহ্মরাক্ষসদি উনবী পুকনীং হরাউথোইনা শমু মখুৎ অনীমানা শমু কোক্তা নম হিংচাবী মূর্ত্তি শংশংথোক শমু ময়াংলেল্লা লীরুং তরা শাং য়ারেন শীংজঙ য়াতানা চেংলৌ মমিৎ অনীমাপু কৌবা লোকমুং অম্পা। মিত্তানা রাক্ষস খোংগা খোং হিংচাবী লাউগা লাউনা কোরৌ নোংলাউখোনগুম মাল্লেম লৈবু নীকনা চীংশাং মাপোম তাগুম মতোম লোংনা তুনা নোংমনখিরে হায়দবরা?

ব্রহ্মরাক্ষস হিংচাবনা অমন নোংগাখোন মাল্লেম লৈবু নীকপবু কাঞ্চন নরৈপাক্কী প্রজা পুমনমানা নাতারবগী কোরৌ নোংবু য়েং

---

খোঙবী লৈখৈ পায়না—খোঙবী পায়দুনা। হোয় য়াদ্রবদা। হায়বা য়াদ্রবদা। পাওমেল্লকএ-হায়জরকএ। মীচৈখোন-শিরাপ। শমু নহকচাংদা—নহাক্কী হকচাংদা, নশাদা। উনবী পুকনীং হরাউথোইনা—মপুকনীং য়ামনা নুংঙাইনা। য়ারেন শীংজঙ য়াতানা—ময়া শীংজংমুক চাউনা। চেংলৌ—মিৎ। খোংগা খোং লাউগা লাউনা-লাউ খোংদুনা। নোংমনখিরে-শিখরে। অমন্

মাল্লেম লৈবু য়েং মায়গে লমদম কোয়না য়েংনা শোংবিনরে হন্দ-বরা? রাক্ষস য়ারেন খোংখৈন্নুংগী যুবতী মখোকলকপী নূরা চেংলৌ শক্কোয় হেনবী অমবু চোংথোকলকলবগা নাউরা রুপবানগী শমু খোঙবী পায়না পাওমেঙ্গখিএ। হে ইবুংঙো বৈষ্ণব লাইপোক শংশঙবা-ও ননাই মহা পাপীরেন ঐগী মহাপাপ অচৌবগী মা নখোঙখানা কোকপিরে। ননাই পাপীরেন ঐবু সনা নখোঙখ্যদা সেবা থৌগন ফংজগে। দেশ তারু তারু খুদিংদা দাসনী ননাই ওইনা ইঞ্জগে পাখং শমক্রু তোমথিন লৈ. তুখোঙ নানম্ লৈবু ওইবিও, চরৈ রায়রা লমজেন ফিগুম্ববু ননাই ঐবু নেনবীও হায়না খুরুমজববু নাউরা রুপবান্না পাউথুমখিএ। হে যুবতী নীঙথিবা শীংতরেং নোংদম চন্নুলৈ. উনবী নুংঙোন পূকছু লৈ. লোইদাম নিনমাঙ থাগুম্বী-ও নাউরা রুপবান ঐবু তাল্লোয় তুখিতমগে লংমাই তেংনা য়ুমগা তমগে লাক্কেএ। পাল্লেম অমন খমলৈ কূমখিববু ইপন হৈনা খোঙ্গুন লীবা লাকপনে হায়না রাকলবদা যুবতী নাংথিবীনা অনৌবা অমরক পাওমেন জখিএ। হে পুরুষোত্তম

---

চেংলৌ-চিংগী খোঙ্গুল। শোংবিনরে—বিনরে। য়ারেন খোংখৈ নুংগী—ময়াংগী। যুবতী-নুপী। মখোকলকপী-মখোক কারকপী। নূরা—লৈশাবী। চেংলৌ শক্কোয় হেনবা-মশকমতৌ ফজবা। যুবতী—নুপী। নীঙথিবী—ফজবী। উনবী—পুকনাং। লোইদাম-থা। নিনমাঙ-পানখংলকপা থা, শুক্লা পক্ষ। তাল্লোর তুখি তমগে—নুপী থিগে। লংমাই তেংনা য়ুমগা তমগে য়ুম পানগে। পলেম-ইমা। খমলৈ কূমখিববু—শিখিনবু। ইপন হৈনা খোঙ্গুন লীবা—ইমাগী খোঙ্গুল লীবা।

অথোইবা ইবুংঙো তাবিও। ননাই মহাপাপীরেন ঐবু পুবিও। খম্নুং মরৈপাক সাৱা মকোনখঙবু নতোম করম ইন্দানগবনো? ননাই ঐস্তুও উখোঙ লমদনবদা য়াওজগে। উখা য়ায়রেকপদা য়োয়না সেবা ফংজগে হায়না পাওমেনববু নাউৱা রূপবান্না রাহমথিএ। হে যুবতী নীংথিবীও হায়গুনো দেশ লৈপাক অসিদা ফগী নরানয়ায়বু ওইনা লৈরমও। নাউৱা রূপবান ঐনা পল্লেম সনা থূয়া লেনবু তানফংলবদা নাউৱা ঐনা ইৱান ওন্দেরকপদা সুজা ননীংপুংজাও হায়না পাওমেন্নরিঙৈদা ইন্নুং কৌবা সোয়না সোৱরা মথোক তৈনা ঙাল্লকলবদা নাউৱা রূপবান্না কৌবা লমতনফমগী ব্রাহ্মণ অহন ওইবনা পাংথোল্লকএ। হে পারি অহান্না-ও অসি ইন্নুং সোয়য়ায়মাগী কোৱৌ নোংলাউখোনগুম মাল্লেম লৈবু নীকপবু মতৌ করম্বনো ফুরা লাইয়ুম নাক্তা চংনা মিৎয়েং শানখৈরুও হায়না মপারি অনীদংবু থৌশীবমু মপারি অনীমানা ফুবা নাক্তা চংনা য়েংলুববু চেংলৌ মিংথিংলবগী মরান য়াওনা ওন্দেরকলবগা হে ইপান পোকমাবা-ও দেশ লৈপাক কোয়বা নাউৱা অতুদি ফুরা লাইয়ুমন্নুংদা যুবতী লৈশাবী অমগা

---

রাকল্লবদা—রা হায়বা য়াদ্রবদা। অমরক-অমুক হন্না। পুরুষোত্তম—নিপা অথোইবা। খন্নুং মরৈপাক—যম লৈপাক। সাৱা মকোনখঙবু—অশিবগী লৈবাক্তা। নতোম-নথন্দা। ইন্দানগবনো—চৎকবনো। ফম্বী নয়ানয়ায়—নয়ুম। তানফংলবদা—ফংলবদা। ইৱান ওন্দরকপদা—য়ুমদা হল্লকপদা। সুজা—লৈশাবী। সোৱা মথোক তৈনা ঙল্লকলবদা—নোং ঙাকলবদা। মিৎয়েং শানখৈরুও-য়েংউচো চেংলৌ মিংথিংলবগী-উরবগী। ওন্দরকলবদা

লৈএ। ব্রহ্মরাক্ষসতি মাল্লেম লৈদা তুনা নোংময়ে হায়না পাউতম্ববু নাতারবগী ব্রাহ্মণ অহন মতম ওইরবনা ফুরা লাইয়ুম নাক্তা চংনা মিংয়েং শানথৈরুববু নাউরা রূপবানবু চিংনা য়েং ব্রহ্মরাক্ষসনা নোংমনববু উরবগী উনবী পূকনীং ঙকনা নিংথৌ সনা মথোঙখাদা অচেন খংলৈ য়াঙনা লাংলেন কোঙয়াঙ রাশাং তারগুম প্রুমখিএ। বীরসিংহ নিংথৌনা আশীর্ব্বাদ য়াথং শীংলেন লৈথোক্লনা পাউহংখিএ। হে কঙ্গ ব্রাহ্মণ অথোইবা অহন মতম ওইরবা-ও রারম মতৌ করিগী নিংথৌ সনা ইরানয়াম্বু ইদাল্লকপানো হায়না পাউহংববু ব্রাহ্মণ অহন ওইবনা নাউরা রূপবানগী নুংঙোন রারম ওস্থোকপা রাক্ষস নোংমন রারু রারম পরেং শান্না নিংথৌ সনা মথোঙ খাদা রাকংলবদা বীরসিংহ নিংথৌনা উনবা পূকনীং ঙকলবগী পাত্র মন্ত্রী পূম্নমাপা রাতানরবগা নিংথৌ নাক্তা লৈবা য়াকিয়োক্‌পা কোনকিসেনবা নমু মীপুম তরাদংবু থৌশীরকলে। নিংথৌ মদাইরেম তরামানা মিংয়েং শানথৈরবগী নিংথৌ সনা মথোঙখাদা রাকংলরে। বীরসিংহ নিংথৌদি পূকনীং হরাউথোইনা পাউকেল্লকএ। হে ইদাইরেম অঙম্বশিংও নাউরা অদুবু

---

-হল্লকলবদা। ইপন পোকমাবা—ইপা অ:পোকপা। মাল্লেম লৈদা -লৈপাক্তা। নোংময়ে-শিরে। ,উনবী পুকনীং ঙকনা-মপুকনীংদা য়ামনা ঙকনা। অচেন খংলৈ য়াঙনা—য়ামনা থুনা চেম্না চেম্না চত্তুনা। লাংলেন—রা। কোঙয়াং—রা। প্রুমখি—ুরুমখি। সনা ইরানয়াম্ব—ঐগী কোম্বুং। ইন্দাল্লকপানো—থৌননবা লাকপনো। নোংমনরা—শিবগী রারোন। রাকংলবদা—হংগংলবদা। থৌশীরকলে—পাথোন শীরকলে। নিংথৌ মদাইরেম—নিংথৌ মনাই।

নমু মামচন্থু ওইররোইএ খোইয়ম মশানওনবু ওইরবরা? ব্রহ্ম-রাক্ষস মাবু ওম্বিবদ লৈররোইএ। সনা মখোঙ লৈপাক তাহনগু-নো। নিংথৌ শমু ইখুনেৎ দোলাই লেংদম পুনা তোংহল্লকও। নাউরা চেংলৌ মশক য়েংগে হায়না পাওমেনখোনগী খোঙলোয় দোলাইবু মন্ত্রি লেংনা ফাং অওম্বা পূমনা চংনা নাউরা রুপবান্দা পাওমেনখিএ। হে নাউরা নীংথিবা খোইয়ম লাইপোক অতাঙবা-ও ইবুংঙো নওবু বীরসিংহ কোরৌ ইনোংথৌনা নিংথৌ সনায়োয় কোমুংদা দোলাই লেংদম্বু তোংনা সনা নখোঙ লোঙশিনবিরকও হায়জরকএ হায়না পাওনেনববু নাউরা রুপবান্না পাউখুমখিএ। হে পাত্র মন্ত্রি লৈপাককোইবা ইবুংঙোশিংও মনাই নাউরা ঐবু দোলাই লেংদম তো লোইএ। নিংথৌ সনা মখোংগ দি খুবমজগে চায়না যুবতী কন্যা তুংদা ইন, রুপবান মাউপা চং, চেংলৌ শকপানথোংবু লোইদাম অনিনবা থাঙুম্বু উরবগী বীরসিংহ নিংথৌনা লাউ লংউ খোইয়ম লাইপোক সংসঙবা মহা পাপীরেন নিংথৌ ঐবু দুঃখ অবাববু কোকপিরগে হায়না নম্র তাউনা শান-ওল্লকপরা হায়না পাউকোরম্বু নাউবা রুপবান্না মথৎ জুর তৌনা

মিৎয়েং শানখৈরবগী—উরবগী। মামচম্বু ওইররাই—চুমগী মীচম অমা ওইরোই। মশানওম-অবতার। লাইপোক-লাইগী লাংওন। কোরৌ ইনোংথৌনা-ঐখোয়গী মহারাজনা। সনায়োয় কোমুংদা -নিংথৌগী সনা কোমুংদা। লৈপাককোইবা—লৈপাক পুম্বা অওম্বা ফম্মাইনা। চেংলৌ শকপান য়োংবু—মশক মতৌ। শানওল্লকপরা

ভক্তি কাওবী চিগা লূকনা পাওমেনখিএ। হে কাঞ্চন নগর লৈমাবা বীরসিংহ নিংথৌরেনও খোইয়ম মশানলোনবু নত্তে। ননাই নাউবা পাগীরেন ঐনে হায়না পুরুস্বদা বীরসিংহ নিংথৌনা লোকলৌ সানা কোন ফৈরা তান্দা পমনা পাউহংখিএ। হে যুবরাজ লাইপোক সংসঙবা-ও মতৌ করমনা রাক্ষস হিংচাববু উনজবনো হায়না পাউহংববু নাউবা রুপবান্না পাউখুমএ। হে মহারাজ বীরসিংহ নিংথৌরেনও। ননাই ঐনা হাংপা নত্তে। শ্লোক অর্থ বাদগী রাক্ষস মতোম নোংমঞ্জবনে। কন্যা যুবতী অসিসু রাক্ষস য়ারেন খোংচিন্নুংগী খোকলকপনে হায়না পাউখুমলবদা বীরসিংহ নিংথৌনা নাউবা রুপবানবু চিংনা য়েংনা পাওমেনখিএ। হে চন্দ্রথাজা নিংথৌরেনগী মপারি-ও যুবরাজ নাংথিবা-ও অমন খমলৈ কূমখিরবা মীবু পাইনউপানগী মীনা থিবা খউবা হৌনদে। নমান নিংথৌ ঐনা পোকচবা কন্যা যুবতী মথোকলকপী হেনলতা কৌবীবু যুবরাজ সনা নখোঙখাদা কচ্চগে। নমান সনা ইবৈবাক অসিবু হনবা হনবী নহা নুপী শণ ব্রাহ্মণ পুন্নমপু নাউয়োক লাংগোনবীনা নিংথৌ সনা ফবান তোংনা পানও। নমান নিংথৌ ঐদি মাকলৌরেন নিংথৌ নবম থুপনা খোইয়ম মাইবু লাংজবগে

---

—লাংওন তৌরকপরা। কাওবা চিগা লূকনা—মফুললূকনা। লৈমাবা-নিংথৌ, লৈপাক্কী মপু। পুরুস্বদা-খুরুস্বদা। ফৈরা তান্দা-মতম্বাক্তা। মতোম নোংমঞ্জবনে—মথন্দা শিজননে। য়ারেন খোংচি নুংগী—ময়াদগী। অমন খমলৈ কূমখিরবা মীবু—শিখ্রবামীবু। নমান—নকু। নাউয়োক লাংগোনবীনা—য়োকপি থাকপিদুনা। মাকলৌয়েন—ইন্দ্র.ক.।

হায়না স্না লৈপাক পী মমোম কন্যা কংনা পাওমেনববু নাউবা রূপবান্না পাউখুমখিএ। মখূৎ জুর তৌ খূকলু লৈপাক তানা হে মহারাজ নিংথৌরেনও ননাই ঐবু পল্লেম চেংলৌ শক উদনদি তাইবঙ নুংসাপান্দা লৈঙনলরোইএ। নাউবা রূপবান ঐনা অমন খমলৈ কূমখিনবু থোকলবদি শঙদরে। ননাই নাউবা ঐনা পল্লেম চেংলৌ মশক শঙনা হল্লকলবদা নিংথৌ সনা পূকনীং অপাম্বু থুংবিও। রাক্ষস য়ারেন খোংচি নুংকী যুবতী কন্যা অসীন্নুঙ নমোম মশুং মানগুম নাউয়োকপিরম্মো হায়না শমু থূৎশিন্নবা খুকমলমলবগা নাউবা রূপবান্দি নিংথৌ সনা মখোঙখাগী শমু মমার মখা ওন্না যাত্রা খোঙশানখিরবগী বীরসিংহ নিংথৌনাচিংনা প্রজা লৈপাক পূমনা হৌ যুবতী কন্যা অনীমাহুঙ য়াওনা মঙ্গল লাইজা ঈহৌ-থগুম নিংথৌ থোঙলেন খা থংবা পরিকর চেকপন ব্রাংমা লান্না নাউব্রা রূনধানবু থিল্লকএ। রাক্ষস পীবুক নুংগী যুবতী নীংখিবীনা যুবরাজ রূপবানগী খোঙবী লৈখৈ পায়না পাওমেঙখিএ। হে ইবুংঙো বৈষ্ণব লাইপোক সংসঙবা-ও ইমান সনা মখোঙথাবু য়োন্দনা তানফংলকও। ননাই পল্লেম পীখঙদবী পন্থৌ পাখঙদবী

---

মখূৎ জুর তৌ খুকসু লৈপাক তানা—খু লৈপাক তানা ফমলগা মখুং লোম্নতুনা। পল্লেম চেংলৌশক উদনদি—ইমাগী মশক উদনদি। তাইবঙ নুংশাপান্দা—সংসার অসিদা। লৈঙমলোইএ—লৈবা ঙমলোইএ। অমন খমলৈ কূমখিববু থোকলবদি—শিখিবা তারবদি। নমোম মশুং মানগুম—নচাম্নুপীগুম। নাউয়োকপিরম্মো—য়োকপিরম্মো। খোঙশানখিরবগী—যাত্রা তৌশিনবগী। নিংথৌ থোঙলেন খা থংবা—মখা থংবা মথোঙদা। ইমান—ইনেমবোক। য়োন্দনা—শোয়দনা।

ঐবু অমরক হন্না তুঃখ অরাববু কোকপির-ও। নুজা চীনগোয় ইপাওমেনবু সনা নখোঙখানা পুবিও হায়না থুরূমজববু নাউবা রূপবান্না পাউখুমখিএ। হে যুবতা মহাসতালেনও। সতী কোয়েলোয় নপাউমেনবু লেপনা তানফংজরকে হায়না শমু থূংনা শোকনা তাঙজা কোকতা কংনা যাত্রা খোঙশানখিরে। শমু মমায় হন্না য়েংদনা চংখিরবদা প্রজা লৈপাক পূমনামাক্তুঙ যুবতী কন্যা অনামাক্তুঙ বীরসিংহ নিংথৌক্তুঙ প্রেম থকমাতা থূদাং পিফন ঙৈনা মরান যুমচঙনখিরে হায়দবরা ?

নাউবা রূপবান্দি পামেন উয়াম থায়না পুথ্রী য়ূংনা লান, তুরেন ফৈনা তুপ, চীংশা নাপোম শম' অহিং খোমলেন তুমগন্দা, মিংয়েং নাউস্নমদা, মুংথিন অরা পোথাদা, উখোঙ লমদন্দা, উথা য়ায়রেক্তনা চংলকপবু লোইদাম থাপূম্নববু স্নরবদা ব্রাহ্মণ অরা পোথাকম, মুনি য়াংলৌ লমদনফম, মাল্লেম লৈতোঙ অকোকপবু লৈরম্মে। নাউবা রূপবান্না নীংথনখিএ। লমদম অসিবু মুনিশিংগী অরা পোথাকমু ওইরমাল্লে। পামেন খোংনাং মখোঙ মুংঙাইবা

---

পল্লেমপীখঙদবী—মমা খঙনবা। পল্লৌ পাখঙদবা—মপা। খঙদবা দুঃখ—অরাবা। নুজা—নুপী। চীনগোয় ইপাউমেনবু—ঐনা হায়জরিবসিবু। কোয়োয় নপাউমেন—নয়াথং। লেপনা তান-ফংজরকে—শোয়দনা ফংজরকে। তাঙজা—কোক। মরান—ময়ূখ। ফৈনা তুপ—ফৈনা লান্দুনা। খোমলেন তুমগন্দা—তুমদনা। উখোঙ লান্দা—উখোঙদা পন্দনা। লোইদাম থাম্নবু স্নরবদা—থা অমা ফারবদা। য়াংলৌ লমদনফম—লম্বাদা পোথাকম। নীঙথনখি—মপুক্তা থনখি।

অতুদা ঙাইহাক অরা লমদল্লবগা শমু মমায় মখা পাংনা চৎলকপবু কোরৌ মুমিৎ হুমনি শুরবদা নাউরা রুপবান্না লমদম থাপনা উরিউদ কোনা পাম্বী তরেৎ হৌরিএ। কোনা উতোনথক্কা চুঙ্গোয় কবাকথাঙ পায়বা তনবা নপা তরেৎ তোংলিএ। নাউরা রুপবান্না নমু মাস্তুঙ লৈএ হ য়না কোনা মখোঙ য়েৌনা চঙলকপবু নমু মাদি মাঙখিরে। কোনা মতোম লৈরমলবগী নাউরা রুপবান্না হি করিনো লমদম অলিবু ভুৎপ্রেৎ তম্না লাংনা লাইবু লৈবা মাল্লে হায়না য়াংলৌ লমদন্দানা চৎলকপবু কোরৌ মুমিৎ ১০ নি শুরবদা প্রিহপুর কৌযা লৈপাকপু য়েৌরন্দা প্রিহপুর মনিংথৌদি শান্তভুজ নিংথৌও তৌনা কৌএ। শান্তভুজ নিংথৌ মহাক্তি বলবন্ত পাঙ্গন মপা তামএ। বুদ্ধিবন্ত লৌশিংথোইএ। শান্ত পুকনীং তপএ। ক্ষেমাবন্ত ঙাকপিহৈএ। খোইয়ম লাইগী থোঙজিন্দ পুকনীং মমায় ওনশিল্লে। ভক্তি মুক্তি অনীমাসু আচার লমচৎ খঙএ। বৈষ্ণব চরিত্র লিংজেন চেল্লে। নিংথৌ মশানৌ পাটেশ্বরী মহারাণীদি হেমাবতীও তৌনা কৌএ। হেমাবতী মহাকসু মহাসন্তালেন্নে। বারম অনী হায়দে। য়াথং অনী হোংদে। মথংলেনবু ব্রত তরা চাহেনবগুম নীংজথোইএ। নিংথৌ মহারাণী

---

তনবা—নুপা। ভুৎপ্রেৎ—তম্মলাই। লমদন্দনা—পোখাদনা। বলবন্ত—পাঙ্গন য়ামনা করবা, পাঙ্গল মপা তাম্বা। বুদ্ধিবন্ত—লৌশিং য়ামনা শিংবা। ক্ষমাবন্ত—ঙাকপিহৈবা। খোইয়ম—লাই। চরিত্র—লমচৎ। মশানৌ—মনাউ ইবেম্মা, মতু। পাটেশ্বরী—মহারাণী। মথংলেনবু—মপুংরাইববু।

অনীমাদি মচা কন্যা তমা পোকায়ে। কোল্লোয় মমিংথেংদি ইসারিও তৌনা কৌএ। ইসংরি কন্যা মহাক্তি চেংলৌ শক্কোয় হেনথোইএ। পূকন্নুং লিন্না ভান্তোইএ। মোমপু তাংজা লুরেন্দো লৌরাই কোয়রেনথক্তি চানা ভুমলৌ ইনা নুরই শন্মু চইনা হৌএ। নাউরা রুপবান্না নিংথৌ হিদেন চংলৈ মকুমলম নুবা চেঙহীপুনথারাইদা পামেন উখোং থাদা উভাউ মকম থপনা ভাইথক অরা লমদল্লিংভৈদা নিংথৌ মমোমলোন ইসারি যুবতী নীংথিবী সুঙ নুবা মমান্নবী মনাই মীয়াম পুনা লাইজা শান্তেংগে হায়বগী মপন হিদেন চংলৈ মকুমলম নুবা চেংহা পুনথা বাইদা কুমলকএ। মনাই নুবা পুন্নমানা ইসারি শমু মহকসাংবু শমু য়াইঙ তৈ. হকসাং থাউগ্না নোই উতী শমখোঙ সেং চেঙই সম্পান লাকনা সেবা য়োয়থোন্নরবগা লাইজা ঈতুয়ায়দা শাম্বা ঈরোই তম ইমু খোংকাংগননা শান্তেংববু নাউরা রুপবান্না চেংলৌ মিংথিলবগী ইসারি মদাইরেম যুবতী লৈশাবী অমদা পাংহংখিএ। হে যুবতী মখোকলকপী-ও কন্যা নীংথিবী অসিবু নম্ব মীমচমম্বুও মান্দে। তেজবীর্যা মশা মঙানম্বু চাউংথোইএ। চেংলৌ শক্কোয়

---

কন্যা—মচানুপী। কোল্লোয়—মমিং। চেংলৌশক্কোয় হেনথোইএ —মশক মতৌ য়ামনা ফজে। মোমন্নু—নুপী। তাংজা লুরেন্দো—মকোক, লরাইলেম্ফু। হিদেন চংলৈ মকুমলম—হিদেন তাকম। ভাইথক—ভাইহাক। অরা লমদল্লিংভৈদা—অরা পোথারিভৈদা। মমোমলোল—মচা নুপী। নুরা—লৈশাবী। শান্তেংগে—ঈরুজগে। শাম্বা—ঈরোইবা। শান্তেংববু—ঈরুজববু। চেংলৌ মিংথিংলবগী -উরবগী। মদাই রেম-মনাই। মখোকলকপী-মখোক কারকপী।

থোংস্থঙ হেনথোইএ। তাঙজা নুরেনতোন্দদি চানা তুমনৌ ইনা শমলাং তোনগা ওইনা হৌরিবা অসিবু মতৌ করিননো হায়না পাউহংববু ইসারি মদাইরেম ম্ববত্তী লৈশাবীনা পাউখুমলকএ। হোয়দা হে ইবুংঙো নাউবা নীংথিবা-ও নিংথৌ ইরৈপাক অসিরী শান্তভূজ নিংথৌনা পোকপানে। কোন্নোর মমিংথোংদি ইসারি-ও কৌএ। পূর্ব্বজন্ম মপোকশৈঙী তাঙজা নুরেনতোন্দা তুমনৌ ইগা পান্না পোকলকএ। নিংথৌ মহারাণী মমা মপা অনীমানাস্থঙ চীঙঙ, লাইথোঙ শীন্ লৈপাক মাইবা লেংগা তিন নিংথৌ মাইবী লেংগা কাংনা য়েংববু ঙমদয়ে হায়না পাউখুম্ববু নাউরা রুপবান্দি উনবী পূকনীঙ ঙকনা উথোঙ অরা লমদনকমগী শমু মায় মথা ওন্না-তন্না মাত্রা থোঙশান্নকলে। নাউবা রুপবান্না লমদম মপা য়েংনা পুথ্রী য়ুংনা লান তুরেন কৈনা তুপ চীংশা নাপোম শম্ পামেন উয়াম খায়, অহিং খোমলেন তুমগন্দা, মুংথিল অরা পেংথাদা উথোঙ উথা য়ায়রেক্তানা চৎলকপবু লোইদাম থাবূম্মবু স্থরবদা বৈতরণী লাইজা ঈনুংহক তুরেন লানঙমদববু য়োরবদা নাউবা রুপবান্দি লাইজা মতৌ য়েং, রাংমা

---

তাঙজা নুরেনতোন্দদি—মকোকদি। শমলাং—শম। কোন্নোম মমিংথোংদি—মমিংদি। চীঙঙ—লাই। উথোঙ অরা লমদনকমগী—অরা পোথারম্বা মফম উথোঙ অত্থদগী। তন্না—স্নাঙনা, থুনা। মাত্রা থোঙশানখ্রে—চৎখ্রে, থোঙদোই হুনখ্রে। লমদন্দা—লম্বীদা পন্দনা, কাইদুনা লৈথোক্কনা। লোইদাম থাবুম-থা অমা। লাইজা ঈনুংহক—ঈশিং অরুবা। লানঙমদববু—লাম্বোকপা

চাংজৌ লৈরাই উদা বৈত্তরণী মতৌ য়েংনা শমু মখুৎ অনীমাপু তাঙজা কোক্তা নম্ লৌশিং মথোঙ খঙদনা পল্লেম তেংথাননা মীকপলকলে। হে পল্লেম ইমা ইবেম্মা রূপধাতৃ কৌবীও নপারি নাউরা রূপবান ঐবু পল্লেম চেংলৌ শকখঙদনা তাইবঙ মুংশাপান্দা করম্ খঞ্জিরমলবগা পল্লেম কৈদা চৎখিবনো ? নপারি ল'ইবক থীবা মাউরা পাপীরেন ঐনা পল্লেম মায় নখোঙ্গুনবু লীজরকপবু তুরেন লাইজা ঈমুংহকপু লমওক্লরে। নপারি ঐবু লৌবিরও। পল্লেম ইমা পোকমাবীও নপারি ঐবু মতৌ করম তৌও হায়বনো ? হে পল্লেম ইবেম্মা ইমা ইমা কৌনা মতৌ কম্বু লৈতনা তুরেন চাংজৌ লৈত্তোইথক্তা থরো কাংতুম ওন্না মীকপ্পবু যম সনা মরৈবাক্তা লৈরিবী রূপধাতৃ মহারাণীনা না তারবগী মাল্লং চৈরোয়ননা খমগোন লিত্তিন্ননা শাইরকপবু মপারিনা খোমলেল তুমগন্দবগী কোরৌ মখলমা রাংবন মরোনমাদা মপারিনা খোমলেন তুমগনববু ঙাইখমলে হায়দবরা ? নাউরা রূপবান্দি মীকপ হনগৎঙমদনা নিত্রা কৌবা লাইবু চঙলদনা উরোন মিৎয়েং নাউসুমখিববু পল্লেম

---

ঙমদবা। চাংজৌ—তোর্বান। তাঙজা—কোক। লৌশিং মথোঙ খঙদনা—বুদ্ধিলৌশিং থোক্তনা। মীকপলকলে—কপলকলে। লমওক্লরে—থেংনরে। পল্লেম ইমা পোকমাবী—ঐবু পোকপী ইমা। থরো কাংতুম ওন্না—থরো থরো ওন্না। মীকপ্পবু—কপ্পবু। না তারনগী—তারবগী। মাল্লং—সুংশীৎ। খমগোন—নোংলৈ সুংশীৎ। খোমলেন তুমগন্দবগী—তুমতুনা লৈত্তবগী। রাংবন—অতিয়া। ঙাইখমলে—ঙাইহুনা লৈরে। উরোন মিৎয়েং

রুপথাতৃ মমানা মপারিগী খোমলেন মণ্ডলানচান্দা ফৈরা তান্দা পম শমলাং তোনগা নান্না পাওমেনখিএ। হে পারি ইবুংঙো মপন ঐবু লৈএ। করিগী নাউরা হেকঙাই নপাউ চাউনা মীকপ্পনো? পল্লেম নমা ঐগী অমৃত লাইজা ঈথক্তুখিবা ইচানে। নপন ঐগী খোমলাং লাইজা ঈ নঙথবত্নম ঈয়ারা-ও হায়না পাওমেনববু নাউবা রুপবাম্না হে পল্লেম ইবেম্মা নপারি ঐদি পল্লেম চেংলৌ শক উদবগী অরা লৈখৈ তারমলে। চম্পাক নগর ঈরৈপাকপু ইন্দানখিরসে হায়না মপন ওকথী লুমলাং কোনগে হায়না নাউরা পাম্বোম অনীমাপু পল্লেম ওকসম তম্না হাইগংলকপবু খোমলেন মীকপ থোকপনা হাল্লবগী পল্লেম মমা পোকমাবীদি বাংলেন পুংশীং কায়কদবগী মাল্লং ফেঙ্কি ওই থমগোন নোংলৈ ওইনা হনবাইখিরে হায়দবগা?

নাউরা রুপবান্দি মপাম্বোম অনীমাপু সেকচাই লৈঙোই থক্তা তারবগী অনৌবা মীকপলকলে। হে পল্লেম ইবেম্মা হৌজিক

---

নাউশুমখিববু—উরোন উরোন তুমথখিববু। খোমলেন মণ্ডলান-চান্দা—মমঙদা। ফৈরা তান্দা পম—মতম্বাক্তা পমত্তুনা। নপন ঐবু লৈএ—মমা ঐবু লৈএ। হেকঙাই নপাউ চাউনা মীকপ্পনো—নপুকনীং শুংশিনা কপ্পনো। অমৃত লাইজা ঈ—খোম। অরা লৈখৈ তারমলে—বাবনা হায়নিঙাই লৈরুদ্রে। ইন্দানরিসে—স্নোমনবা চংশ্রুগে। পোকমাবী—মমা অপোকপী। বাংলেন—পুং। মাল্লং ফেঙ্কি ওই থমগোন নোংলৈ ওইনা—নোংলৈ ভুংশীং ওইনা। হনবাইখিরে—হনখরে। সেকচাই—লৈঙোই।

মফম অসিদা নপারি ঐবু খোমলাং ইনৌহমলম্বনে। কোরৌ নোংদোনথক্তা কাখিবরা ? মাল্লেম লৈখারোন্দা চঙখিবরা নাউরা নপারি ঐবু করম মুংশিদবনো হায়না লৈঙোই সেকচাই হোংনা মীকপ্পবু লাইজা ঈরোম্মুংগী তুধী মকোক কাও লাইরেন মরাই লোংনা পাওমেল্লকএ। হে নাউরা রূপবান-ও বৈষ্ণব লাইপোক চঙখোনবা-ও। অরা হুইরাং শোম্না মীকপলগুনো। তুরেন লাইজা ঈম্মুংহকপু কুম্ভীনি ঐনা লাইজা ঈরানগে লাইরেন ঈনমথক্তা তোংলারো হায়না পাওমেল্লবদা নাউরা রূপবান্না হে মহাশয় কুম্ভীরনীও নাউরা মহা পাপীরেন ঐনা বৈষ্ণব ননমথক্তা করম নেংশিবনো হায়না পাওমেনববু কুম্ভীরনীনা পাওমেল্লকএ। হে মহাশয় বৈষ্ণব অথোইবা-ও ভক্ত নখোঙ খূয়ারেম্না কুম্ভীনী ঐগী ঈথক্তবু নেংপিরবদি মহাপাপ পূম্নমাবু কোকলঙেনে। কোল্লোয় ইপাউমেনস্নুও চেঙ্গগে নেংপিররো হায়না পাওমেল্লবদা নাউরা রূপবান্না শমু খূংনা তাওজা কোক্তা অহুমলক কংলবগা কুম্ভীনী লাইয়াও থক্তা কানা তোংলবদা কুম্ভীনা লাইরেন অচৌবনা শমু মমায় মখা ওন্না নাউরা রূপবানবু পুনা বৈতরণী তুরেন অপাকপবু

---

খোমলাং ইনৌহমলম্বনে-খোম ইল্লম্বনে। কোরৌ নোংদোনথক্তা অতিয়াদা, লাইরৈবাক্তা। মাল্লেম লৈখারোন্দা-লৈপাক মখাদা। লাইজা ইরোম্মুংগী—ঈশিং মম্মুংদগী। তুবী—লাইরেন। অরা হুইরাং শোম্না—য়ামনা রানা, অরা পোথাবা লৈতনা। মীকপ্পগুনো—কপ্পগনু। লাইজা ঈরানগে—ঈশিং 'লানগে। মনমথক্তা—ননংগন্দা। কোল্লোয় ইপাওমেনস্নুও চেঙ্গগে—ঐগী

মাল্লং মুংশীং মমাঙ থানা লাইজা ঈরাল্লকপবু লোইদাম থাবমগা কোরৌ নুমিং ভারেংনী শুবদা চাংজৌ লৈরাই কংলবগা নাউরা রূপবাল্লা লৈরাই পন্দোন লেপনা পাউহংখিএ। হে মহাশয় লাইরেন চাউপোইবা-ও কোল্লোয় করি পাউচেনগবনো হায়না পাউহংববু কুপ্পীনানা পাওমেনখিএ। হে ভক্ত রূপবানও লাইরেন ঐবু লাবানে। গর্ভ নাকল্লু ফিয়ানববু চহী কুমশীং তরানীথোই ন্দরে। ঈপারিস্লং শাংনদে ইমোম্মাল্লুও ক্য়নদববু মতৌ করিননো। মম সনা মখোঙথাদা হংদ্রিকও। লৈরাই মক্ম অসিদা রূপবান নউবু ভাইরনগে। পল্লেম নমা নাবু লাইরেন ঐনা অনরক হল্লা লাইজা ঈরানগে হায়না পাওমেল্লবগা লাইজা ঈরোল্লংদা লপখিরে হায়দনরা? নাউরা রূপবান্দি বৈতরনী বাংমা লানখিবগী মখবু থম্মং মইরবাক সারা মিকোন খঙ্গবু উইখিরবগী চেংলৌ মিখোঙ মম্ রাত্রি অহিং ওইনা শমু খোঙকাপ থাংফম উদরগী নাউরা রূপবাল্লা শ্রীজগন্নাথ লাইয়িংথৌবু তেংথাননা মীকপলকএ। হেশ্রীকৃষ্ণ ইনুঙো নিংথোন নোংলোন অহুম্মাগী মপুরেন অশোনবগী

পাউস্থ চেগুংগে। মাল্লং মুংশীং মমাঙ থানা—মুংশীংকী মাঙ থানা, য়াগনা থুনা। লাইজা ঈরাল্লকপবু—ঈশিং লাল্লকপবু। লৈরাই পন্দোন লেপনা—লৈরাই মথক্তা লেপনা। লাবানে—নিপানে। নাকল্লু ফিয়ানববু—গর্ভ লৈববু, নাউপুববু। শাংনদে—পোক্তে। ক্য়নদববু—পোক্তববু। লাইজা ঈরোল্লংদা—ঈশিং মহুংদা। চেংলৌ মিখোঙ মম—মিংনা উদবা। নিংথোন নোংলোন অহুম—স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতাল।

পাঙ্গন ওইবিবা পাণ্ডদবগী মীচঙ চঙবিবা মনাই ভক্ত লাংগোন্‌হৈবা লাইয়িংথোও ননাই মহাপাপীলেন রূপবান এবু মতৌ করি ওইয়ো তমলিবনো ভগবান কৃপা তৌবিরকও হায়না মীকপলবগী শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা উরবগী মনাই বৈষ্ণব রূপবানবু কৃপা থৌজানগে হায়বগী গড়ুর বাহোন তোংনা দ্বারিক। মপুংয়ায় কৃষ্ণ মকাইকমগী মণি রতন সিংগাসনগী থমং নরৈপাকঅমম চীঙপিথমু বৈতরণী তুরেন চাংজৌথক রূপবান মমাঙ সংসঙবদা পাইরকপবু থম্মং যমরাজ রায়েনবনা উরবগী মনাই বৈষ্ণব গুণনা চাউথোইবগী হরি সনা মথোঙ লেঙবিরকলে। শক্তি অসিগুম্বনা যম ইরৈবাঙ্‌না চঙবিরকলবা কুইনা শাংনা লৈবিরবদি মহাপাপীরেন পূম্নমাপু কোকখিরঙৈনে হায়না যম মথোঙ হৌনা চেল্লকলবগা কৃষ্ণ সনা মথোঙ থাবু খুরুমজরবদা কৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা মনাই রূপবানবু খুজেং হংজি পায়না পাওমেনখিএ। হে নাউরা রূপবানও। অমন খমলৈ কুমখিরবা মীবু অশাই তাইবঙ পানবনা খোমলেন মঙলানচানবু নত্তনদি চেংলৌ শক উনৌও ভমদরে। অদু উবা ঙমলবদি চীংঙ ব্রহ্মা মপারি নারদা মুনিদদি ঙম্বনে। হে নাউরা রূপবানও। ভক্তি নরমচৎ অসিবু কৃষ্ণ এবু খাঙঙমদরে। নাউরা রূপবান

---

লাংগোনহৈবা—য়োকপিহৈবা। কৃপা—থৌজান। মপুংয়ায়—নরৈপাক। মকাইকমদগী—ময়ুমদগী। চাউথোইবগী—থোইদোকনা চাউবগী। খূজেং হংজি পায়না—খূজেং পায়না। অমন খমলৈ কুমখিরবা—শিখরবা। খোমলেন মঙলানচানবু নত্তনদি—মমঙদা নত্তনদি।

নওংগুও নান্নদা মগুং মানগুম কৃষ্ণ ইরনকু হরি ইথৌজান্দগী শিখিরবা মী পুম্নমাক্স চেংলৌ মশক উববু ওইজরো হায়না বর লনকুবিরবগা কৃষ্ণ সনা মিং থম্বান্না যম চিংনা য়েংনা পাওমেল্লকএ। হে যম মহারাজ রায়েন চুম্বা-ও নাউরা রূপবান অসিবু ইনাই বৈষ্ণব অতাওবনে। রূপধাতু মমাবু যম নরনকুনা কংজহল্লো হায়না নাউরা রূপবানবু যম নিংথৌ শমু মখুৎপাক্তা খুৎশিন্নরম-লবগা হরি লাইয়িংথৌদি অন্তর্ধ্যান মাল্লং ফেঞ্চি ওইখিরে। খমগোন নোংলৈ ওইখিরে। দ্বারিকা মপুংয়ায়দা খোইয়ম খিংলৌ নীংনা তেনা হলরাইখিরে হায়দবরা? নাউরা রূপবানবু যম নিংথৌ রায়েনবনা শমু মখুৎশন্না যম সনায়োয় কোন্নুংবু ইন্দাল্লকপবু যম প্রজা পুম্নমানা রূপবান চেংলৌ য়েংনা পাওমেন্নখিএ। যম ইরৈপাক্কী নিংথৌ রায়েনবনা শমু খুৎশম্নরকপা নাউরা অসিবু অঙাই ভাইবং পান্নে। তাইবঙ মী গুন্থোক করম্বনো খম্নুং য়াংলৌ লমদাংশাংবু খোঙনা চংনা ইন্দাল্লকপা অসিবু তাইবঙ কনানসুঙ হৌনদে। মাল্লং কনানসুঙ চেনদে। খম্নুং পাৎধীয়াম সারা কেনখ্ৱ হক

লনকুবিরনগা—বর পীবিরগা। নরনকুনা—মথৌজাম্ম। অন্তর্ধ্যান—উখিদবা, মাঙথোকখিবা। মাল্লং ফেঙ্গি খমগোন নোংলৈ ওইখিরে—নোংলৈ মুংশীং ওইখরে। মপুংয়ায়দা—মরৈবাক্তা। খিংলৌ নীংনা তেনা—অমুক হম্না। হনরাইখিরে—অমুক হনখরে। সনায়োয় কোন্নুংবু ইন্দাল্লকপবু—সনাকোন্নুং য়োননবা লাকপবু। খম্নুং—অশিবগী। য়াংলৌ—লম্বী। তাইবঙ মাল্লং—তাইবং

নখোঙখানা লনকুবিরবদি যম কংলৈ নশূমাঙদা লীরুংচামা ব্রাংনা শগাই লাকখোন্‌মাবু শাবি-ও। শগাই লাকখোন মখাদা তৌরাং ফকলোন তরেৎ খনবিও। চামলৌ লারোন তরেৎ য়ৈবিও। চরৈ ফিরোন তরেৎ খনবিও। মাল্লেম লৈময়োন্দা নাব্রা ঐনা লৈজগে। নুজা শীংবৃম থীনা শগাই পল্লক থক্কী অমৃত লাইজা নীংথিববু খোমলাং সুমথহনবি-ও। নাউব্রা ব্রারেন খোংচিন্নুংতা তারবদা পল্লেম ইমা খঙজগে হায়না পাওমেনখোনগী যমরাজ ব্রায়েনবনা কংলৈ মশূমাঙদা লীরুং চামা ব্রাংনা শগাই লাকখোন শারে। ফকলোং তরেৎ খন, লারোন তরেৎ য়ৈ ফীজঙ মরোন তরেৎ খন্না নাউব্রা রূপবানবু ফীজঙ মরোন্নং মাল্লেম লৈময়োন্দা ফমহল্লবগা নুজা মীপূম থীনা সগাই পল্লাক থক্তা কানা খোমলাং শুমথহনববু নুজা অমত্তবু খোমলাং ঈ নঙথবীদে। লাইজা ঈ হৌবিদরে। নাউব্রা রূপবানগী পল্লেম মমা পোকমাবী রূপধাতৃ কৌবীদি মপারি চেংলৌ উরবদা খোমলাং লাইজা ঈ নঙথরকলে। শগাই পল্লাক থক্কী লাইজা মতোম থোকলকলে। খোমলাং মতোম তাথিবনা ফকলোন তরেৎ ফাও লারোন তরেৎ লীং

---

তাইবঙ মাল্লং পান্দা—তাইবংপান্দা। চেংলৌ উজহৌদবগী-শক উজহৌদবগী। লনকুবিরবদি—খৌজানবিরবদি। কংলৈ—শুমাঙ। চামলৌ—লা। চরৈ—ফি। মাল্লেম লৈময়োন্দা -লৈপাক্তা। অমৃত লাইজা নীংথিববু—খোমলাং, খোম। ব্রারেন খোংচি নুংনা-য়া নুংদা। মাল্লেম লৈময়োন্দা ফমহল্লবগা লৈপাকক্তা —ফমহল্লনা। নুজা-মুপী। খোমলাং ঈ-খোম। মপারি চেংলৌ উরবদা—মচাগী মশক উরবদা। খোমলাং লাইজা ঈ নঙথরবলে

ফিজং মরোন হুরেৎ ফাওনা রূপবান য়ারেন খোংচি মুংদা তরা চাকম য়ৌনা তারবগী নাউরা রূপবান্দি ফীজগু মরোন মুংগী খোকলকলবগা পল্লেম চেংলৌ লাপয়েংনা দণ্ডবৎ মাল্লেম নৈদা পকনা খুরুমজরবদা পল্লেম মমা রূপধাতৃমুগু শগাই পল্লাক থকী কুমলকলবগা মপারিপু চিংনা য়েংনা মপারিবু মুংশি পুকনীং চগু, মপারিনসুগু পল্লেম মমাবু নুংশি পুকনীং তানা মতোম মতোম ফমনা নৈনরবগী যম নিংথৌ রায়েনবনা চেংলৌ মিংথিংলবদা পায়মা পীবুক মুংদা নীংখল্লকলে। পল্লেম মমা মচা অসিবু ওাইবগু মুংশিনবা প্রেম মায়াচান অরুববু যম ঐনা লৌখোকপিরবগী মুংশি পুকনীং চঙনগ্রবনে। হরি লাইয়িংথৌগী কৃষ্ণ কোল্লোয় ময়াথংবু কোরৌ লোংদা কাকখোইএ। মাল্লেম নৈদসুগু তাফরোইএ হায়না তাইবগু মুংশিনবা প্রেম মায়াচান অরুববু রূপধাতৃ শমু মহকসাংদা উপশিনবিরবদা পল্লেম মমানসুগু মপারি মুংশি পুকনীং চগুলকলে। নাউরা মপারিনসুগু পল্লেম মমাবু মুংশি পুকনীগু চগুলবগী তম্পা স্না মিংকোয়থোং মরিমাপু প্রেম খকমাতাববু মান্নরে হায়দবরা ? নাওরা রূপবান্না পল্লেম মমাবু ওয়রম তরেংলক কোয়না মপন খোগুবী নৈখৈ পায়না

---

—খোম নগুথরকলে। য়ারেন খোংচি মুংদা—ময়া মমুংদা। লাপয়েংনা—লাপ্পা য়েংতুনা। চিংনা য়েংনা—মুম্না য়েংতুনা। চেংলৌ চিংথিংলবদা—উরবদা। পায়মা পীবুকমুংদা—মপুক মমুংদা। কোল্লোয়—য়াথং। শমু মহকসাংদা-মশাদা। মপারিবু—মচানিপাবু। মিংকোয়থোং মরিমাপু—মিং মরিমকপু। প্রেম খকমাতাববু—মপি তাববু। মপন খোগুবী নৈখৈ পায়না—মমাগী

দণ্ডবৎ মাল্লেম লৈদা পক লাংলেন কোংয়াঙ রাশাং তাবগুম কপনা খুরুমজরবদা পল্লেম মমা পোকমাবা রূপধাতৃ কৌবীদি মতৌ কম্বু লৈতনা মপারিবৃ লোকলৌ শানা কোন খজাই লেংলোই চুপ ফৈরা তান্দা থোংনা হে পারি ইবুংঙো রূপবান অচাউ লেপফাদা শাংবা লমঙদরিবা ও পল্লেম চেংলৌ শক খঙহৌদা নপন ঐগী অমৃত লাইজা ঈ থকহৌদবা নঙবু তাইবঙ কনা য়ৌঙমদা মাল্লং কন'না তানঙমদা পাব্রারীমুঙ লৈতবা পুথারীমুঙ তাদবা খমন্নুং লৈপাক সাব্রাইকোন খঙদা নাউরা মতীক নত্তনা নপন মার ইখোঙ্গুনবু করম লীরকপানো ? নপন ঐনা থিকলেন মায়য়োকনরগে পারি খোমলাং ঈনৌহমলারো হায়না মীকপ হুনকৎ ঙমদনা থব্রায় নিনমাঙননা ব্রাঞ্ছখিরে হায়দবরা ? নাউরা রূপবান্না পল্লেম মাল্লেম লৈমায় থক্তা ব্রান্তরিববু নাউবা মখূৎ অপিশা শমু ওয়রম থংবনা মপন ঙকথী লুমলাং কোন্না ফৈরাথক্তা থাঙ্গৎলে। শরেন য়েংলম থংবনা পল্লেম খোয়দৌ য়াফম লাফনা পাওমেনখিএ। হে পল্লেম ইবেম্মা নপারি পোকচমনবু তাইবঙ মুংশাপান্দা পাঙ্গল ঈহৈ চাবি-ও। থব্রায়

---

খোঙবী পায়তুনা। দণ্ডবৎ মাল্লেম লৈদা পক—লৈপাক্তা তানা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমতুনা। ফৈরা তান্দা থোংনা—মতম্বাক্তা পমতুনা। অমৃত লাইজা ঈ থকহৌদবা—খোমলাং অমৃত থকহৌদনা খোম থকহৌদবা। খমন্নুং লৈপাক—অশিবগী লৈপাক। খোমলাং ইনৌহমলরো—খোম থকলরো। ঙকথী লুমলাং কোন্না—মঙক্তা কোন্দুনা। ফৈরাথক্তা—মতম্বাক্তা। তাইবঙ মুংশা পান্দা—

নিনমাঙনফরোইএ। হরি স্নামখোঙখাবু লৈএ হায়না কর্ণ নাকোঙ খোঙজাওরেন্দা হরি মিংলেন শোন্না রূপধাতু মহার নাদ থরায় লাইহিংলকলবদা মপারি ফৈরা তাদা খোংনা চান সনা থম্বাল মায়য়োক্না তোয়নরবদা নাউবা রূপবান্না পান্নম ফৈরাথঙী যম নিংগৌনচিংনা য়েংনা কোল্লোয় অমেঙবা য়াথং নীংথিরনা পাউহংলকএ। হে যমরাজ রায়েন চুমথোইবা-ও নাউবা রূপবান ঐনা য়াংলৌ লমদাং শীংলকপদা উপদ্রব ওন্থোকপবু চেংলৌ মিংথিংলকপবু পাউহংজরক্কে। উনবী পূকনীং তপনা না তাবিও। য়াংলৌ লম্মখাঙদা কোনা পানবী তরেং হৌরিএ। মখোঙ কোনা ওইরিএ। মকোক তাইবঙ মীবু ওইনা চুঙ্গোয় থাঙশাং পায়না লৈএ অতুস্তুঙ মতৌ করম্বনো? প্রিহপুর লৈপাক মুংঙাইবদা শান্তভুক্ত নিংথৌ মমোমলোন যুবতী কন্যা নাংথিবী ইসারি কৌবানা তাঙজা লুরেনতোন্দা চানা তুমনৌ ইনা মুজা শমলাং ওইনা হৌরিবস্তুঙ মতৌ করিগীনো? বৈতরণী তুরেন ইনুংহক্কা আজগর কৌবা গুস্তীণী লাইরেন লাবা অতুনা গর্ভনাকলু ফিন্নানববু চহী

---

তাইবঙ পানবদা, সংসারদা। কর্ণ—নাকোং। থরায় লাইহিংলকলবদা—থরায় হিংগৎলক্রবদা। রায়েন চুমথোইবা—অচুম্বা রায়েন তৌবা। য়াংলৌ—লম্বী। লমদাংশীংলকপা—লম্বীদা অমুন লাকপা। য়াংলৌ লম্মখাঙদা—লম্বী লমখাঙদা। উপদ্রব—ওইথোক্লবা। চেংলৌ মিংথিংলকপা—মিংনা উরকপা। মমোমলোন—মচা নুপী। তাঙজা লুরেন তোন্দা—মকোক্তা। মুজা—নুপী। শমলাং ওইনা—মশম ওইনা। ইনুং হক্কা—ইশিং অরুবদা। নাকলু ফিন্নানববু—নাউপুববু, গর্ভলৈববু।

মীপোৎ চঙনা নম্না লৌরবা, য়াব্রা মীরন পাম্বগী নমু লিংজেম চুমদবগী সাক্ষী বালেপ ওইবা, কোপ্লোয়ময়াথংদগী মরূপ অমবু শিহনবা নমু তাইবগু অত্নুগুম্ববু কত্রা লম্না কৌবা কুও অসিদা ঙৌনা লাকনেএ। লাইগী চহী কুমশীংদা চহী ১০০০ লাকলবগা অমরক তাইবগু মীওইনা য়াম্বা মতু চোমনা নমু মনম নমথীনা পোকলয়ে ॥ ০ ॥

রুপবান খরা চৎলে হায়রগা চারাচা কুও য়োরবদা খমনুং কুও মহাক্তি লাইতা ঈশিংগী কুওনে। লাইজা ঈবোম্নংদো লাইজা ঈশিং তীন হিংচাবা, কাওরেন শনগী তীনফা কোমনে। নমু মীয়াম খৈবিকপু ঈরোমনংদা ইম্বরে। তীম্না চীকপা খাওবা ঙনদা কাংপন্ লাংদা কারবম্নুঙ বমগী খোঙলোয় অয়াম্বনা য়োৎস্নুও কোকতা য়ৈ খংনং লৈতোয় থিন্না তাম্বরে। মতৌ অসুম লাক্লুববু রুপবান্না উরবগী যম চিংনা য়েংমা পাউহংলকএ। হে মহারাজ রায়েনবা-ও মতৌ কব্রিগী রৈম্বিবনো হায়না পাউহংববু যম শিংথৌনা পাউখুমলকএ। হে নাউরা রুপবান-ও। লহাম তাইবগু পাল্লিঙৈদা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবতা মমা মপাদা ইষ্টদেবগুরুদা চরিত্র লমচৎ কায়বা, বামোনগী মরন চাবা, বিষ্ণা লাইম্বিক তম্বিবা উজাগী মরন চাবা, য়াথং

---

অরেপ্পা অওইবা রা হায়দবা। মীলন—মীগী লনথুম। য়াম্রা—লন, শেন। লাইজা ঈরোম্নুংদা—ঈশিং মনুংদা। লাইজা ঈশিংতীন হিংচাবা—তীমফা। খোঙলোয়—মতুংইনবা, লেয়িন খময়িন। লহান তাইবগু পাল্লিঙৈদা-অতুঙৈ মীওইনা পোকলিঙৈদা। চরিত্র—লমচৎ। য়াথং রাপৈ হায়না—ওইদবা চুমদবা রা হায়তুনা।

রাপৈ হায়না উজ্জাবু নমথাক তৌবা, উজা লিন্দা তৌবা, মোমম্ভু ছুজ ওইবাশিংবু মুজা পুকনীং য়েংদনা ওম্মে নমজানবা সতী ধর্ম্ম খুগরবা রাজা নিংথৌ ওইবা থৈবিকম্ভুও ঐদি নিংথৌনে ওম্মে হায়রুনা রারম বিচার থিদনা মঁ,পোং পওনা খোম্বা, নমু অরানববু দণ্ডি রারকনবা মনাই মীচঙ চঙনা য়োকখৎলবা, পাত্র লৈপাক কোইবা অওম্বনা য়াম্বা মীরন পাম্বগী অপৈবাবু চুমহনবা, অচুম্ববু লানহনবা, মীলন্ য়েংনা রায়েনবা, গুরুকাদা লান্থবা মী অহুশিংবু চালাচা কুণ্ড কৌবা অসিদা চহী ১০০০০ লাক্নরবগী মপেক লাংওন অমরতা ইরোই ওইনা পোকলাএ ॥ ০ ॥

রুপবান থরা চৎনবগা তিকম্পালা কৌবা কুণ্ড য়ৌরকলে। য়োংকী মূর্ত্তি অনীমাপু নুপী নিপা শক্তা মান্না খাম্বী ডাওনা ঈকনা য়ুংলিয়ে। নমু মায়াম পুম্নমাপু নুপীনা নিপাগী মূর্ত্তি অচুদা, নিপানা নুপীগী মূর্ত্তি অতদা লহান তাইবও পাল্লিপ্তে তাল্লোয় নতু নতুনা থংলেন নরা নতনা নঙনা নওনা য়েংবদো অসিনে কোল্লো ছারনা ইনশিল্লে। য়োংকা মূর্ত্তি কোল্লুরবসুও খাম্বী মৈনা চাকএ। কোল্ররবসুও যমগী চুত্তনা য়ৈববু খাঙবা ওমদনা লাক্লববু উরবগী নাউরা রুপবান্না যম চিংনা য়েংনা পাউহংখিএ। হে মহারাজ রায়েনবাপু অসিদি মতৌ করম্বনো হায়না পাউহংববু যম

---

মোমস্তু মুজা-নুপী। খোম্বা-লৌবা। য়োকখৎলবা—শৌগৎলবা। লৈবাক কোইবা—লৈবাক পুবা, অঙম অথৌ। য়াম্বা মীরন—মীগী লন। অপৈববু—অরানববু। রায়েনবা—বিচার তৌবা। লাংওোন-মপোক। তাইবও পাল্লিংওদা—মীওইনা পোকলিংওদা। তাল্লোয়—মতু। থংলেন—মরা। খাম্বী—মৈ। মুজা মরা লৈবী—

মতৌ অসুক থীনা লাক্লরিব্রা অসিবু ব্রারম করিগীনো হায়না পাউহংববু যম নিংথৌনা পাউখুমলকএ। হে নাউব্রা রুপবান-ও লহান তাইবঙ পাল্লিডৈদা কাওরেন মীশন হুবা, তয়ম মীনাই হুবা, সাইকঙ লৈহন খোইনা মীলন্ পাবোংসেম্বা নমু মীনা লাইদা কংকে হ'য়না থমজবা বস্তবু মানা হুদনা চাবা, লম্বী তাবা পোৎ খুল্লংগা মীবু তাক্তাবা লোন্না থমলবা, অতুগুম্বা মীশিংবু তপ্তাকুণ্ড, পীর্তা কুণ্ড অনীমা অসিদা মতৌ অসুম তৌনা লাইগী চহী ১০০০০ লাক্লরবগা মপোক লাংওন য়ামনা লায়রা অতোন তা থমলো অয়েং চেংনা মপোকলাএ॥ ০॥

রুপবান্না খরা চংলবগা কুমফিপাকা কৌবা কুণ্ড অতুদা লৈবা তীনদি মওং হুনগী মওংনে। ময়া শীংজঙ য়াতানবা তীন্নে। অতুগুম্বা তীন্না লৈবা কোম অতুদা য়োত্তুম মৈ ইকপদু থমলিএ। য়োংতুম অশাববু অমরক কোনহল্লা তীনগী কোমদা থাদরা য়োংশুক চৈথা কন্ মমিস্তা পুংহুংনা ঙাঙনা ঈকনা থিন্না লাক্লববু উরবগী নাউব্রা রুপবান্না যমবু চিংনা য়েংনা পাউহংখিএ। হে যম রাজা-ও মতৌকরম্বগী অসুম লাক্লরিবনো হায়না পাউহংববু যম নিংথৌনা পাউখুমলকএ। হে নাউব্রা রুপবানও। লহান তাইবঙ পাল্লিডৈদা য়ারেন খোংখৈতোনবু থিন্দানা বিদ্যা লাইরিক য়েংবদু

---

**লহান তাইবঙ পাল্লিডৈদা—অতুৱৈ মানা তাইবঙ পান্দা মীওইরিডৈদা। কাওরেন—শন। মীশন হুবা—মীগী শন হুনা। বস্ত—পোৎ।**

লাইদা গুরুদা সাধু বৈষ্ণবতা স্বর মুংসা ফংনা রা ভাউবা, শৌচ মুলাথ্বার তৌরিভৈদা বা ভাউবা, শমু হকচাং শেংদনা খোইয়ম লাইবু খুরুম্বা মীবু কুমফীপা কৌবা কুণ্ড অসিদা লাইগী চহী ১০০০০ লাক্লুররগা মপোক লাংওন অমরক্লা শমু হকচাং শেংদনা খোইয়ম লাইবু খুরুম্বা মীদি মমিং তাওনা পোকএ। উজ দা গুরুদা স্বর ফংনা রা ভাউলবদি মরৈ লোমনা পোকলাএ। মরুপ মপ দা স্বর ফংনা রা ভাউবদি স্বর মন্নুংশাবু নমথীনা পোকএ। য়ারেন খোংখৈ থিন্দনা চেংলৌ মমায় তানা বিদ্যা লাইরিক য়েংবদি নৌনা মমিং ভাওএ। মনা পওএ। ময়া তেকনা পোকএ। রা খ শৌচ তৌরিভৈদা বা ভাউবদি মপোক লাংওন অমরক্লা মুংশং লায়থুং থুংনা পোকলাএ ॥ ০ ॥

যম নিংথৌ রায়েনবনা নাউরা রুপবানবু শমু খুৎশম্লনা খয়ুং কুণ্ড অয়াম্ববু মশীংম্বা মিংয়েং শ'নখৈহল্লকএ। হে নাউরা রুপবানও তরা চাকলুক য়ামনা মথেন লুক্কোয় শেমনা শমু মাওদা থানা লামলিবা অসিবু য়েংও। লহান তাইবঙ পাল্লিভৈদা তরা চাথোঙ লাম্বা মীনা মাঙোন্দা তরা চানিববু পীজদে। অমচুং মাধুকুরী ভীক্ষা তরা চানিববু লাকপদা ঐদি তরা খুপুন হুকলিএ হায়না ভীক্ষা হাপখিদে। অতুগী যম ইরৈপাক্তা তরা চাথোঙ

---

লাইরা অতোম তা খমলৌ অয়েং চেংনা—য়ামনা লায়রচুথনা। ময়া শীঙজঙ য়াতানবা—ময়া শীঙজঙগুম্না চাউবা। য়ারেন খোংখৈতোনবু থিন্দামা—ময়া থিন্দানা, মচানময়া শেংদনা। বিদ্যা -লাইরিক, মহৈ। শৌচ মুলাধার তৌরিভৈদা—খোঙ হামলিভৈদা

লামনা লাইগী চহী ১০০ সুনা লাক্লরবগা তাইবও মীনতেন অতোনবা ওইনা চাবা থকপা ফংদনা মপোকলয়ে ॥ ০ ॥

নাউরা রূপবানও মহাক্তি লাইজা ঈখৌ লাংবনা তিল্লাং ঈফা নপলে। লাইজা ঈরিকলাইদি পুল্লাং বোক্তা থোংনা পুরিএ। পীথক্লনা লাকলিবা অসিদি লহান তাইবও পাল্লিউদা লাইজা ঈশিং নিববু পীথক্তে। ঈশিং মফম হংবদা মফম খঙনা তাক্তে। জীব পানবা খৈবিকনা লাইজা ঈথকলিউবু থদরিও মানা তাক্লোকএ। অত্তুগী মাবুস্তুও লাইজা ঈখৌ লাংনা লাইগী চহী ২০০ সুবা লাক্লরবগা মপোক লাংওন অমরক্তা চেংলৌ মশক থী খোময়ম লায়থুং থংনা পোকএ ॥ ০ ॥

হে নাউরা রূপবানও শমু মহকসাংদি নিংথম হৈকোয় চল্লিএ। শমু মকোকথক্তদি খাম্বা মৈ চাউনা পুরিবা অসিদি লহান তাইবও

থি ফাইরিউদা। খোইয়ম-লাই। লাক্লরবগা-ওৎ নৈত্তুনা রাহল্লগা। স্বর মনুংশা—নিংসাস্বর, স্বর হোন্দোক হোঙ্গিন। য়ারেন খোঙৈল থিন্দনা—য়া থিন্দনা, মচিন শেংদনা। রাখি শোচ তৌরিউদা—মনুং অচোবা চঙলিউদা, খোঙ হাম্মিউদা, মথা ফায়রিউদা। লায়থুং—লায়না। তরা—চাক। তরা চাথোঙ লাম্বা মানা—চাক লাম্বা মানা। মাধুকুরা—ভাক্ষা, চাকনিবা। তরা খুৎপুন ছুকলিএ—চাক চারিএ। তাইবও মামভোম—অতোনবা মী। লাইজা ঈখৌ লাংবনা—ঈশিং খোরাংবনা। লাইজা ঈরিক-লাই—ঈশিং। লাইজা ঈখৌলাংবা মী—ঈশিং খোরাংবা মী। লাইজা ঈথকলিউবু—ঈশিং থকলিউদা। মপোক লাংওন অমরক্তা—মপোক অমুক্তা। চেংলৌ মশক থী—মশক থীনা।

পাল্লিঙৈদা মোংবা মরানয়ায়দা খাম্বী মৈ নিরববু লৈনামক লৈতে হায়না মৈ পীদে। অত্তুগী যম ইরৈপাক্তা লাইগী চহী ৩•• সুনা লাক্লরবগা অমরক তাইবঙ পানবদা চরৈ ফিথুংদনা পোকলায়ে॥ • ॥

হে নাউশা রুপবানও কাওরেন শনথী কোমদা ওল্লা থোইনা লাক্লরিবা অসিবু য়েংও। মোমন্নু নুজা লূপনে। লহান তাইবঙ পাল্লিঙৈদা মথংলেনগী সেবাবু নাপা শেন্তানাপী, থংলেন কোল্লোয় ময়াথংবু নমলোল্লবী, মথংলেনবু মমিং খানা য়েংনা ব্রাহলবী মথংলেনবু য়াথং অরাক তননা লাকনা থুমনা ঙাঙলবী, মথংলেনবু খোইয়ম লাইনে নীংদবী, মোমন্নু ফনেক শাহুম ফংনা থংলেন নাক্তা চংলবী, ভনবা সভালক্তা নুজা মরাই লোংনা চংলবী, মথংলেনগী তরা লূকফম থক্তা নূজা খংচুম্বু চোংহনলবী মথংলেন ফল্লুং ফমলাংচাদা মথংলেন লৈতে হায়না শমু মখোঙনা নেংনা কল্লা চংলবা, মথংলেনগী পাতাসোন খুরুম মখোঙনেংপু শমু খোঙনা শোকলবী, য়াব্রা মিরন পাম্বগী মথংলেবু য়াথং থৌশীল্লবী পূকনীং মকিংনাইরবী মথংলেনগী মমাঙগা য়াথং

---

শমু—হকচাং। নিংথম হৈকোয় চল্লিএ—নিংথম চল্লিএ। শমু মকোকথক্তদি—মাগী কোকথক্তদি। খাম্বো—মৈ। মোংবা মরান্-য়ায়দা—ময়ূমদা। চরৈ ফিথুংদনা—শীক্তিল্লবা ফি রাৎনা। কাওরেন—শন। মোমন্নু নুজা—নূপী। মথংলেনগী—মপুরোইবগী, মরাগী। নাপা শেন্তানপী—তাশিন্নদবী। থংলেন-মপুরোইবা। মথংলেনবু—মরা মপুরোইববু। লাকনা থুমনা ঙাঙলবী—লাকথুনা রা ঙাঙলবী। মোমন্নু—নুজা, নূপী। তরা লুকফম থক্তা—চাকলুক মথক্তা। পাতাসোন—খুরুম, খোঙউপ।

অফশাবী, থংলেন উদা মতুংদা মুজা মনীংতমনা চৎলবী, পুকনীং ফিখুপ নাইবী, লৌথেক লৌকোয় চাউবী, মথংলেনগী সেবাবু শাওনা শাওনা সেব থৌগন তৌরবী, অত্তগুম্বা নুপীশিংবু যম কুণ্ড অচৌবা করণথী কৌবা শম্থি কোমদা থাদবা, শম্থি হন্না চৌকপা খাউবা ঙমদা কংপন লাংদা কাজবক্সুণ্ড যমগী তুতনা য়েৈবা খাউবা ঙমদনা লাইগী চহী ১০০০ মাবু লাক্করবগা তাইবঙ মপোক অমরক্কুস্তুঙ য়াওরৌ গাধা শা ওন্থোকপবু ওইনা মপোকলয়ে ॥ ০ ॥

নাউরা রুপবানবু যম নিংথৌ রায়েনবনা যম কুণ্ড ৯০ মাপু সুনা য়েংহল্লবগা রুপবান মথুৎ শয়া যমগী অরাংবা লম পুন্য চেনবা খৈবিকপু মিৎয়েং শানকৈহনগে হায়না রুপবান পুনা কারকপবু পুন্য চেনবা খৈবিক্তো শীঙেঙন লৈয়াম লক তাউজীং হৈকোল্লকতা কনানা রাংলেন পুংখংতৈ কনানা তরেং শেনথীং মনিন নাই বাশী খুংখংথোই, পিনা মুংনৌ খোং, ঈশৈ খোনমান্না তরা অচা রাত্তা চরৈ অয়িন তামদা হরি মিংলেন শোন রাধা মিংলেন ফান্না য়াঙ্গোইরিববু উরবগী নাউরা রুপবান্না

থংলেন উদা মত্তুংদা—মপুরোইবগী তুংদা, মপুরোইবা লৈতবা মতমদা। গাধা শা—লোলা। শীঙেঙন—লৈ। তাউজীং—হৈ। রাংলেন-পুং। রাংলেন পুংখংতৈ-পুংয়েবা। তরেৎ—শেন। ঈশৈ—খোনমান্না—খোন মান্নমা ঈশৈ শক্তুনা। তরা অচা রাৎতা—চানা থক্কবা রাত্তলা। চরৈ অয়িন তামদা—শেৎনা ইন্নবা ফি রাত্তনা। য়াঙ্গোইরিলবু—লৈরিববু।

যম নিংথৌ য়েংনা পাউহংখিএ। হে যম মহারাজ ব্রায়েনবা-ও তাইবঙ মতৌ করম্নো মফম অসি তানফংবনো হায়না পাউহংববু যম নিংথৌনা পাউখুমলকএ। হে নাউব্রা রুপবানও লহান তাইবঙ পাম্লিবৈদা অশোনববু কোনবিবা, পাঙদববু য়োকপিবা চেনববু য়েনখায়হৈবা, শেত্তববু ফি খাইবিবা, পূকনীং অনা লোচদবা, য়াথং অনী হায়দবা খোইয়ম লাইগী থোঙজিন্দা পূকনীং মম য ওনশিনবা, মমা মপা লাই গুরু সাধু বৈষ্ণব উজা পূন্নমাতা ব্যবহার লমচৎ কায়দবা, মীনা হনয়েংদবা, পাম্মু লননিক্কবা, চীংঙু লাইবু উনবী পরৈ চেৎপা, য়ারা মিংন প মদবা, অদুগুম্বা নূপী অদুগুম্বা নীপা অদুগুম্বা অদুশিংনা ফম্বা মফম অসিবু তানফংএ। যম থৈনা য়েংউমদে। অসি খঙনা তানা, উনা, য়াঙ্গোইও হায়না পাওমেল্ল-ৰগা যমবাক্ত রুপবান অনীমক্তো থিংলৌ নীংনা তেরকলে। যম সনা মকাইফমদা ফমফমল্লরবদা অসাই মাঙগী ব্রারম অহানবা রুপবান পাউহংব্রাবু যম নিংনৌ ব্রায়েনবনা নাউবা রুপবানবু য়েংনা ব্রাহমলকএ। হে নাউব্রা রুপবানও নঙনা অসাই পাউহংবা য়াংলৌ লম্মখাঙগী ম্বাবু পাউতাকলক্কে তা-ও। বৈতরনী তবেন অচৌবদা লৈব্বা অজাগর কৌবা কুম্ভিনী লাইরেন লাবনা গর্ভবতী মীরো-ল্লিবদো রুপবান-ও মচানক্তে মুনি তবেংমানা তপস্যা লাইনিংগে

---

শেত্তববু—ফিরোন শেত্তববু। খোইয়ম-লাই। ব্যবহার—লমচৎ। ফম্বী-মফম। তানফংএ—ফংঙও। য়াঙ্গোইও—লৈও। থিংলৌনীংনা তেরকলে-অমুক হল্লকলে। মকাইফমদা—মফমদা। ফমফমল্লররবদা—ফম্মিল্লরবদা। রাহমলকএ—হায়রকএ। ম্বাংলৌ লম্মখাঙগী—লম্বী লমখাঙগী। মীরোল্লিবদো—গর্ভ পুরিবদো, মপুককংলিবদো,

হ'য় ॥ ঈরু শাদেংলিঙৈদা অজাগর মহাকনা য়োংলে। মুনি তরেংমা অদুনা মালা লীকচং থোই হরি মিংলেন শোনববু চৈথেম্প্রবনা খাম্বী মৈবু ওইনা চাকপনে। পল্লেম নমাবু লাইজা রাংমা লাল্লবগা মুনি ৭ মাদু ওথোকহনও। মাগী অরাববু কোক্কদনে। লাইরেন মরনবুসুঙ মুনি মরনকুসুঙ বর লনকু অনামাপু রুপবান নঙনা ফংজোও। অমসুঙ রাইমলক্কে। য়াংলৌ লমখাঙদা প্রিহ'পুর কৌবদা শংন্তভূজ নিংথৌ মমোমলোন ইসালি কন্যা নাংথিবীগী তাঙজা লুরেনতোন্দা ভুমনৌ নাকা ইনা শমলাং ওইনা হৌরিবদো লহান মপোক জন্ম লাংওন অমরক্তসুঙ নিংথৌ মমোমলোনবু ওইনা পোকলমএ। মতা মপিজা মনাইন্নিংগা শাল্লবদা মরূপ মপিজাগী তাঙজা লুরেনতোন্দা খোয়মা নাগীপকপবু মানা উনা তাক্তরে। অদুগী মাঙেন্দা চানা ইবু হৌরবনে। রুপবান নঙনা থৃংনা নাননিঙ। শমলাং ও কদনে। কন্যা মহ বসুঙ রুপবান নঙগী ওমনে। পুদনা পানমরকও। য়াইকংহনে। অমসুঙ য়াংলৌ লমখাঙদা মথোঙ কোনা ওই মশা মীওইরিবা তরেংমাতো বিরাং শাতানবা নিংথৌগী মচা তরেংমানে। মাখোয় তরেং মানা য়াওবা শা তাল্লকপদা বন নুংঙ ইনদী পামেন উখাঙ খাদা

নাউয়াল্লিবনো। তপস্যা—তপভোবা, লাইনিংবা। ঈরু শাম্দেংলিঙৈদা—ঈরুজরিঙৈদা। চৈরেপ্রনা—অরেপ্পা লৈতনা। খাম্বী—মৈ। মরনকু—মথৌজাল। লনকু—বর। নমোমলোন—মচা নুপী তাঙজা লুরেনতোন্দা—মকোক্তা। শমলাং—শম। জন্ম—মপোক, লাংওন। নিংথৌ মমোমলোনবু ওইনা—নিংথৌগী মচা নুপী ওইনা। মপিজা—মরুপ। খোয়মা—নাপী।

বশিষ্ঠ মুনি অথোইবনা তপস্যা ধ্যান লাইনিংলম্বা মমাঙদা য়াওরৌ শক্তি লাবা অমবু মখোয় তরেংমানা তেন্না থা, থাঙনা য়াম্না ফারুববু মুনি চেংলৌ মিংথিৎলবগী মুনি য়াইবী কনহৌনাকনা মীচৈরে। মহা পাপীরেন নখোয় তরেংমাপু কনানো মুনি ঐগী ঈমাঙদা শক্তি থব্রায় হাংপবু বন অসিদা নখোঙ কোনা ওইয়ো নশা তাইবং মী ওইও। নখুং লীরুং পায় তেদোং নমদা পো, চুঙ্গোয় থাঙশাং শুনা ভুং প্রেং ওইনা লৈও হায়না মীচৈ শাপনা কোনা ওইবনে। মুনি সনা মখোঙ খাদা মাখোয় তরেংমানা খুরুমজখিএ। হে মুনি অথোখবা-ও ননাই ইখোয়বু খঙজদরে। মুনি কোল্লোয় নয়াথংদগী মতম কয়া কুইনা কোনা ওইরবগা মুনি নরনকু ব্রাহ্মণ নথৌজান অমতংবু কৃপা থৌজানবিগবনো হায়না খুরুমজরবদা বশিষ্ঠ মুনিরেম্না। নুংশি পুকনীং চংলবগী হে নিংথৌ মচা তরেংমা-ও লাইগী চহী ১০০০ বু কোনা ওইনা লৈরবগা। চম্পক নগর কৌবা লৈপাক্কী চন্দ্রথাজা নিংথৌ মপারি নাউবা রুপযান কৌবা অমনা যম লৈপাক য়েনা মমা থিবা লাকনিএ। রুপবান বৈষ্ণব অতুগী শমু মথুংনা শে কপিরবদা মহাপাপ অগৌববু কোকনা রাজা নরৈপাক তানফংজৌও হায়না লনকু ব্রাবু

---

য়াওরৌ—শা। পামেন—উ। চেংলৌ মিংথিংলবগী উরবগী। য়াইবী কনহৌনিকনা—শাউরতুনা। মীচৈরে—শাপতৌরে। মীচৈ -শাপ। কোল্লোয়—য়াথং। নরনকু—নথৌজান। কৃপা—থৌজান। নিংথৌ মপারি—নিংথৌগী মচানিপা। নাউবা—অঙাং, নাহা। শমু—খুং, হকচাং। রাজা—লৈপাক। তানফংজৌ—কংজৌ।

লৈএ পল্লেম নমা পুনা নরান ওন্দেখিবদা শমু খুৎনা নাম্না মহাপাপ অচৌববু কোকপিরমও। অমসুঙ য়াংলৌ লম্মখাওদা রূপবান নওনা অরা পোখারম্বা পামেন খোংনাংবট হৌরিবদো মুনি লাইনিঙকম ব্রাহ্মণ পোম্বাকবু নত্তে। মকম অতুদা থায়না লৈপাক নিংথৌ পানবা অমা লৈরমএ। রাজ্য লৈপাক অতুবু রাক্ষস হিংচাবনা তুমনা চারকলবদা নিংথৌ স্নায়োয় কোনুংদি রাক্ষস মহাক চঙবা ঙমদনা মতম কুমশাং য়ামনা থাওববু ঙমদনা নিংথৌ মপান থোকনা রাক্ষসনা চাখিরে। নিংথৌ মাগী হি ওই য়াইওইবা সনা কপা পুম্মনাপু কুমলবগা খোংনাংবটমাবু থারম্বনে। য়ারা লনয়াম অতুবু রূপবান নওগী ওইয়ো তম্বনে। ফুক্তনা লৌজখো হায়না পাওমেনববু নাউরা রূপবান্না অমরক পাউহংখিএ। হে যমরাজ রায়েনবা-ও নিংথৌ কোল্লোয় নপাউতাকপু নাউরা রূপবান এনা উনবী পুকনীং চিংনববু লৈরিএ। রাজা নিংথৌ য়োইকোনুংদি রাক্ষস মহাকসুঙ করম চঙঙমদবনো? নিংথৌ মহাকসুঙ মতৌ করম মপান থোকনা রাক্ষসপু চাহনবনো? নাউরা রূপবাননা তাজনিংএ হায়না পাউহংববু যম নিংথৌ রায়েনবনা পাওমেল্লকএ। হে নাউরা রূপবান-ও! কোল্লোয় "পাউহংববু মুংঙাইএ। রারী চিংখফদবা পাউতম কিশি থমফদববু ভক্ত নরমচৎনে, বৈষ্ণব নহৌশানে। নিংথৌ মাগী য়োয়কোনুংদি রাক্ষস মানা চঙবা

---

নরান ওন্দে খিবদা-নয়ুমদা হনখিবদা। য়াংলৌ-লখী। পামেন-উ। রাজ্য—লৈপাক। তুম-লোইনা। কুমশাঙ-চহী মশীং। কোল্লোয় নপাউতাকপু—নয়াথংবু। উনবী—পুকনীং।

ঙমদবদি প্রজা পূন্নমা তুমলবদা নিংথৌ পরিকর চিথেক মরিমাত্রা শ্বেতচামর অঙৌববু য়াল্লিএ। চামর গুণ অরুবনা রাক্ষস মাবু চঙঙমদে। খোইয়ম বিধি নোংদম্বা চৌংঙ্ বিধাতা রায়েন খোন্নদি নিংথৌ মহাকপু হিংচাবনা চারো তম্বনিগীনা চৌঙঙ্ নোংদমখোন্দি খোয়মা লমচাইকদবগী নিংথৌ পায়মা উনগোয়নুংদা নাঙথল্লকএ। নিংথৌ ইমান্নবগী মসাইকোনবু তান্না চেল্লগে হায়না চেল্লকপবু য়াংলৌ লম্মখাঙদা রাক্ষসনা ফানা চাখিরে। হে নাউরা রুপবান নিংথৌ মহাক্কো য়োয়কোম্নুংগী লেঙদ্রবসুঙ শিরোইএ। চেল্লবসুঙ শ্বেত চামরবু পুনা চেল্লবদি শিরোইএ। চাঙঙ্ বিধি মথৌথাদি কনানং ঙ খেংপা ঙমদে। হে নাউরা রুপবান-ও। শ্বেত চামর অঙৌববু হেন্না গুণ চাউবা অমা লৈতে। নমু তাইবঙ মীং ইরিবা খৈবিকনা শ্বেত চামর অঙৌববু পরিকোর ইংখোন চিথেক মরিম তা মোংব। য়ূমজি মরিমক্তা থমজরবা শমু হক্তা পকচরবদি হিংচা য়াইতম পূন্নমাপু চঙবা ঙমদবনে। অমসুং য়াংলৌ লম্মখাঙ নাউরা নঙনা লমদনবা রুপবান নঙনা য়ায়রেকপা কাঞ্চন নগর কৌবা বীরসিংহ নিংথৌগী সনা লৈপাক্তা ব্রহ্মরাক্ষস হিংচাববু নঙনা হাংলম্বদো লহান লাংওন মপোক অমদা রুপবান নঙবু রাক্ষসনা হাংখিএ। অতুগী

---

পরিকর—ইংথোল। শ্বেত—অঙৌবা। খোইয়ম—লাই। বিধি—বিধাতা। চৌংঙ্ নোংদমখোন্দি—লাইগী নোদমদি। নিংথৌ পায়মা উনগোয়নুংদা—নিংথৌগী পুকনিংদা। মশাইকোন-মরম। য়াংলৌ লম্মখাঙদা—লম্বীদা। য়োয় কোম্নুংগী—সনা কোম্নুংদগী। শ্বেত চামর—চামর অঙৌবা। মোংবা—য়ূম। লহান লাংওন মপোক অমদা—নহানমুক্কী মপোক অমদা। রাক্ষস য়ারেন

হৌজিক মাবু নণ্ডনা হাংলবনে। রাক্ষস য়ারেন খোংচিনুংগী খোকলকপী যুবতী নীংথিবীদো রূপবান নণ্ডগী লাইনা তম্বনে। বারসিংহ নিংথৌ মমোমলোন হেমলতা কৌবী কন্যা নীংথিবীস্তু রূপবান নঙগীদমকপু খোইয়ম লাইনা তম্বনে। খোয়মা লমচায়ফরোইএ। পল্লেম নমা মহারাণী রূপধাতৃ কৌবাগা তাল্লোয় কন্যা নীংথিবী অহুম্মাগা পুনা তাইবঙ ওন্দেখিও। মাল্লং হনরাইখিও হায়না পাওমনবযু নাউব্রা রূপবান্না অমরক হন্না পাউহংখিএ। হে ধর্ম্মরাজ রায়েনবা-ও ধর্ম্ম কোল্লোয় নপ'উতাকপু নাউব্রা রূপবার্ন ঐনা খণ্ডমদবা উনবী পুকনাং চিংনবা অমবু লৈখিরিএ। কাঞ্চন নগরদা রাক্ষস মহাকনা লহান মপোক অমরক্তা রূপবান ঐবু হাংলে হায়ববু মতৌ বরম হাংখিবনো নাত.জনিংএ হায়না পাউহংববু যম মহারাজ রায়েনবনা পাউখুমলকএ। হে নাউব্রা রূপবানও। বৈষ্ণব কোল্লোয় নয়'থংবু যম ঐবু উনবী পিবুকমুং হরাউথোইএ। ভক্ত নরমংেনে। বৈষ্ণব নহৌশানে রারা মখাক থমফদা, পাউদম কিশি লাইফদনা পাউহংলকপা অসিবু যম ঐ মুংডাইএ। বৈষ্ণব কোল্লোয় নয়াথংবু কোরৌ নোংদা কাফরোই, মাল্লেম লৈদা তাফরোইএ। রারী কিশি থোক

---

খোংচি মুংগী—হিংচাবগী ময়াদগী। যুবতী—নূপী। মমোমলোন—মচানূপী। খোয়মা লমচায়ফরোইএ-খেংপা য়ারোই, থোক্তবা য়ারোই। তাল্লোয়—মতু। তাইবঙ ওন্দেখিও মাল্লং হনরাইখিও—তাইবংপান্দা অমুক হনখো। ধর্ম্মরাজ-যম নিংথৌ। খণ্ডমদবা খণ্ডদবা। উনবী পিবুকমুং—ইপুকনীংদা। মখাক—মপুং নত্তবা।

পাউদম মখাক নাইদনা পাউদমলকে। উনবী পূকনীং পীনা না তা-ও। ব্রহ্ম রাক্ষস মহাকনা লহান মপোক অমরক্তা রাজা নিংথৌ ওইনা পোকলমএ। নাউব্রা রূপবান নহাকনা ব্রাহ্মণ লায়রবগী মচা ওইনা পোকলম্মে। রাক্ষস নিংথৌ মরৈপাক্তো লাংহৈ চহী তরেং শুনা নোংলেন ঈতাদ্রবগী ঋতু ঈনিংহুন্দরে। শীঙেঙন লৈপানাশি, তাউজোং হৈপান কং, থাঙায় চাহৈ হাম্, লোইমোম ফৌপান হৌওমদা, লাইজ ঈখৌ লাংবনা কাওরেন ষনয়াম শি, নমু মীয়াম মাওকে তৌগুমলবগী নিংথৌ মদাইরেম গণন্তা খেনহৈবনা লাইরিক পূকনীং মিংকা, চেঙমিং শেন মং পূম্নমা, লাইপাক্ত তীনপাউ পুম্নমাতা ব্রাহ্মণ মচা অমা হাংনা নোংলেন লাইজা ঈনিও হায়না পাউতাকলবদা পাত্রমন্ত্রি লেংনা তিন্না নিংথৌ মমাঙ সংসঙবদা মন্ত্র রাতানবনু ব্রাহ্মণ কনানস্থ ইচা হাংও হায়ওমদে। নিংথৌ কোল্লোয় ময়াথংস্থুও নমঙমদ্রবগী রাজা নিংথৌরেন্না রাহম্খিএ। হে পাত্র লৈপাক কোইবা অঙম্বশিংও। য়ান্বা লনয়াম পুনা দেশ লৈপাক লান্না বামোন মচা থিকও হায়না পাওমেন খোনগী নিংথৌ মদাইরেম

---

উনবী পূকনীং পীনা—পূকনীং চঙনা। লাংহৈ—চহী। নোংলেন ঈতাদ্রবগী-নোংতাদ্রবগী। শীঙেঙন—লৈ। লৈপান-লৈ পান্দোং। তাউজোং—হৈ। থাঙয়ি—ফৌ। লোইমোম—ফৌ। ফৌ পান—ফৌ পাম্বী, ফৌ পান্দোং। লাইজা ঈখৌ লাংবনা—ঈশিং খৌরাংবনা। কাওরেন—শন। নিংথৌ মদাইরেম-নিংথৌ মনাই। গণন্তা খেনহৈবা—পাঞ্জি। লৈপাক কোইবা—লৈপাক্কী অঙম্বা

রুঙম্বা শিংনা তাঙ্গা লনয়াম পু, দেশ লৈপাক লান্না থিরকপকু রূপবান নঙবু কংলয়ে। নাউম্বা নঙবু পোকপা ব্রাহ্মণ নমা নপাদো মচা য়ামনা পোকএ। লায়রা অতোন তা খমলৌ অয়েং চেংএ। পাত্র অঙম্বশিংত্তুনা খোয়বুং মরৌ চাউনা পাওমেল্লাএ। হে কঙ্গা ব্রাহ্মণ অথোইবা-ও। রাজ্য ইরৈপাক্তো ব্রাহ্মণ অমতা লৈতরে। ঠাকুর নাবালক অসিবু লৈপাক ঐথোয়গী গুরু ওইহনগে টৌঙঙু লাইরিক তম্বনগে। য়ারা লনয়াম অসি পীরমগে মতুংদসু অতংপা লৈতনা য়ারা লনয়াম পীগে হায়না পাওমেনবু ব্রাহ্মণ নমা মপা অনীমানা হকনা কবা রানে। ব্রাহ্মণ ইচা অসিনা লৈপাক পানবা অমগী রাজগুরু ওইরবদি শ্রীকৃষ্ণ সা মখোঙথাদা উনবী পুকনীং থুংনা কচ্চবু ঙমলডৌনে হায়না পীরকলবদা রাজ্য মরৈপাকপু য়ৌরবঙ্গা রাজা নি থৌ মহাকনা ব্রাহ্মণ মচা হাংও হায়রবগী শগাই মথোন তরেং শানা ব্রাহ্মণ মচা থাঙ্গংলে। নিংথৌ লানমী মীহাৎপনা বামোন মাঙদা লেপনা থাংলেন মখুৎশুবু কোরৌ নোংদা হাইগংলে। ব্রাহ্মা য় নগে তৌগুমলদা ব্রাহ্মণ মচানা হকনা উনবা নীঙখল্লকএ। ব্রাহ্মণ মচা ঐবু লৈপাকী গুরু ওইহনগে হায়বদি কপোত লৌনমলবনে ঐবু হাংকে হায়রনে। চৌথিক মতম

---

পাত্র—মন্ত্রি। তাঙ্গা—শেন। লায়রা অতোন তা খমলৌ অয়েং চেংএ—য়ামনা লায়রা চুথে, য়ামনা নংএ। খোয়বুং মরৌ চাউনা—লৌনম তৌনা। য়ারা—লন, শেন। হকনা—য়ামনা। উনবী পুকনীং থুংনা—পুকনীংনা নীংবা মতুংইন্না।

থাংলেন—থাঙশাং। কোরৌ নোংদা—অতিয়াদা। য়ানগে তৌগুমলবদা—কক্কে হায়না তৌরকলবদা। উনবী নীঙখল্লকে —

অসিদা ঐ চেন্দনসুঙ য়ায়রোইএ। শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোঙথানা তম্বনে। ইমা হায়বা লৈতে। ইপা হায়বা লৈতে। হরি নঙনা ইমানে। হরি নঙনা ইপানে। শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মনাই মহা পাপীরেন ব্রাহ্মণ মচা ঐবু দেশ লৈপাক লান্না নমু মীখুৎপাক্তা নোংমনও হায়না তম্নকলবরা? ননাই পাপ চেনবা ঐবু লৌবিরো হে কৃষ্ণ ইবুংঙো। ননাই ব্রাহ্মণ মচা পাপ চেনবা ঐবু সনা নখোঙ-খাদা চিংশিনবিও হায়না মিৎকোয় লাইজা ঈফম তাউ প্রেন চাইজি ঈচেন্না শ্রীবৃন্দাবনবু চিংনা য়েং শ্রীকৃষ্ণ সনা খূয়ারেন অনীমাপু উনবী পরৈ চেংনা কোয়া ধ্যান পুকনীং অরেম্নবু শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা উরবগী। লৈরোন নোংলোন অহন্নাকি মবুঙো মনাই বৈষ্ণবনা খুতুম চল্লিবা অশোনবগী পাঙ্গন ওইবিবা, পাণ্ডবগী মীচঙ চঙবা, হরি লায়য়িংথৌনা মনাই থরায় কনগে হায়বগী নোং পানলা মরিমাপু থৌশীরকলবগা ব্রাহ্মণ হাৎকে হায়বা লৈপাক অত্তদা নোংলেন য়াংকোক মরম তাববু খংলবগা অহিং তরেৎ নোংখিন তরেৎ হাঙদনা পুন্নাং লাইজা ঈ হৈথগুম চুনা লাইজা ত্রং থোকলবগী বামোন মচা হাক্তরে।

---

মপুকনোংদা খল্লকলে। কপোত—লৌনম তৌবা, মরৌ তৌবা। মহা পাপীরেন—পাপ চেনবা। মীখুৎপাক্তা—মীগী খুবাক্তা। নোংমনও—পিও। মিৎকোয় লাইজা ঈফম তাউ প্রেম চাইজি ঈচেন্না—মমিত্তা মপি তরং তরং চেন্না মপি শিন্দ্রনা।

থৌশীরকলবগা—পাখোন শীরকলগা। নোংলেন—নোংজাউ। পুন্নাং লাইজা ঈ হৈথগুম—পুন্দগী ঈশিং হৈথবগুম। লাইজা

ধন লনয়াম পীনা মরান ওন্দেহল্লে। ব্রাহ্মণ নওবন্ হাংও নিংথৌ মচাম্না হায়বদো অহাংপগা মাইন্নেএ। বামোন হাংও হায়বা পাপ অত্তুনা রাজা নিংথৌ মহাকনা রাক্ষস হিংচাবা ওইনা পোকলয়ে। ব্রাহ্মণ মচা নহাকনা রাজা নিংথৌমচা ওইনা পোকলয়ে। লহানসুঙ কোল্লোয় ময়াথংনা নওবন্ হাংলে। হৃদক মপোক অসিদা শ্লোক অর্থ অরুবা কোল্লোয় নয়াথংদা রাক্ষস মানা থীররিবা অসিনে হে রুপবান মহা বৈষ্ণবও নমু তাইবও মাওইহনদি মানা তৌজবা মানা মফংএ। ঐনা তৌজবনা ঐনা ফংবনে। কর্মগী মথা পোম্না লৈবনে। তৌজ কর্ম মহুমনবু মবম সুনা মিংয়েং শানকৈও যম ঐগী মথা থংবা কুণ্ডদা লাক্করিবা ময়াম অসিনা নমু মিরন পাম্বা মীনে। যম ঐগী নোংচুপ থংবা কুণ্ডদা লাক্করিবা ময়াম অসিনা কর্ম অরানবা চেপ মীনে। যম ঐগী নোংপোক থংবদা লৈবা তনবা মরাই লোংনা পাল্লিবা মীয়াম অসিদি লানফম থুকম তমথীবনা তনবা মমায় ওন্দনা নোংমল্লকলবা মীনে। যম ঐগী অরাং থংবদা হরি কোল্লোয় শোন, নুংঙাই

---

তরও খোকলবগী—ঈশিংগী ঈশিংওাক্তা ভায়রবগী। ধন—শেন, লন। নরান ওন্দেহল্লে—নমুমদা হুনহল্লে। পাপ—ফত্তবগী মহৈ। লহানসুঙ—অতুঙদসু। কোল্লোয়—য়াথং। কর্মগী—তৌরু তৌরুবা থবক্কী। মিংয়েং শানকৈও—য়েংও। নমু মিরন পাম্বা—মীগী লন থুম পাম্বা। তনবা মরায় লোংনা পাল্লিবা—মল্লার: হাইগৎনা লৈরিবা নিপাশিং। নোংমল্লকলবা—শিরকলনা। হরি

মরাং কায়না য়াংগোইরিবা অসিনা ভোজ কর্ম্ম অফবা মীনে হায়না পাওমেন্নরবদা যম রাজা বায়েনবনা পাওমেল্লকএ। হে রূপধাতৃ মহারানীও নপারি পোকচমনগী অমনশীকুম্লবব্ অমরক তাইবও ওন্দেবা মাল্লং হনহাইবব্ খম্লাংপা রারাহুও তারক্লে। ইরেংপু রাগিসুও খওলক্লে। মণ্ডলমংংসুও লৈত্তরিএ। তুংলম ওসুও লাকলরোইএ। ভোজ কর্ম্ম মহৈমনগী নপারি ঙাইরোয়ননা তাইবও হনরাইখিরো, মাল্লং ওন্দেখিরো। হে নাউরা রূপবানও ভক্ত নরমচং নাংখিবা বৈষ্ণব রাহায় অফবা, ধর্ম্ম উনবী অরেম্বনা পল্লেম খম্নং লংওনখিরবু অমরক হন্না তানফংলে। পল্লেম ঙাইরোয়ননা তাইবও ওন্দেখিরো, মাল্লং হনরাইখিরো। যম লৈপাক্তা নাউরা বৈষ্ণব মহাকনা কুইনা শাংনা লৈরবদি মহাপাপী অয়াম্বু উম্না কোকখিদৈনে হায়না পাওমেনবদা রূপধাতৃ রূপবান মমা মচা অনীমানা যম রাজ সনা মখোংগী খাবু দণ্ডবৎ মাল্লেম লৈদনা পকনা হনা হন্না পুক্নমলবদা যম নিংথৌ বায়েনবনা হে রূপধাতৃ রূপবানও যম ইরনকুদগী

---

কোল্লোয়শোন—হরিগী সিংলেন শোনবা। য়াংগোইরিবা—লৈরিবা। অমনশীকুমলববু—শিরকলববু। তাইবও ওন্দেবা মাল্লং হনরাইবা—তাইবগী পানবদা অমুক হনবা। খম্লাং—ইপা। ইরেং—ইপু। নপারি ঙাইরোয়ননা—নচা নিপাগা লোয়ননা। উনবী—পুক্নাং। খম্নং লংওন খিরবু—শিংবু। তানফংলে—ফংলে। পল্লেম ঙাইরোয়ননা—মমাগা লায়নেনা। ওন্দেখিরো—হনখু। হনরাইখিরো—হনখু।

অমন শীংদা চন্দনা নপারি নাউয়োকনা পল্লেম লাংগোন্না মুংঙাই মরাং কায়না পাল্লুরো হায়না বর লনকুরকলবগা পল্লেম মমা মচা অনীমত্তি যম সনা মথোঙখাগি যাত্রা খোঙশাল্লকলে হায়দবরা ?

পল্লেম মমা মচা অনীমত্তি যম থোঙলোন মাপনমাপু লাল্লকপগী মখৈবু অমম শিফা উপলবনা শমু খোঙখাংখল্লু উত্রবগী পল্লেম খূৎশম্না পারি লাংগোন্নবা মীকপলকলে। হে কৃষ্ণ ইবুংঙো হরি নরনকুদগী পল্লেম ইমা ফংজরে। তৌইগুম তাইবঙ লম্বী খঙদরে হায়না হরি শোনবা ধ্বনীবু যম নিংথৌ রায়েনবনা নাতারবগী যম স্নামখোঙ হৌনা চেপ্পোকলকলে। হে নাউরা রূপবানও যম ঐ খঙহৌদরে। লমলেন ঐনা চিংগে হায়না বৈতরণী তুরেন য়োনা থিন্না পাউকৌরকলে। হে অজাগর কুম্ভিণীও নঙ লাউও হায়না পাউ কৌরবগা পল্লেম মমা মচা অসিবু লাইজা ঈরানবিও হায়না শমু খূৎশিন্নরমলবগা যম থিংলৌ নীংনা তেনা হনবাইখিরে হায়দবরা ? অজাগর কুম্ভিণীনা পাওমেল্লকএ। হে ভক্ত রূপবানও! পল্লেম নমা নচা অনীমাপু কুম্ভিণী ইনমথক্তা তোংলরো হায়না তাউখৎলকপবু অচাউপাইপুলোন শাংবা লম্বু খুং

---

পুরুমলবদা—খুরুমলবদা। ইরনকুদগী—ঐগী থোজান্দগী, ঐগী বরদগী। যাত্রা খোঙশাল্লকলে—খোঙশাল্লকলে। শিফা—লৈচিন। মীকপলকলে-কপলকলে। ধ্বনীবু—খোঞ্জেনবু। লমলেন-লমবেন, লম্বী। পাউকৌরকলে—কৌরকলে। লাইজা ঈরানবিও—ঈশিং লানবিও। থিংলৌ নীংনা তেনা হনবাইখিরে—অমুক হন্না হনদে। ইনমথক্তা-ঐগী নঙন মথক্তা। তাউখৎলকলবগা-তাউখৎলকলগা।

লাইরেন নময়াঙ থকনা রাংলেন পুংচা অহুম পাক য়ুথক মগি শাংনা তাউখৎলকলবগা পল্লেম মমা মচা অনীমাপু চাংজৌ লৈরাইথক্কা কারবদা অজাগর কুন্তিণীনা পাউহংলকএ। হে রুপবান মহা বৈষ্ণব অথোইবাও লাইরেন কোল্লোয় ইপাউমেনবু মুংঙোন পাউত্তাকপিও হায়না পাউ হংলবদা নাউরা রুপবান্না রাহমলকএ। হে অজাগর লাইরেন অচৌবা-ও কুন্তিণী পায়মা পিবুকমুংদা মুনি অরেং লৈএ। ওথোকও হায়না পাওমেনববু নাতারবগী কুন্তিণীনা অনৌবা অমরক পাউহংখিএ। হে ভক্ত রুপবানও কুন্তিনী ইপুকমুংদা মুনি মখোয়মুঙ মতৌ করম্বন। কুন্তিনী ইপুক-মুংদা চঙখিবনো তাজনিংএ হায়না পাউহংলবদা রুপবান্না পাউখুমখিএ। হে অজাগর কুন্তিনীও মুনি তরেংমানা তপস্যা লাইনিঙ্গে হায়বগী ঈরুশান্দেংলিঙৈদা অজাগর নওনা য়োংখিরে। মুনি ওরেংমতুনা মালা লীকচৎ থোই হরি মিংলেন শোনবনা খাম্বী মৈবু ওইনা চাকলবনে হায়না পাওমেল্লবদা কুন্তনী লাইরেন অচৌবনা তুরেন চাংজৌ থক্তা মুনি তরেংমাপু ওথোকলবদা কুন্তিনী অরাবা কোকলে। রুপবানবু চিংনা য়েংনা পাউমেনখিএ।

---

চাংজৌ—লৈরাই। রাহমলকএ—হায়রকএ। পায়মা পিবুকমুংদা—পুকমমুংদা। তপস্যা—লাইনিংবা। ঈরু শান্দেংলিঙৈদা—ঈরুজরিঙৈদা, স্নানতৌরিঙৈদা। মালা লাকচং—মালাগী লীক চৎপা। মিংলেন—অথোইবা মিং। খাম্বা—মৈ। তুরেন চাংজৌ থক্তা—তুরেনগী তোর্ব্বান মথক্তা।

হে বৈষ্ণব রূপবানও। পঙ্খৌ পল্লেম অনীমাকী সেবা মতম কুইনা ফংনা মুংঙাই মরাংকায়না পাল্লো হায়না বর লনকুরমলবগা ঈরোম্নুংদা লুপথখিরে হায়দবরা? মুনি তরেৎমহুঙ দুঃখ তাবা কোকনবগী রূপবানবু য়েংনা পাওমেল্লকএ। হে নাউরা বৈষ্ণব অথোইবা ভক্ত রূপবানও মুনি ঐখোয়গী বর ইরনকুদগী লাইগী হৌ ১০০০ বু পঙ্খৌ পল্লেম অনীমাগী সেবা ফংনা পানও। রাজ ফম মুঙাই মখে লৈতনা পাল্লো হায়না লনকুরবদা পল্লেম মমা মচা অনীমানা মুনি তরেৎপাবু দণ্ডবৎ মাল্লেম লৈদা পকনা পুকুমলবগা শমু মমায় অরাং ওন্না মুন মখোঙখাগী যাত্রা খোঙশাল্লকপবু প্রিহপুব লৈপাক মুংঙাইবা শান্তভুজ নিংথৌনা নাউ॥। রূপবানগী ভক্ত গুণ অচৌববু তারবগী হৈরাংয়োয়থোন পৈ, তাউজাং থেনমায় লাং, শাঙেন নাংথিবা, লৈরাং চুনবগা লনওকলমলে। নিংথৌ সনায়োয় কোন্নুংদা পুশিল্লবগা হৈরিফিদা থা, ফিজৌ থাখল্লনা ফমফমহল্লবগা য়াথং শাঙেৎল লৈথোল্লনা রাহনখিএ। হে ভক্ত রূপবান-ও নিংথৌ ইমোমলোন ইসালি কন্যা অসিবু মহা পাপচেল্লবীনে। মহাপাপ অথোইবহুঙ কোকপিও।

---

পঙ্খৌ পল্লেম অনীমাকি—মপা মমা অনাগী। লনকুরমলবগা—বর পীরমলগা। ইরোম্নুংদা—ঈশং মনুংদা। দুঃখ—অরাবা। ইরনকুদগী—বরদগী ইথৌজান্দগী। পঙ্খৌ পল্লেম অনীমাগী—নমা নপা অনাগী। ফম্বান ফম—ফম্বান তোংতুনা, নিংথৌ ওইতুনা। লনকুরবদা-বর পীরবদা। পুকমলবগা-খুরুমলবগা। খোঙশাল্লকপবু—যাত্রা তৌরকপবু। হৈরাঙ য়োয়থোনপৈ, তাউজাং থেনমায় লাংনা—হৈ নিংথিবা ময়াম পৈতুনা। শাঙেন নাংথিবা—ফজ ফজবা লৈ।

শমু মহক পূম্নমাপু ইবুংঙো ননাই ওইবিও হায়না ব্রাহ্মণ লেংনা তিন পোংলোই মশীংস্থ বেদ মন্ত্র শোন্না কৎলবগী নাউব্রা রুপবান্না ইসালি তাঙজা লুরেন তোন্দা হে কন্যা নীংথিবীও মহা পাপ অচৌববু শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোঙখানা কোকপিরম্লনো হায়না শমু খুৎনা নাল্লবদা ইসাল তাঙজা লুরেন তোনগী চানা তুমলৌ ইত্রবু শনলাং ওইনা ওল্লকলবদা শান্তভুজ নিংথৌম্লঙ প্রজা লৈপাক পূম্নমাস্থঙ ব্রাহ্মণ লেংনা তিনবস্থঙ, উনবা পুকনীং ঙক, খোইয়ম মশানলোম্নে হায়না হাইহৎ লৈমায় তুনা খুরুমনরে হায়দবরা ? নাউব্রা রুপবানস্থঙ দণ্ডবৎ লৈদা পকনা ওল্লবদা শান্তভূজ নিংথৌনা মমোম ইসালিবু কাওরেন শনয়ান উন, তয়ম নাসীল্লোম্না বিবাহ লুহোংঙথৌবু লোইরবগা ঢুলাই লেংদম শানা কচ্চববু রুপধাতৃ মহারণীনা পাওমেল্লকএ। হে শান্তভুজ মহারাজও নিংথৌ নমান্নবা ঐগী ইবুংঙো চন্দ্রধ্বাজ নিংথৌগী সনা মখোঙখাবু উদরিবা মখৈস্থ হৈরাঙ য়োয়থোন তংলোইএ। নিংথৌ পুকনীং ব্রাবৌগুনো হায়না পাওমেল্লবগা নিংথৌ সনা মরৈপাক্কী যাত্রা

---

লমওকলমলে—ওকলম্নে। চরৈ—ফি। ইমোমলোন—ইচানুপী। তাংজ লুরেন তোন্দা—মকোক্ত। শমু খুৎনা নাল্লবদা—মখুৎনা শাৎ শাৎ নাল্লবদা। শমলাং—শম। উনবা পুকনাং ঙক—মপুকনীংদা ইঙক ঙক্কুনা। খোইয়ম—লাই। মশানলোম্নে—লাংওম্নে। লৈদা—লৈপাক্তা। কাওরেন-শন। বিবাহ-লুহোংবা। পুকনীং ব্রাবৌগুনো—মপুকনীংবা নুঙাইতবা তৌবিগনু। নিংথৌ সনা মরৈপাক্কী—নিংথৌ অতুগী লৈপাক্তগী।

খোঙশাল্লকলে । শান্তভুজ নিংথৌন্নুঙ প্রজা নৈপাকনা স্নাংলৌ লমতুপম্নাবু খিন্না হনব্রাইহৌরে হায়দবরা ?

নাউব্রা রূপবান্দি পল্লেম মমা ভাইরোয়না কম্বা মশানৌবু পুনা মমায় অৱাং পাংনা, চৎলকপবু বশিষ্ঠ মুনি লাইনীংকম কোনা পাশী তরেৎকী পামেন উখোঙ খা মুংভাইববু য়োৌরবদা নাউব্রা রূপবান্না কোনা উখোঙখাদা চঙনা হে বিরাট নিংথৌ মচা তরেংমা-ও মহা পাপ অচৌববু শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোঙখানা কোকপিরম্নুনো হায়না রূপবান শমু মখূৎনা শোকনা নানবিরবদা নিংথৌ মচা তরেংনাপু নমু তাইবঙ মী ওইনা চোংথোকলকল্লবগা নাউব্রা রূপবানবু হে মহাবৈষ্ণব অথোইবা-ও ৱায়ব্রা শাথোঙ অৱস্থা হুয়েন লাম্বোঙ অচৌবদা নাউব্রা নমাঙথাঙদববু শ্রীকৃষ্ণ স্নামখোঙখানা লনকুরম্নুনো হায়না বর লনকুবিরমলবগা দেশ মরৈবাকপু ইন্দানখিরে হায়দবরা ?

নাউব্রা রূপবানম্নুঙ মমা মশানৌ পুনা মমায় অৱাং লাইনা পাংনা অহিং খোমলেন তুমগন্দা মুংখিন অৱা পোথাদনা চৎলকপবু সনা চংলৈরেম্বা লুপা পুংবু পৈবা পামেন খোংনাং মখোঙখাবু

---

স্নাংলৌ—লম্বী। লমতুপম্নাবু—লম্বী মতেক অমবু। ভাইরোয়ননা—লোয়ননা। মশানৌবু—মতুবু, মাশী তাল্লোয়বু। পামেন—উ। শমু মখূৎনা—মাগী খূৎনা। নমু তাইবঙ মীবু ওইনা—মী ওইনা। ৱায়ৱা—শা। হুয়েন—লান। মরৈবাকপু ইন্দানখিরে—মরৈবাক য়োৌনবা চৎখ্রে। অৱাং লাইনা পাংনা—মমায় অৱাং ওন্না। অহিং খোমলেন তুমদনা—অহিং তুমদনা। সনা পুংবুরেম্বা

য়ৌরবদা নাউব্রা রূপবান্না পাওমেল্লকএ। হে পল্লেম ইবেম্মাও পামেন উখোঙখা মুংঙাইবা অসিদা ঙাইহক অৱাপোখাবিও। নপারি ঐবু যম কোল্লোয় মপাউতাকপু সাক্ষী ৱাচুম য়েংজখিগে হায়না মনাই অয়াম্ববু শমু খুৎনা থিন্না তাকনা থাওয়ি লৈতংক্কেন মাল্লেম লৈকন তৌনা য়েংববু সনা পুংবুরেম লুপা থেনমায়লাংনা লৈরমলবগী মনাই মীপুম হাওদনা সনা পাবোৎ শেম, লুপা শাচম্পুনা পল্লেম ঙাইরোয়না মশানৌ ইসালি কন্যা নীংথিবীবু পুনা মমায় অৱাং পাংনা চৎলকলবদা লহান য়াংলৌ লমদনফম ইমুংকৌবা য়ায়রেকফম কাঞ্চন নগর লৈপাক্তা নাউব্রা রূপবান্না যম মপুংয়ায়দগী পল্লেম মমা পুনা হল্লকলে হায়ববু নাতারবগী প্রজা লৈপাক পুমনা হূপ যুবতী কন্যা নীংথিবীসুও বীরসিংহ নিংথৌসুও হৈরাও অথুম খন, তাউজীং অমুন য়েং, শীঙেঙন চূনবগা তাউজীং লুকমায় অথেনপোৎপু পুনা নোংমা য়ুম্নাও লম্বী চৎনা লমওকলমলে। রাক্ষস য়ারেন খোংচি মুংগী থোকলকপা যুবতী কন্যা নীংথিবীদি রূপবানগী চেংলৌ চিংনা য়েং রূপথাতৃ

---

লুপা চংলৈরেম্বা লুপা পুংবু পৈবা—সনা লুপা মপৈ মপৈ পৈত্তুমা লৈবা লৈপুং। ঙাইহক—মতম থরদং, ঙাহাক্কুং। সনা পুংবুরেম লুপা থেনমায় লাংনা লৈরমলবগী—সনা লুপা মপৈ মপৈ য়ামনা লৈরম্মবগী সনা পাপোৎ শেম লুপা শাচম পুনা—সনা লুপা পাবোৎ শেমত্তুনা শাজম নাত্তুনা পুত্তুনা। য়াংলৌ লমদনফম—লম্বীদা তন্দুনা লৈরকখিবা মফম। ইমুং কৌবা য়ায়রেকফম—অহিং লেক্তুনা লৈরকখিবা মফম। মপুংয়ায়দগী—মৃত্যুশয্যা। তাউজীং লুকমায় অথেনপোৎপু পুনা—লুকমায়দা

মহার ণীগী সনা মখোঙ খাদা মিংকোয় লাইজা ঈফম তাউ প্রেম চাইজি ঈঢেন্না খোঙবী লৈখৈ পায়না খুকমজরবদা রুপধাতৃ মহারাণীনা হে ইমোম ইহুয়রোয় চাউদবীও ইপারি পোক:মনগী থম্মং মপুংয়ায় শৰা মকোনখঙী নমান ঐবু ওন্দে হনৱাইরকলে হায়না লোকলৌ সানা কোন্না য়োয়চানবিরবদা বীরসিংহ নিংথৌনা চোঙলেন ইঞ্জম খান্না নিংথৌ স্নায়োয় কোনুংদা পুশিল্লবগা চৈরৈ ফীজঙ লৈনা খন, ফীনৌ থাখন্না ফিদা লৈকোয় পাকনা থানা ফমফমহল্লবগা মমোম হেমলতা কৌবীবু শমু খৃজেং পায়না রুপবান সনামখোঙখাদ' কৎলবদা কাওরেন শনশীঙ থীঙমদা তয়ম নাইপুম পাঙমদা ধন লনয়াম উন্না কন্যা অনীমাপু বিবাহ লুহোং থৌবু লোইরবদা বীরসিংহ নিংথৌনা খোঙলোয় পাউগা শীনা চম্পক নগর নিংথৌদা রুপধাতৃ অমনশীহনৱাপু পাউ তাহল্লবদা চন্দ্রথাজ নিংথৌদি খোমলেন মঙলানচানগুম নাতারবগী হরাউ মখৈ লৈতনা প্রজা পুমনা হৌনা রুপবান লমওক্লববু

---

হৈরা হাপ্পা অথেনপোৎপুদুনা। মিৎকোয় লাইজা ঈফম তাউ প্রেম চাইজি ইরোয়ননা—মমিৎতা মপি ইরা চেন্দুনা। মমান—মনেমবোক্কী। ইমোম ইহুয়রোয়—ইমৌ নুপী।

য়োয়চানবিরবদা—চানবিরবদা। চোঙলেন ইঞ্জম খান্না—চোঙ খান্দুনা। চৈরৈ—ফি। ফীনৌ—ফি অহনবা। ফমফমহল্লবগা—ফমহল্লগা। মমোম—মচা নুপী। কাওরেন—শন। শনশীঙ—শন মশীং। ধন—লন, শেন। বিবাহ—লুহোংবা। অমনশীহনৱাবু—শিরুবদগী হল্লকপগী ৱাবু। খোমলেন মঙলান চানগুম—মঙগী

শংলৌ থৌরাঙনরে হায়দবরা? নাউবা রূপবান্দি কাঞ্চন নগর মপুংয়ায়গী পল্লেম মমা ওাইলোয়না মশানৌ কন্যা অঙ্কমানা মমান থৌখন য়োয়চান্না তয়ম নাইশীঙ থীঙমদা কাওরেন শনপুম পাঙবদা নং মীয়াম পুনা যাত্রা খোঙশাল্লকলে। অহিং খোমলেন তূমগন্দা নুংথিন অরা লমদনদনা চংলকপবু চম্পক নগর মরৈপাকপু য়োরকলবদা রূপধাতৃ মহারাণীদো খূদাং পিক্কম তৈ, প্রেম ইচেন্নরা চংলকল্লে। চম্পক নগর লৈপাক পুমনামাদি রূপধাতৃ মমা মচা অনীমাবু য়োরকলে হায়রবু তারবদা লৈপাক অশোনবা মথিনাই, অকনবা মরাঙ হৌ. অঙম্বা পূমনা তিন হৈরাঙ য়োইথোম পু অথেনপোং লুকমায় য়াম দোলাই রথ শেম, চোঙ শেকপিন মথোন তৈ, চোমং লৈনা য়াও শীজ পোৎলোই মশীংশু পেরে শিংনাইখোং, মোইবুং থিনকা মন', বাশী খূৎথৎতৈ, পিনা মুংনৌখোং, রাংলেন পূংফাং মরাঙ হৌ. তরেৎ শেনথীং মনিন নাই, মতম ঙাইজ্ঞা ঙমদনা চেস্থোকনরকএ হায়দবরা? চন্দ্র থাজা নিংথৌদো মপারি রূপবান, মশানৌ রূপধাতৃ মহারাণী অনীমাকি চেংলৌ মশক উনিংবনা লাইজা ঈখৌ লাংগুমলবগী নিংথৌ থৌগন ঙাইদা, নিংথৌ মাঙদা চেন, থৌগন তুংদা তান্না চেস্থোকলকলকবদা মশানৌ রূপধাতৃ মহারাণীগী চেংলৌ লাকনা

---

মতৌঙমনা। শংলৌ থৌরাঙনরে—থৌরাঙ তৌনরে। তয়ম নাই শীঙ থীঙমদা—মীনাই মশীঙ থীবা ঙমদনা। পিনা মুংনৌখোং—মুংশিবা পিনা থোদক্লনা। রাংলেন—পুং। তরেৎ—শেন। মপারি—মচা নিপা। মশানৌ-সনাউ ইবেম্মা, মাগী মুপী। চেংলৌ-শক।

চিংনা য়েংনা, নিংথৌ পাম্বোম অনীমাপু খাংনা থাংনা পাউ-কৌরকএ। হে নিংথৌ ইশানৌ মহারাণী রুপধাতৃ কৌবিও। খোমলেন মঙলান চাল্লা, অঙাই তাইবঙ মাল্লংপাল্লা নিংথৌ নশাবি ঐবু খঙঙমদরে। লাউ লাউ ইবেম্মা হায়না নিংথৌনা পাউ কৌরমলবদা নাউব্রা রুপবান্না পল্লেম খূজেং পাল্লোয় শমনা মপন নিংথৌ সনা মখোঙখাদা কচ্চরবদা রুপধাতৃ মহারাণীনা মশাবি নিংথৌ চেংলৌ চিংনা য়েং মিৎকোয় লাইজা ঈফম তাউ প্রেম লাইজা ঈথক হৌনা পাওমেনখিএ। হে স্বামী কোরৌ ইনোংথৌও। ননাই পাপ চেনবী রুপধাতৃ ঐবু নিংথৌ স্নানখোঙ-খ হু ননদা লন্না যমরাজ মরৈপাকপু তানফংলুরে। হৌজিক মতম অসিদা ইপাব্নি পোকচমনগী নিংথৌ সনা নখোঙখাবু অমরক তানযংজররে হায়না নিংথৌ খোঙবী লৈখৈ পায়না খুরুমজরবদা মশাবি চন্দ্রথাজা নিংথৌনা মশানৌ রুপধাতৃ মহাবাণীবু লোকলৌ-সনা কোন খজাই লেংলোই চূপ শীন্নৌ কুয়াং নান্ শমলাং তোনগা শীং চীনস্না চীন থম্বান চূপনা দোমাই রথ থক্ চমং লৈনা ন্নুংদা সনা কোন্দুমতাগুম থাংগংলবদা নিংথৌ সনধয়োয়

---

খোলেন মঙলান চাল্লা—মঙলা। অঙাই তাইবঙ মাল্লং পাল্লা—তাইবঙলা। খঙঙমদরে—খঙবা ঙমদরে। পল্লেম খূজেং পায়না—মমাগী খূজেং পায়দুনা। নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা—সনা খূয়াদা। মশাবি—মপুরোয়বা, মরা। মিৎকোয় লাইজা ঈফম তাউ—মমিত্তা মপি ঈরা চেন্দুনা। প্রেম লাইজা ঈথক হৌনা—মপি তরং তরং চেন্দুনা, মমিত্তা মপি তানা। স্বামী-ইপুরোয়বা। কোরৌ ইনোংথৌ—ঐগী ইবুংঙো। তানফংলুরে—য়োরুরে,

কোন্নুংদা পুশিনখিরে। নিংথৌ সিংগাসনদা মশানৌবু শমু ওয়রম থানা ফমফমন্নরবদা রূপধন্যা মশানৌনা মশাখি রূপধাতৃ মহারাণীগী শমু খোঙবী লৈখৈ পায় মচেম ঙেংলৌ চিংনা য়েং; মপি ঈরা চেন মাল্লেম লৈদা পকনা খুরুমজরবদা রূপধাতৃ মহারাণীনা মনাউ রূপধন্যাবু ঙকথী লুমলাংকোন খজাই লেংলোই চুপ শমলাং তোনগা নান শীন্নৌ কুরাংশীৎনা পাওমেল্লকএ। হে শানৌ রূপধন্যা ইবেম্মা-ও। রূপধাতৃ নচেম ঐনা অমন খমলৈ কুম অকেম্ চাকমোম লাংগা ওইনা খমনুং লৈপাক্তা য়াংগোইখিরিঙৈবু নপারি নাউরা রূপবানবু করম নাউয়োকলকপনো? মরম করম্বনা শানৌ নঙগী লম্মন শিংসেবনো অমসুঙ রূপধাতৃ ঐনা অমনশী-কুমখিবগী মথৈবু নিংথৌ সনা থৌগন হাঙহৌরবনে। শমু ইহুৎশিন্না ঐগী ইবুংঙো নিংথৌগী স্নামখোঙখাদা সেবা থৌগন হাঙলমদনবু উনবী পুকনীং পেনথোইরে। ইচেমগী শমু ওয়রম ফমলয়ো হায়না লোকলৌ শানা কোন্না রাজসিংহাসন্দা ফম্মন্নরবদা পাত্র মন্ত্রী

---

ফংলুরে। নিংথৌ সনায়োয় কোন্নুংদা-সনাকোন্নুংদা। মশানৌবু-মনাউ ইবেম্মবু, মতুবু। শমূ ওয়রম থানা—মাগীওয়থংবা নাকন্দা। ফমফমমন্নরবদা—ফম্মিন্নরবদা। রূপধন্যা মশানৌনা—মনাউ নূপী রূপধন্যানা। মাল্লেম লৈদা তানা—লৈপাক্তা তানা। ঙকথী লুমলাংকোন—মঙকশমদা কোন্দুনা। শানৌ—ইনাউ। অমন খমলৈ কূম অকেম চকমোম লাংগা ওইনা—ঐ শিতুনা। খমনুং লৈপাক্তা-যম লৈপাক্তা। য়াংগোইখিরিঙৈবু-লৈখিদ্রিঙৈবু। নপারি-নচানিপা। নাউরা—অঙাং। করম নাউয়োকলকপনো—করম্না য়োকলকপনো। অমন শীকূমখিবগী—শিখিবগী। ফম্মন্নরবদা—

অওম্বা পূন্নমন্থৌ রুপধাতৃ মহারাণীগী সনা মখোঙখাবু খুরুমলবদা রুপধাতৃ মহারাণীনা নিংনাংনোংশরিক খোম্বাননা পাওমেল্লকএ। হে পাত্র মন্ত্রী লৈপাক কোইবা অওবশিংও ইপারি পোকচমন প্রজা লৈপাক অপূম্বা নওখোয়না খোইয়ম কোরৌ লনশাথোই চাওখৎলহৌনী কনবনা রুপধাতৃ ঐবু তাইবও ওন্দেরকলে, মাল্লং হনথাইরকলে হায়না পাওমেনবনু প্রজা লৈপাক পূন্নামাদি মহারাণী কোল্লোয় মপাউ তানা উনবী পুকনাং পেন্না হরাউনরে হায়দবরা? তৌইগুমন্থৌ নংথৌ মদাইরেম গণন্তা খেনহৈবা ব্রাহ্মণ লেংনা তিনবনা নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা বেদ লাইরিক থীনা রাকৎথিএ। হে চন্দ্রথাজা কোরৌ ইনোংথৌও রুপধাতৃ ইবেম্মদি অমন খমলৈ কুমলুরবনে। তাইবও অমা পোকহৌরকলবনে। নূরা মুহৌতোংগুম্ববু অমরক বিবাহ লুহোঙথৌবু হৌনৈএ হায়না রাকৎলবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা পাওমেল্লকএ। হে গনন্তা ব্রাহ্মণ অথোইবাশিংও অফবা কর্ম্ম য়েংনা তৌবিও হায়না পাওমেনরাগী প্রজা লৈপাক পূন্না হৌ অওম্বা সভা তিন, ব্রাহ্মণ লেংনা ফম, ঘট লাইজা ইম্নায়চোন পোংলোই মশীওন্থ তাউজীং লানৌ থেং যব লোইমোম ফৌ মায়ান, পুন্নুং লফু য়ুং, তাউজীং চুপান্ য়াও, তিংথৌ লৈয়োন শং, ধুপ মৈথু চাউনা কা প্রদীপ থাউমৈ চীকনা থান, ঢেঙ

---

ফম্মিম্নরবদা। নিংনাং নোংশরীক—হরিনোংনাং। পাত্র—মন্ত্রী। লৈপাককোইবা—অওম অথৌ, লৈপাক্কী য়ায়তোং খমদোং। ইপারি পোকচমন—ইচানিপা পোকচবগী। খোইয়ম কোরৌ লনশাথোই—থোইদোকনা লাই নীংবিবগী। ওন্দেরকলে—হল্লকলে।

থোয়দিং য়াও, খাম্বী মৈরুপ তৈনা হৌ, চীউংদু লাইরিক থী মন্ত্র লাইমিং শোন, লুহোঙ পোংলোই মশীগ য়াম, মনহান মশীংস্তু সনা লৈ ওইনা লুপা ফিওইনা শীঙলেন লৈকোয় তরেংলক কোয়না বিবাহ থৌবু লোইরবদা রুপধাতৃ মহারাণীন। মশানৌ রুপধন্যবু শমু মখূৎ শমনা মশাবি নিংথৌ সনা মখোঙখাবু খুরুমন্নরবগা নিংথৌ স্নায়োয় কোন্নুংদা রাজ সিংহাসন্দা চেন্ত্রথাজ নিংথৌদি মশানৌ মহারাণী অনীমাবু শমু ওয়দা থানা ন্নুনিং খেনগা য়াইগুমপানফরে হায়দবরা ? চম্পকনগর মরেপাক্কী নমু পনপান অথাপ্পদগী প্রজা লৈপাক পূন্নমানা রুপধাতৃ মহারাণীবু অমনশিহল্লকলে হায়ববু নাতারবগী নিংথৌ সনায়োয় কোন্নুংদা চেনখৎলকলবগা নমু কনামন মৃদঙ্গ ৱাংলেন পূংখংতৈ, তাইবঙ কনামনা তরেং শেনখীং মনিন নাইনা, কনানা জগোইশা, কনানা ঈশৈ নোংনৌ শকনা হরাউ পূকনীং চঙনা খুরুমনরে হায়দবরা ? রুপধাতৃ মহারাণীনা হরাউ পূকনীং চঙনা নমু মীপুম হাঙদনা ধন লনয়াম পী, চরৈ ফি পীনা য়োয়চান্নবিরে। কোল্লোয় নীংথিবা য়াথং যুমথোইবনা শীঙেঙন লৈথোন্নকুম পাওমেনবিরবগী

---

বিবাহ থৌবু—লুহোংবগী থবকপু। খুরুমন্নরবগা—খুরুমমিন্নরগা। স্নায়োয় কোন্নুংদা—স্নাকোন্নুংদা। রাজ-সিংগাসনদা—নিংথৌগী সিংহাসন্দা। অমনশিহল্লকলে- শরুবদগী হল্লকলে। মৃদঙ্গ—পুং। ৱাংলেন পুংখংতৈ—পুংয়ৈবা। তাইবঙ কনামনা—মী কনা অমনা। নমু মীপুম্ম হাঙদনা—মী অমত্তা চিথদনা। চরৈ—ফি। য়োয়চান্নবিরে—চানবিরে।

প্রজা লৈপাক পুন্নমাদি উনবী পূকনীং পেন্না মতোম মতোম মরানয়ায়দা হনবাইনখিরে।

চন্দ্রখাজা নিংথৌনা মপারি রুপবানবু ফৈরা তান্দা থোং শমলাং তোনগা নান্ শীন্নৌ কুরাংশাং, চেংলৌ শক্কোয় য়েংনা পাওমেনখিএ। হে ইবুংঙো নাউরা অচাউ লেপফাদা শাংবা লমঙম-দরিবা-ও খমনুং মরৈপাক সারা মকোনখঙ, য়মরাজ মকাইফম্ব করম খিখঙল্বনো? পল্লেম মাব সনা মখোঙখুনবু করম তানফংলুবনো য়েকসাওম কাইপী থালাই তাং অয়াম্বম্ভ করম্ লমচায়বিবনো বৈতরনী তুরেন অচৌবম্ভ পারি কনানা লাইজা ঈরানবিবনো? নপান নিংথৌ ঐঙোন্দা নুংঙোন নপাউ তনও হায়না পাউহংলবদা নাউবা রুপবান্না মপন নিংথৌ সনা খূয়াখাদা খূকলু লৈপাকতা, মখূৎ জুর তৌনা ভক্তি কাওবী চীগা লূকনা পাউতমজখিএ। হে পল্তৌ নিংথৌরেনও য়েক শওম কাইপী থালাই তাং অয়াম্বদি শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোঙথাদানিনা লমচায়বিবনে। বৈতরণী তুরেন

---

কোল্লোয়—য়াথং। মরানয়ায়দা—ময়ুমদা। হনবাইনখিরে-হল্লখ্রে। ফৈরা তান্দা থোং—মতম্বাক্তা পমথুনা। শমলাং তোনগা নান—মশম নানবিথুনা। চেংলৌ শক্কোয় য়েংনা—মশক য়েংনা। অচাউ লেপফাদা শাংবা লমঙমদরিবা—কাংদোংফানা চাউদ্রিবা, মপুং মরৈ ফানা শারেপ ফানা চাউদ্রিবা। খমনুং মরৈপাক সারা মকোনখঙ—অশিবগী লৈপাক, যম লৈপাক। মকাইফম—মফম, লৈফম। কনানা লাইজা ইরানবিবনো—কনানা ঈশিং লানবিবনো। খূকলু লৈপাকতা—খুরুখুদক কুম্না। কাওবী চিগা

অচৌবদি অঙ্গাগর কুমভিনি লাইরেন চাউথোইবা অমনা লানবিএ। ইপন নিংথৌ সনা খুয়ারেনগী বর লনক্ ..োইবনা পল্লেম সনা মখোঙখাবু তান্ফংজরকএ হায়না শ ৎং য়াংলৌ লমদাংশাং পল্লেম অমন শীহন ৱাবু ৱারম কি, । থমদা য়াথং মথাক নাইদনা মপন নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা পাউতমজরবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা মপারিগী চীন স্না চীন থ গালবু হন্না হন্না চুপ্তুনা য়োয়নরলগা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা লৈপাক প্রজা পূমনা হৌনা মপারি রূপবানবু কোল্লোয় শঙ্গাই তৈনা শা বৈথোপ য়ুমলেন তোপনা শেমনা মমৌ কন্যা নীঙথিবী অহুম্মাকা পানমন্নহল্লে। লৈপ ক ৱাথোক অচৌবা বিচার ৱায়েন অরুববু মপারি যুবরাজ রূপবানদা শমু খুৎশিন্নরবগী পাত্র মন্ত্রি পূম্নমাপু নাউৱা রূপবান্দা নিতি কোরৌ হাঙদনা য়োয়না থৌখন চঙনারে। য়োইহৈ নিংথেম মুপীসুঙ কোরৌ নিতি নোংজা কাংদনা য়োয়না সেবা থৌগন তৌনা পানহল্লবদা নাউৱা রূপবান্না বিদ্যা উজা ওঝা অথোইবা সুশর্ম্মা কৌবা ব্রাহ্মণবু ধন লনয়াম কৎনা খুরুমজরবদা সুশর্ম্ম কৌবা ব্রাহ্মন্না লোকলৌ সনা কোন শমু মথংনা নান্না বর লাইজা ঈহৈথগুম্ববু হন্না হন্না লনকুখিএ। নাউৱা রূপবান্না ব্রাহ্মণ মপারি

---

লূকনা-মরু লূকনা। তানফংজরকএ—ফংজরকএ। থন্নং-অশিবগী লৈপাক। য়াংলৌ লমদাংশাং—লম্বা অশাংবা। কোল্লোয়—ঘুম, শঙ্গায়। য়ুমলেন—য়ুমজাউ। পানমন্নহল্লে—লৈমিন্নহল্লে। নিতি কোরৌ হাঙদনা—নোংমতা লেপ্তুনা, নোংমতা পোথাদনা। য়োইহৈ—নিংথেমমুবী। কাংদনা—লেপ্তুনা, তত্তনা। ধন—লন, শেন। লোকলৌ শানা কোন—মীংথিজনা কোনবিতুনা। লাইজা

হবিশর্ম্মা কৌবা ব্রাহ্মা মপাতাউবু সনা তাঙ্গা য়াম, লুপা পুন্নুরেমগা কংনা পাওমেনখি। হে ব্রাহ্মণ মচা ইবুঙো বামোন কোল্লোয নযাংনা নাংশিংবিবা মরম অদুনা নাউরা রূপবান মহাপাপীরেন এবু পল্লেম ওকফজরে হায়না পুকনলবদা হবিশর্ম্ম কৌবনা যুবারাজ রূপবানবু চকী লুনলাংকোন খজাই লেংলোই চৃপনা প ও নল্লকএ। হে ইবুঙো যুবরাজ ভক্ত পূকনীং অচেংপা-ও। ভক্ত নরমং বৈষ্ণব উনবী ইংথোইবা অসিগুম্ববু কনানা তানফংলসীবনো হায়না মৰূপ লেংকোন্না চান্না খুৎপায় চেংনা লোয়নরে হায়দবরা? মতৌ অস্থমনা ভক্ত রূপবান্না যুবরাজ ৱাপী হাএ। পল্লৌ মপা চন্দ্রধাজনা চম্পাক নগরদা নিংথৌ ওইনা মু ঙাই মরাং কায়না চহী লীশিং অমবু পাল্লবদা কোরৌ নুমিংমাদা চন্দ্রধাজা নিংথৌনা নৈপাক প্রজা পূমনা কৌ, পাত্র মন্ত্রি লেংনা তিন মপাবি রূপবানবু কৌনা পাওমেল্লকএ। হে নিংথৌ ইপাবি নাউমা রূপবানও নপম নিংথৌ ঐবু পুন্সি মতম ওকলকলে। খোইযম লাইবু নীংলগে। ইপাবি রূপবান নঙনা বাজা নিংথৌ ওইবরে। পাত্র মন্ত্রি নঙখোয় পূন্নমানা নহৌশাগী প্রজা নৈপাক-কোইববু কাযদনা পানও হায়না পাওমনববু নিংথৌ মপারি নাউবা

---

ঈহৈথনগুম্ববু—ঈ শং হৈথাগুম্ববু। লনকুখিএ—বর পীখিএ। ব্রাহ্মণ মপারি-বামোন মচা। মপাতাউবু—মরুপবু। পুন্নুরেমনা—য়ামনা। পল্লেম তানফংজয়ে—ইয়া ফংজয়ে। ওকথ লুমলাংকোন-মঙকশমদা কোন্দুনা। ঈংথোইবা—হেন্না থোইদোকনা ঈ বা। পল্লৌ—মপা। কোরৌ নুমিংমাদা—নোংমগী নুমিত্তা। লেংনা তিন -ময়াম তিন্নবদা। খোইয়ম—লাই। নৈপাক কোইববু—

রুপবান্না কাওবী চীগা লুক শানবী থত্পা মথুং লোয়ন্নু থুমগুম্বু কাপ্পনা চাংজৌ পেনা লোন্না রাবচ্চখিএ। হে ইপন নিংথৌরেন-ও। নাউবা নপারি ঐবু প্রজা লৈপাক পুবা ভমহিরোইএ। নিংথৌ বাজভূক অথোইনবু চাবিখো-ও। নাউরা নপার ঐবু পন্থৌ নকুম থুপনা লৈজখিগে। পাত্র মন্ত্রী পূম্নমাদা নাউরা রুপবান্না হে পাত্র মন্ত্রী ইপুংখোয় ইপন পূকনীং ফাথবিও হায়না পাওমেনখোনবী পাত্র অভবা পূম্নমনা নিংথৌ সনা মখোঙখাদা রাকংখিএ। হে শ্রেষ্ঠজা কোংৌ ইনোংথৌও। নিংথৌ সনা ফম্নাল্লাংবু থাবখিগুনো। নিংথৌ নপারি যুবরাজ অসিবু অভাং নাউরা ওইবি-এ হায়না বাকংখিএ। নপারি নাউবা রুপবানন্তুঙ ভনৌবা অমরক হায়না রাবচ্চখিএ। হে ইপন নিংথৌ অথোইবা-ও হায়বিগুনা নপারি ঐবু নাউরা ইতিক নভুরিএ হায়না প্রেম খকমা তানা রাকচ্চববু হোয় যাদ না পাওমেল্লকএ। হে পারি ইবুংভো কৃষ্ণ লাইপোক সংসভবা ভক্ত পূর্নীং অচেংপা-ও। নপন কোল্লোয় ইয়াথংবু খোয়মা লমচায়নবে ইএ হায়না রাজসিংগাসনদা নপারি রুপবানবু শমু খুংনা ফনা। চিংখৎলবগী মাই লোকন ভমদনা রাজ ফম্নাল্লাংবু শমু খুৎশিন্নবে হায়দবরা?

---

লৈপাক পুবু। কাওবী চাগা লূক্—ময়ু লুকথনা। নোয়ন্নু—থুম। নাউরা—অভাং ওইরিবা। নপারি ঐবু—মচানিপা ঐবু। যুবরাজ—নিংথৌ অখুবা। প্রেম খকমা তানা—মপিতানা। নপন কোল্লোয় ইয়াথংবু—নপা ঐগী য়াথংবু। রাজ সিংগাসনদা—নিংথৌগী গাদ্দীদা, সনা ফম্নাল্লাংদা। শমু খুৎনা ফংনা—মখুৎমকনা পায়দুনা। মাই লোকন ভমদনা—য়াদবা ভমদদুনা।

রাজা রূপবানবু প্রজা পূমনা তিন ব্রাহ্মণ লীশিং অমনা রূপবান তাঙজা লুরেনথক্তা বেদ মন্ত্র শোন, লাইজা ঈশিং হৈ, রাংলেন তোমান পুংজাউ য়ৈনা রাজ অভিষেক লোইরবদা পন্থৌ মপা চন্দ্রথাজা নিংথৌদি লোইদাম থাপুম অহুমবু মপারি নিংথৌ মকম থুপনা মপারি রাজা নিংথৌ রূপবান্না নোংজা শীংপূম হাঙদনা পূজা ঈরাংননা য়াংগোইরমলবগা কোরৌ হুমিৎ অফবা মেহেন্দ্রি পুংজা অফবদা যাত্রা খোঙশাল্লকলে। বন উমং মুংঙাইবদা মহারাণী অনী ঙাইরোয়ননা খোইয়ম লাইবু নীংখিরে হায়দবরা? মপারি রাজা রূপবান্না মনাই খোঙলোয় শিংনা মপন মার খে'ঙ্গুন লীনা থন লনয়াম উন্ পূজা পোৎলোই মশীংশুনা হোঞ্জিনববু নোং তামদা পন্থৌ পল্লেম লাইওইনা মশানৌ কন্যা নীংথিবী অহুম্মানা মহারানা মথং মনাউ শিন্ননা ওইনা চম্পক লৈবাক ময়ুং কুই নগর খুনগং মফৈপাক তরা অচা রাৎতা, চরৈ অয়িন তামদা রায়রা শাচীন থৈ হুয়েন লানচীন থৈ, লৈপাক নিংথৌ মমান্নবা অমতনা কোঙয়াং উরোং শত্তা মাল্লেম লৈয়ি মুৎনা ঙমখৈ কনানা তানশিন ঙমদা য়েকনা মতৌ খঙদা লোকলৌ পাউ নাইদা তিংখং রাংশৌ লৈতা চম্পক চাহোঙ থোই নগর ঙাহোঙ থোই লুপা পুংবুরেম সনা থেনমায় লাংনা পানফরে হায়দবরা? ভক্ত রারী লমদাংশাং অসিবু

---

তাঙজা লুরেন থক্তা—মকোক মথক্তা। রাংলেন তোমান—পুংজাউ। লোইদাম—থা। য়াংগোইরমলবগা—লৈরমলগা। খোঙশাল্লকলে—যাত্রা ভোরকলে। শীনা—পাখোন শীতুনা। তরা অচা রাৎতা—চানথরুবা রাত্তনা। চরৈ অয়িন তাম্না—ইয়নবা ফি রাত্তনা। রায়রা—শা। হুয়েন—লান।






নারদা মুনিরেম্না মুনি সভা লক্তা পাউতমখিএ। হে মুনি সভাশিংও। অসিগুম্না বারী অসিবু শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা মন ই বৈষ্ণব অর্জুনগা নীংখবা বারীনে। নারদা ঐনা তাখৌববু মুনি সভা নওখোয়দা পাউতমলিবা অসিনে। হে মুনি সভাশিংও সত্য বাচুম্নবু হেন্না ভক্ত হায়বা অমা লৈতে। নীংলবদা কাউদবগু হেন্না কর্ম্ম হায়বা অমা লৈতে। কর্ম্ম মাবু লান্দবগু হেন্না ধর্ম্ম হায়বা অমা লৈতে। ভক্ত বারী লমদাংশাং নুংঙাইবা অসিবু কনাগুম্না মী মহাকনা উনবী পূকনাং চেৎনা তাজব্রবদি লায়রবনা য়ুম্নাক খুল্লে। মচা পোক্তবনা মচা পোকএ। মীনাইনা মপু ওইএ। মপুনা কম্নাইএ। লায়খুং খুংবনা তারবদি লায়থু কোকএ। অফবগী মথক্তা থোইনা ফনেএ। চাউবগী মথক্তা থোইনা চাউনাএ। নুংঙাইবগী মথক্তা থোইনা নুংঙাইএ। তৌইগুনসুঙ উনবী পূকনীং লেপ্তা পায়মা খোয়জঙদনা তারবদি শীঙেছন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙানে। শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা মিৎয়েং হৈনা য়েংবিদে। নমু তনবা নিপা রুপসুঙ, মুঙ্গা নূপী ওইবাশিংসুঙ উনবী পূকনীং চেৎলবা, রাহায় অনী হোংদবা, য়াথং অনা ঙাওদবা, পূকনীং অনী লোংদবা, নম্রু মীরন্ পামদবা, কর্ম্ম লানবা চত্তবা, সত্য বাচুম শূববা মী অতুশিংদো হে মুনি সভাশিংও শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা নূপী নীপা নাইদে মনাক্তা কৃষ্ণ লক্মী অনীমাবু লেঙদনা মরেএ। নমু সোন্না লিংজেন চুমলবা, অকন্বাসুঙ কন্না লিংজেন চুমলবদি কৃষ্ণ মরেএ। লিংজেন চুমদ্রবদি শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা লৈবিদে। হে মুনি সভাশিংও।

লোইরবা

## ক্লুপবান

### অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ১৩ | তম্ব | তম্ব |
| ৫ | ১৭ | উমগোয়ম্বু | উমগোয়ম্বংবু |
| ৬ | ৬ | থোম্ভাননা | খোম্ভাননা |
| ৬ | ১৯ | কমশীং | হুমশীং |
| ৬ | ২০ | থেনহৈবা | খেনহৈবা |
| ৭ | ১৪ | ছবান | ছকনা |
| ৮ | ২০ | লনাথেমমাইলাং | সনাথেনমাইলাং |
| ৯ | ১ | মঙকরোইএ | মাঙকরোইএ। |
| ১০ | ৮ | নোংকখিরে | নোংকাখিরে। |
| ১২ | ২ | ন্দন | চন্দন |
| ১৩ | ৫ | মমিথোং | মমিংথোং |
| ১৩ | ১৪ | তলে | তমলে |
| ১৪ | ৯ | পল্ললবু | পল্লংলাবু |
| ১৫ | ২০ | মাম্নৌ | মাল্লৌ |
| ১৭ | ৬ | মুকম্বু | মুকম্বু |
| ১৮ | [illegible] | চকসোম | চকমোম |
| ১৮ | ২২ | হুল্লকপ | হুল্লকও |
| ১৯ | ১৫ | লীংলেম | লাংলেম |
| ২০ | ১১ | খম্বুংচীংদি | খম্বুংচীংদি |
| ২২ | ১৮ | ম্নংগোই | ম্নাংথোই |

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২০ | ৮ | য়ারক | নারক |
| ২৬ | ২২ | ফংমকও | ফংলকও |
| ৩০ | ৮ | ইমুংমাগী | ইমুংমাগী |
| ৩২ | ৬ | চেংল্লৌ | চেংলৌ |
| ৩৩ | ১৮ | অমব | অমন |
| ৩৬ | ৬ | লাইয়থৌনা | লাইয়িংথৌনা |
| ৩৬ | ১৩ | মিংলেন | মিংলেন |
| ৩৭ | ২২ | ইপান | ইপণ |
| ৪৫ | ২৭ | খেনমাই | থেনমাই |
| ৪৭ | ৫ | পাওমেম্নবদা | পাওমেল্লবদা |
| ৫০ | ১৬ | পাউকেল্লকএ | পাওনেল্লকএ |
| ৫৪ | ১৬ | খুন্তনবী | খুন্ডদবী |
| ৫৬ | ৩ | মোমপু | মোমম্ন |
| ৫৬ | ৪ | তুমলৌ | তুমনৌ |
| ৫৬ | ১৪ | মিংথিলবগী | মিংথিংনবগী |
| ৬০ | ৭ | ঈমুংহকপু | ঈমুংহকপু |
| ৬৩ | ১৬ | অন্তর্ধ্যান | তন্তধ্যান |
| ৬৭ | ১৫ | লাকনা | লাকনা |
| ৬৯ | ৫ | পোওইবদি | পোংওইবদি |
| ৭১ | ২ | মুজ | মুজা |
| ৭১ | ৩ | থুগরবা | থুগায়রবা |

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৭৪ | ১৯ | অতোম | অতোন |
| ৭৪ | ২১ | খিন্দামা | খিন্দানা |
| ৭৫ | ১৫ | খোঙলৈ | খোঙখৈ |
| ৭৯ | ৯ | জন্ম | জন্ম |
| ৮০ | ৯ | অথোখবা | অথোইবা |
| ৮০ | ১৫ | রুপথান | রুপবান |
| ৮০ | ১৭ | রাজা | রাজ্য |
| ৮২ | ৬ | য়ংলৌ | য়াংলৌ |
| ৮২ | ১৮ | ইংথোল | ইংথোল |
| ৮৪ | ১০ | শেনমং | শেনমিং |
| ৮৬ | ১৬ | পিও | শিও |
| ৯২ | ৬ | তুমলৌ | তুমনৌ |
| ৯২ | ৬ | শনলাং | শমলাং |
| ৯৩ | ১১ | নমাঙথাঙদববু | নমাঙ থাঙদববু |
| ৯৭ | ১৪ | কুয়াং | কুরাং |
| ৯৭ | ১৫ | দোমাই | দোলাই |
| ৯৯ | ৮ | নংথৌ | নিংথৌ |
| ১০০ | ১৬ | য়ুমথোইবনা | থুমথোইবনা |
| ১০১ | ১০ | ঐঙোদা | ঐঙোন্দা |
| ১০৪ | ৫ | য়ুবারাজ | য়ুবরাজ |
| ১০৫ | ৯ | শিংনা | শীনা |
| ১০৬ | ১৮ | বাচুম শূরবা | রাচুম শূরবা |

## ফোংখ্রবা লাইরিকশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মণিপুরী টু মণিপুরী এণ্ড ইংলিশ ডিক্সনারী | মমল লুপা | ১০'০০ |
| ২। | চাদ ল ইছুই | ,, | ২'৫০ |
| ৩। | থায়নগী শৈরেং | ,, | ২'০০ |
| ৪। | উত্তরাকাণ্ড ( রামায়ণ ) | ,, | ২'০০ |
| ৫। | নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা ( পাকা বাইণ্ডিং ) | ,, | ৪' ০ |
| | ,, ,, ,, ( কাচা বাইণ্ডিং ) | ,, | ৩'০০ |
| ৬। | চায়নরোল | ,, | ৩ ০০ |
| ৭। | ডোকিউমেণ্ট ওফ অ্যাংগ্লো-মণিপুর ৱার ১৮৯১ পার্ট ৱান | ,, | ৪০'০০ |
| ৮। | ,, ,, ,, ,, ,, পার্ট টু | ,, | ১০০'০০ |

লাইরিক ফংফম:— ও, কে, ষ্টোর, পাওনা বজার, ইম্ফাল।